# ꯆꯤꯡꯃꯤ ꯇꯝꯃꯤ

# চীংমী তম্মী

উশম ধনঞ্জয়




পেট্রিওটিক রাইটর্স ফোরম, মণিপুর
কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাই, ইম্ফাল

Chingmee Tam-mee
an essays in Manipuri
By **Usham Dhananjoy Singh**

Published by: **Rakesh Naorem,** Tentha Khongbal
on behalf of Patriotic Writers' Forum, Manipur

First Publication: 2011

Price: 140/-






No. of copy: 500

Available at. 1. **Patriotic Writers' Forum,**
Keishampat Leimajam Leikai
2. **Rajesh Book Store**
Gov Road, Paona Keithel

Printed at: Padma Printers, Paona Keithel, Imphal

# অফোঙবগী ৱারোল

মণিপুরী লোয়নশিল্লোন (সাহিত্য) গী ঈহৌ শাগৎলকপদা চীং-তম অনীগী নুংশিনবগী মফম অমা য়াম্না চাউনা থমফম থোকই। চীং-তম অনীগী খুন্দা-লৈতারকপগী ৱারী শীংবুল অসি য়াওদনা মণিপুরী লোয়নশিল্লোন অমদি পুৱারী মপূং ফাগনি নীংদে। হৌখ্রবা পুৱারীগী লাতম (চেনা) ফাক্কৎত্তুনা য়েংলুবদা চীং-তম অনীগী মরীদি অদুক্কী মতীক চেৎশিন্নরমই। মরী অদুগী লংজীল থিরুবদা থেংনরুই উশম ধনঞ্জয়গী ৱারেংগী লাইরিক - 'চীংমী -তম্মী'। লাইরিক অসি তেল্লবা মতমগী মনুংদা ফোঙননবা থৌদাং অসি লৌজদুনা পেট্রিওটিক রাইতর্স ফোরম, মণিপুরগী মিংদা ফোঙদোকচরে।

লাইরিক অসিদা তোঙান-তোঙানবা চীংমী কাঙলূপশিংগা মীতৈশিংগা লৈনরম্বা অচেৎপা মরী, মখোয়গী খুন্দা লৈতারকপগী ৱারী, হীংবগী পুন্সিরোল ময়েক শেংনা ফোঙদোক্লবা হোৎনরি। লাইরিক অসিনা চীং-তম অনীগী মরক্তা হেন্না চেৎপা মরী অমা থম্বা ঙম্লবা হোৎনবদা খজীক্তং মতেং পাংবা ঙম্লবদি ফোঙজরুবগী মহে য়াল্লে খঞ্জগনি।

লাইরিক অসি তশেংনমক অইবা অসিনা মতম য়াম্না চঙনা থিজিল্লবা মতূংদা পুথোরকপনি। লাইরিক অসি ওইননবা হোৎনবদা তেংবাংবিরকপা ওজা রঘূ লৈশাংথেম, ইয়াম্বা ও.সি. মৈরা, ইনাও লেনিন খুমনচা, মরূপ ওজিৎকুমার, ফোরমগী প্রসিদেন্ট এস. ইন্দ্রকুমার অমদি মরুপ-মপাং পূম্নমক থোইদোক্লা থাগৎপা ফোঙদোকচরি।

লাইরিক অসিবু ওইনবা হোৎনবদা হেন্না ৱাবীখিবা পদ্মা প্রিন্টর্সকী মকপ-মপাং পুম্নমক্কী লমন অমদি তোনশিঞ্জরে।

তাং : ২৯।০৮।২০১১ -রাকেশ নাউরেম

# ৱাহৈ অমা অনিদং

লাইবিক অসিগী মচাকশিং অসি ঐহাক্না হান্না মমাংঙৈদা মণিপুরগী পাউচেশিং মকওইনা পোক্লফম অমদি সঙাই এক্সপ্রেস নচিংবদা ফোঙখিবা ৱাবেংশিংদগীনি। ঐগী ইনাও বঘু লৈশাংথেমনা লাইবিক ওইনা ওন্থোপনা ফগনি হায়বদগী হোৎনজক্লবতনি; নৎত্রদি মদোমদা ঐনা থোইনা হোৎনকবা লৈতে। ৱাবেংশিং অসি ঐহাক্না উখ্রুলদা এস.দি. ও. ত্রেজরি ওফিসার ওইরিবঙৈদা ইজখিবা ঙাক্তনি। মতমদু ১৯৯৮ অদুৱাইদনি। হৌজিক লাইবিক ওইনা ওন্থোবকপদা খুদোংচাদবা খবদি লৈতবা নত্তে। মতমদুদা তবাও, খাবমনচিংবা খবা সেদ্যুল ত্রাইব লিস্তুতা যাওবমদে, মদু হৌজিক্তি যাওবে। অমনা মাওদগী পাওমাইশিং তোখাইখ্রে। অদুনা ৱাবেংশিং অসি অমুক হন্না যেংশিনবা মতৌ তাই। হায়বিবা অসি পুথোকচবদি ঐখোয় মণিপুরদা খুন্দা লৈতানা লৈমীন্নবিবা কাংলুপশিং অসিগী হৌবকফম ইমান মান্নবনি। চীংমী তম্মী হায়বসি অমতনি। হান্না চীংদা খুন্দা লৈতানা লৈবম্বদগী কোন্না তমদা খুন্দাখিবনি ঐখোয় নুংশি-চান্ননা লৈমিন্নগদবনি, ওইজবা থিবা মীওই খরনা তোখাই তানবা হোৎনবদা ঐখোয়না যাবোইদনি হায়বা ৱাফম অসি থম্বা ঙম্নবা পান্দমদা ইজবনি। পাবিবগা অশোয় অঙাম তাকপীবক্লবদি মথংগী খুৎনমদা শোযদনা চুমথোকচগনি।

লাইবিক অসি অবীবা পুযাশিং, অথোবিটি ওইবা লাইবিকশিং অমসুং দোকুমেন্টশিংদা যাবিমখৈ যুম্ফম ওইবগা ইজখিবনি। চুম্নগী wave after wave migration কয়া লাক্নুনা মৈতৈ ফুকপতা যাওখিদবা নত্তে; - নোংপোক হাবম, নোংচুপ হাবম হায়না লৈবি। অদুবু হৌজিক্তি ঐখোয় অমতনি হায়বা থমজবগা ঐখোয় মশেন নুংশি চাননা লৈমিন্নবনা ঐখোয় পুন্নমক্কী যাইফবনি।

হায়জনীংবা অমনা লাইবিক অসিগী অফোঙবগী অচৌবা থৌদাং লৌবীবিবা ইচা বাকেশ নাওবেমনা থৌদাং অসি লৌবিবমদ্রবদি লাইবিক ওইনা উবা ফংলমদবসু যাই। অদুবু ঙসিদি ইচাসিনা যান্না ৱানা হোৎনবীবদগী লাইবিক ওইনা মীযামদা খুদোল তম্বা ঙমজবে। মীযামগী মফমদা লাইবিক অসি শিন্নজবে।

-উশম ধনঞ্জয়

# চীংমী তম্মী

হৌজিক মৈতৈ হায়না খঙনরিবা মীওই কাংলুপ অসিগা লৈশেমঙৈদগী খুন্থোকঙৈদগী লৈমিন্নরকপা চীংমী কয়া লৈরি। মৈতৈ হায়বা ফুরুপ অসিদা চীংমী কয়াসু য়াওখ্রে। অমরোমদা তমদা মচিন মনাও থনমল্লগা চীংমী ওইখিবা কয়াসু য়াওরি। মৈতৈগা য়াম্না নক্লরম্বা কাঙলুপ খরদি তাঙ্খুল, কবুই, মরিং, খোইবু, পৌমাই, তরাউ, কোম, অনাল , কোইরেং, থাঙ্গাল, চিরু, মাও, মোয়োন মোংশাং, পুরুম চোথে, মরাম অসিনচিংবনি।

হীরমসিগা মরি লৈনবা পুয়া খরগী লাতম ফাকৎতুনা য়েংশিঃ

**তাংখুলঃ**

তাংখুল হায়বসি কোগেগী মচা অহুম-খাবা, তাংপা অমসুং চাকোৎ অহুমসিগী মনূংদা অনিশুবা তাংপা অসিনা ওইখিবনি। “লৈহৌ নাউফমলোল্” ইথোকপা ইরোম অমুবী (পণ্ডিত) লমাই ৮ দা ইরিঃ ‘কেগেনা পুথোকপদি খাপা, তাংপা, চাকোৎ অহুমমানে। খাপানা খামারন ওইখিয়ে । তাংপানা তাখুল ওইখিয়ে। চাকোৎতি চাকোৎ হাও ওইখিয়ে। লৈহৌনাওফমলোন হায়বা পুয়াসিগা “খুনুং লৈকোয়রোল” হায়বসিগা ইমান মান্নে, মসিদসু অদুম পল্লি। কেগে হায়বরি

খুনুংচক্তা পল্লম্বনি, মাগী চাদা নাওদনা মোইরাংলোমদা চৎখিদুনা কেগে মোইরাং হায়নরিবসিনি। লাইরিকসিদা মখা চথরকপা লমাই ৯ দা অসুম্না অমুক ইরি। "... খুমনগী মচা অহলদি কৌপু কৌয়ে। অতোনবদি তাংখুল কৌয়ে। কৌপুদি অঙোমনে তাংখুলনা তাংখুল হাও ওইখিয়ে।" অদূনদি অঙোম কাংলুপ অমগা তাংখুল হাওগা য়াম্না নক্লরি। 'পুতিন' লেংবা একে নদিয়াচান্দ লমাই ৪২৬, "শাগে শলাইরোল" ফোংদোকপা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি লমাই ৯, 'লৈথখ-লৈখারোল' ইথোকপা ডা. ভাগ্য য়েংখোয়বা লমাই ১১৪ নচিংবদা অসুম্না ইরি ঃ "লেরা খোংনাং লোনতি ঃ "লিকলাপিচা নোংতমনুপু সরারেননা তোং পায়দুনা খোইতোন মোনতোম পোকএ। ... ঙানুনা খোংনাং । খোংনাং অমনা নুংশাং খোংনাং, লমপুই, কসেমা, তোরা লাইশন ওইখিয়ে।.." মতাংসিদা ঐখোয়না নিংশিংবা য়াবদি নুংসাখোং,লমপুই, কশোম,তোরা, লাইশন হায়রিবশিং অসি উখ্রুল জিলাগী মনুংচনবা উখ্রুল সবডিবিজন্দা লৈবা তাংখুল খুঙ্গংশিংনি, হৌজিকসু লোইনা লৈরি। তোরা, লৈশন হেক থংনবা তাংখুল খুননি, কশোম অসি টি এম কশোম হায়ন খঙনবা ইম্ফাল উখ্রুল লম্বীদা লৈবা লিতানদগী খরা চৎলগা লৈবা খুলনি। টি এম হায়বদি তোংজৈ মরিল হায়বনি হায়। লমপুই খুন অসিসু টি এম কশোমদগী খরা চৎলগা লৈরে নুংশাংখোং অসিনা লমপুইদগী খরা চৎলগা লৈরে। নুংশাংখোংনচিংবা হায়রিবা খুঙ্গংশিং অসিদা তাংখুল ওইখ্রবা মীওইশিংগা তমদা লৈহৌবা করম্বা মীওইশিংগা লৈনবা মরিদু 'লৈশীরেম্বী' শিনোদকপা মোইরাংথেম ইবুংঙোতোম্বী মৈতৈ (লমাই ৪৫) দা অসুম্না ইরিঃ "অঙাম ইনবা নিংঙোম্বম, লাইতোঞ্জম, শকুন্রাম, অকোইজম অসিগা নুংশাংখোংনাং,লমপুই কশোম, অরোং অসিগা ঈ অমতনে।"

অমরোমদা তাং খুল কাংলুপ্তা খাবা কাঙলুপ্তগী ওইখিবসু য়াওরি।"খাগেম্বা য়ুম্বী' দা ইবিঃ "খাপাগী শাকৈদি থুপখ্রপনো তাংখুলতা য়াম্না লৈপানে। খাবা লৌতাংখুল ।... তাংখুল মচি-মনা হুনলানপা অসুম হায়না শৈশক্লরমখি।"

'মৈহৌরোল পুকোক' (অইবা ঃ ইরোম অমুবী সিংহ লামায় ৩৪)দা অসুম্না ইরিঃ

"লৈপিবেন্না তৌরিনখা, লৈথমলেম্না তৌরিনখু, লৈশংলেম্না তৌরিনখা, লৈথম নিংথৌ চনুনা তৌতিংতৌ, লৈপাই নিংথৌ চনুনা তৌতান, মহৌ নিংথৌ

চনুনা তৌবাং লৈরেন নিংথৌ চনুনা, লৈশংলেন পোকই।" কাঙলুপ অসি তাংখুল ওইদুনা চীংদা কার্খ্রে।

'চকপালোল খুনতাবা' (ইথোকপাঃ ময়াংলাংবম কুল্লচন্দ্র সিংহ, পণ্ডিত, লামায় ৩) দা অসুম্না ইরি ঃ "খাবা নুঙজেংববুদি কেকে মোইরাং চাওবা মৈলৈবা সাংতোন সানৌবানা লিরি থামোই তিংলগা ৱাইর তেনলাকনা। ৱাইবা থেনথা অমদা। নোংলুপ অমদি অঙৌবা পুরৈরোম্বদা। চেনশিনখয়ে। খাবা মরুপ অমদি তাং খুল মচিবাদা চংদুনা তাংখুল ওইখিয়ে।" মতাং অসি পাখংবনা মোইরাংদগী লাক্লগা খাবা নুঙজেংববু কংলাদগী তাম্থোকখিবা মতাংদুগীনি। খাবা কাঙলুপ অমনা পাখংবদা চঙজবা, কাঙলুপ অমা অঙোম পুলৈবোম্বদা চঙজবা অদুবু অয়ামবদি নোংমাইজিং চীং লানদুনা তাংখুল মচিবা ওইখিবনি। লেমহৌবা খাবা ফুরুপসিবুসু মৈদিংঙু নাওখম্বনা তাম্থোকপা মতাং অদুবু অসুম্না ইরি'

"খাবা সলাইগী কাঙলুপ অসিদি মৈদিংঙু নাওখম্বনা মপুথৌ পাখংবগী য়েক্লবা ৱারী তাবদগী ইবুধৌগী য়েক্লবা ওইবা খাবা কাঙলুপ অসি থম্মরোই হায়দুনা খাবা সলাইগী পুকনুংদা লৈবা অঙাং ফাওবা খাক্তনা মৈরা চমদুনা হাৎলক্লবদা কাঙবু অসিদি নোংপোক লমদা নোংমাইচীং ৱাংমা লানা চেনখিদুনা তাংখুল মচিবা ওইখিযে।" (মৈহৌরোল পুকোক, অইবঃ ইরোম অমুবী সিংহ, পণ্ডিত, লামায় ৩৫)

মতাংসিবু "থিরেন মৈরম লীবা" অইবা এন ইবোচৌবা লমাই ৯দা অসুম্না ইরিঃ "খাবনা লংমাই চীংদা কারক্তুনা লাকএ হাযবগীদমক খাবা খাংহনচামপা নোংপোক মহৌ-লৈরাই পংকা নিংথৌ কৌএ মানা লংমাই চীংদা লৈবা লিকতোক কৌরাং, শকোক তাংখুল হাউ অয়াম্বা পোকএ।"

মসিদা পল্লিবা 'শাকোক' তাংখুল অসি ইম্ফাল -ফুংয়ার লম্বীদা ফুংয়ার য়ৌরমদাইদা লৈবা খুল মচা অমনি। মমাংঙৈদা খোঙনা চৎলিঙৈদদি লিতান্দগী 'শিংতা' তারগা 'শকোক' খুল অসিদা থুংনরম্মী। 'শকোক' খুল অসি নিংথৌবোল লম্বুবদা অসুম্না ইরি ঃ "... খাবা শলাইনা ওনখিবা মচী কৌবা ফুরুপকী মী পুম্ন মক হুপ্তুনা অথোইবা শাগী মকোক কক্তনা মখোয়বু সেবা তৌরম্মী। মদুদা লাইগী ঙমথং ওইরবা পোইবৈতোন্না মখোয় মচী ফুরুপকী শাদুগী শা মকোক অমনা মখাদা থারগা খাবা য়েক শলাইদা শিবা-নাবা চঙদববু ওইরসনু হায়না লাং পান্বীগী

মনা মপালশিং ফাদোক্কুনা নূং যুংলম্মী।" অসুম্না শকোক খুল অমসুং মসিগী মনাক নকপা খুঙ্গংশিংদা খাবনা ওইখিবগী ব্রা লাইবিক খবদা ইবি।

পোইবৈতোন খুম্বোক্লকপাদা লোযনবকপদা মীওইশিং খবসু তাংখুল ওইখিবা যাওবি। মতাংসিবু অসুম্না 'পোইবৈতোন খুম্বোকপা' (ইথোকপাঃ মোইবাংথেম চন্দ্র সিংহ, (পণ্ডিপ)লমাই ১ দা ইবিঃ "তাংখুল চগোৎ ওইগদবা নঙদি ফৈজোম পৈনা শেৎলো, ইনফি য়ুংন ইল্লু, খুবোমদা যাইরী মকোল যেৎলু। কুরাউনা ফান মানবা থাঙখু যাল্লগা, থাঙনা নামৈদ যেপ্তনা,ননাদা উতোং চিল্লো, নাকোক্তা শরু ফৈনা থেৎলো, পযানা নশম পুল্লু মদুনা লৈতেং ওইনা কোযখ্রো।" লোযননা লাইবিক অসিদা পল্লম্বা তাংখুল খুঙ্গং খরদি - লৌতে তাংখুল, লম্বাশি, কাশুং, মৈরিং, কাওওই অসিনি।

'কৈরোই' দগী খঙবদি তাংখুল খরসু মৈতৈ ওইখি হায়বসিনি। খুদম খরদি ঃ "থৌবাল তাবা মংশাতাবমদি তাংখুননে। থৌবাল তাবা লৈতাম্থেমসু তাংখুল হাওনে। শোইবম চৈথাবা ফুঙ্গাদি তাংখুল হাওনি।

... শাবান তোংবদা লৈবা স্নাসমদি মেদু তাংখুল হাওনে। " অঙোম পুবৈরোম্বা অমসুং চিংশোংম্বা মচিন-মনাও অনীসি 'খাংখুই' শুরুং বোমদগী লাকপনি হায খাংখুই শুরুং অসিদি ঙসিদগী চহী ২৩,০০০ দগী চহী ১২,০০০ ফাওবগী মতমসিদা মীওই কাঙলুপ অমা লৈরম্বদগী খুদম ফংলিবনি। হায়রিবা মীওই অসি থৌবাল তুরেলগী তোর্ব্বানদা লৈবা নোংপোক কৈথেলমানবীদা ঙসিদগী চহী ১২,০০০ গী মমাঙদগী হোংলক্লমখিবা য়াই হাযনা মীওই খবনা মোৎ পীবি।

**থঙ্গালঃ**

থঙ্গাল যাম্না পীকপা চীংমী কাঙলুপ অমনি। সেনাপতি ডিষ্ট্রিক্টকী সাইকুন অমসুং কাংপোকপী সব- ডিবিজনগী খুঙ্গং ৯ মুক্তদা লৈতানা লৈ । "Tribal Beanch Mark Survey Senapati District 1984" গী মতুংইন্না য়ুমকোক '২৯০' মীশীং '১৫৯৩' নি (সাইকুল সব- ডিবিজন্দা য়ুমকোক '১১১' মীশিং '৬৩২' অমসুং কাংপোকপী সব-ডিভিজন্দা য়ুমকোক '১৭৯' , মীশিং '৯৬২') 'থঙ্গাল' অসি 'কোইবাও' হাযনসু খঙনরম্বদগী সেদুল ট্রাইব লিষ্টতদি 'কোইরাও' হায়না য়াওই।

মৈতৈগা থাঙ্গালগা মমাঙঙৈদগী য়াম্না নক্লরম্মী। 'লৈহৌ নাউফমলোন" (পুথোকপা শ্রীইরোম অমুবী সিংহ্ পণ্ডিত) লামায় ৯ দা অসুম্না ইবি ঃ "কোননা চক নোংপালকি মচানিপা অহলদি পামিংনাপা কৌয়ে। অতোলবদি থংকাল কৌয়ে। পামিংনবদি লুব্রাং ওইয়ে। অতোনবদি হাও ওইখিয়ে। অসুম্না ময়াম্বা পামিংনাপানা তমদা লুব্রাং ওইদুনা লৈহৌরগা মনাওনুপা থংকাল/থঙ্গাল, থংকাল/থাঙ্গাল হাও ওইখি।

'লৈসিরেম্বী' (শিন্দোকপা মোইরাংথেম ইবুংতোম্বী মৈতৈ) লামায় ৪৩ দা ইরি ঃ "লুব্রোংলোন্দা লুব্রাং পুন্সিবগী তালোয় চিংনুং চনুনা লুমচেং হনবনে, লোকহন্নে, লোকখুনে অহুমা পোকএ। লুমচেংহনবনা ফৈদা খুঞ্জান ময়ুম ওইখিয়ে, লোকহন্না থাঙ্গাল মখাল ওইখি। হায়রিবা ব্রাফম অসিমক শ্রী ইরোম অমুবী সিংহ্গী "মৈহৌবোল পুকোক' কী লামায় ৩৩ দসু ইরি। 'নোংখ্রং' লামায় ১১১ (য়াওফম মণিপুব ষ্টেট কলা একাদমি ইম্ফালনা ফোঙবা 'শাগৈ শলাইরোই') অসিদসু অসুম্না ইবি ঃ 'চিংনুং হাওবা চনুনা লুমচেং অহলবনে, মাগী ঈদি ফৈদা খুঞ্জান ময়ুম,।। লোকহন্না থংকন মখান ওইকিএ। লোকখুনা কাম্বোং লোকখু ওখিএ।"

কৈরোই (শিন্দোকপা মোইরাংথেম ইবোতোম্বী লামায ১৬৭, য়াওফম মথক্তা পনখ্রিবা' "শাগৈ শলাইবোই"দা ইরি। " থংগন্দগী লাকপা কাংগী শুবীদার খ্বাইরাকপম ময়ুমনে।" চৈথারোল কুম্বাবা। (ইথোকপা লাইবেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ) দগী খঙবদি মৈতৈনা থঙ্গালগা লালথেংনবসি মৈদিংঙু খুমোম্বা হাক্তক্তনি। 'শকাবন্দা ১১৮৫ মৈদিংঙু খুমোম্বনা নিংথৌ ওইএ। অব্রাং লমদা হেম্পাচিংশাং থাঙ্গাল মপুংয়ায়দা লান শোক্লবদি হাওখুল ঙম্মে। লান্দি লোইবী চীংশাং মনিংথৌ মাইমুবা শললোইববু ফারমএ।" মৈদিংঙু মুয়াম্বা হাক্তক্ত শক ১৫০৬ তসু থংকাল খুলেন লান্দবগী ব্রাইরি ঃ মৈদিংঙু পাইখোম্বা হাক্তক শক ১৬০৮ দা ইংঙা থাদা ইরোম লোইনাই ঙাশিংবনচিংবা অহল্লুপ্না থাংকল নায়এ" হায়রি। মৈদিংঙু খুঞ্জাওবা (শক ১৫৭৮) অমসুং মৈদিংঙু পাইখোমবা হাক্তক্তা ময়াংখাংদা লান্দাবগী ব্রা ইরি।

'মৈদিংঙু চরাইরোংবনা পানবা মতম শক ১৬২২ (খৃঃ ১৭০০) লাংবন ১৬ নি পানবা নিংথৌকবা লুহুপ্পগা (তাংখুল কাঙলুপ অমা/রাফৈ) থংকানকা অনিমনা ব্রাইতোনগী লৌবুক্তা খোংফেন হান্নেএ।' অসুম্না 'চৈথারোল কুম্বাব'দা

ইবি। মসি 'থঙমইরোল' (ইথোকপা হেমচন্দ্র অমসুং কুলচন্দ্র) দসু মরীক চুম্না ইরি। থাঙ্গাল খরা হেন্না শোকপা শিবা য়াওরবদা মৈদিংঙু চরাইরোংবনা মৈতৈ অঙম্বশিং থাদোক্তুনা লান খামখি। মসিগী মতুংদা মৈদিংঙু অসিনা থঙ্গাল শুরুংদা লেঙই হায়না শ্রীখুমন্থেম কাওমচানা ইবা 'মণিপুর ইতিবৃত্ত (লামায় ২৫ দা) ইরি।

মৈদিংঙু চরাইরোমবা অমসুং নুংথিল চাইবী অনীনা পোকপা মজাইবুংঙো অহল মৈদিংঙু গরিবনিৱাজ অসি পোকপগা থাঙ্গাল খুন্দা থৈখিবগী ৱারী লৈরি। মরমদি অনীসি লৌন-লৈনবদা ফজদবা খরা লৈবদগীনি। নুংথিলচাইবীগী মমাসি মীরোনদুনা খুমন্দগী লানফা ওইরক্লগসু মৈদিংঙু পাইখোম্বগী মনাইনুপী ওইরবা কান্দা নুংথিলচাইবীসি কোনুংদা পোক্তুনা চাউরকপনি। অদুনা " The lost kingdom" edited by L. Joychandra Singh page 20 দা "Raja's daughter Satpam Chanoo died inthe month of June" হায়না ইরি (চৈথরোল কুম্ববদিদ লামায় ৫৯ দ '২৭ নি ইরাইদা মৈদিংঙু ময়াম্বগী মমা শাৎফম চনু নুংতিল চাইবী শিএ' হায়) থাঙ্গানশিংনদি গরিবনিৱাজ অসি থাঙ্গনগী অশেংবা ইনি হায়বসু য়াওরি। "Thangal people claimed that Pamheiba was the real son of Thangal. He grew 2 yrs. in Parn (ghum) of Thangal Village and for that he was Pampheiba" সুম্না Y. L. Roland Shimmi না মহাক্কী "Comparative History of the Nagas" দা ইরি। W. Mc. Culloch নসু মহাক্কী "Valley of Manipur" দা নাগা মচা মাল্লি হায়রম্মী। থাঙ্গলশিংনা ক্লেম তৌরিবা অসিগী গরিবনিৱাজনা কোনুংদা লাকম্লিবা থাঙ্গল মচা অমগী মরমদা শোয়দনা ওইগনি। 'হাওমচা লোয়শঙ' লিংখৎতুনা সনা কৈথেলদগী চানীংবতা লেম্না চাহনখিবগী চৎনবী অমসু লৈখি।

পামহৈবগী মতাংদা চয়েৎনবগুম থাঙ্গাল জেনেরেলগী মতাংদসু চয়েৎনবা অদুম লৈ। "K. Prongo" না ফোংবদা 'The Nagas" হায়বা মেগাজিন অদুগী 1981 March issue দা "Thangal General" গী ফোতো মখাদা "First Naga General from Thangal surung" হায়নসু ইরি। আর. আর. শিমরেনা ইবা "Origin and Culture of Nagas" গী (লমায় ৩৪দসু )

অসুম্না ইরি ঃ Thangal, the General (Lungsukbow) from Thangal Surung who fought against the British was a Thangal Naga".. অদুবু N. Khelchandra Singh না ইবা "Thangal General দদি " He was the Piba of Chingamakha Taba Kangabam of Family of Ningthouja, Salai of Meities. He was a descended of Medingu Yaraba who ruled in Manipur (977-821 A. D) and was the 18th line of descent from Medingu Yaraba" হায়না শক তাকখি। Sir,James Jonnstone নদি মহাক্কী "Manipur and Naga Hill's" (লামায় ৭৫ দা) থাঙ্গাল মেঞ্জর অসি মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহনা থাঙ্গাল খুন্দা লান চৎপদা য়াওবা, থৌদোক্তুবু নীংশিংবা ওইনা থাঙ্গাল কৌখিবনি হায়। E.W. Dun নদি মহাক্কী "Gazatteer of Manipur" দা বঙ্গালি সনা শাবা অমগী মচানি, নিংথৌজা সলাইদা লুহোংবা মতুংদা লৌশিনখিবনি হায় । মাগী মতীক মগুণ, হৈ শিংবা লোনলি খওবা কয়াসি য়েংলগদি বৃটিশ ওফিসরশিংনা ইরল্লিবা অসি লায়না লৌফম থোক্তে।

**চরাই থঙ্গাল ঃ**

মপাগী মমিংনা 'খাবা' মমাগী মমিংনা 'থৈবুই' কৌই। মার্চ ২৫, ১৮৯১ দা Mr. Melville, Superintendents in Telegraph বু ময়াখাংদা হাৎখিবগী মরমদা ওক্টোবব ১৩, ১৮৯১ দা ইম্ফাল জেলদা ফাঁসি তৌখি। "Cherai Naga, the murderer of Mr. Melville was hanged this morning" অসুম্না Chief Political Officer Manipur গী Telegram No. 384 dated Manipur 13th October 1891 দা পল্লি। থৱায় য়াওদ্রবা হকচাংদু মবী মতানা পোক্লফম লমদমদা লৈবোন চনখি হায়। চৌকামী অমসুং গাওহো হায়বা ময়াং খাংদগী থঙ্গাল মচা অনি, O. Biren, Singnaller হাৎপা অমসুং Melville সাহেবপু চিবাই থঙ্গান্না তান্নবা কান্দসু চিরাই থঙ্গালগী মতুং ইন্নবগী মরালদা অন্দমানদা লোই থারুই। মখোয় অনিমক খৃঃ ১৯০১-০২ দা মবমদমদা হল্লকখি।

হৌজিক ফাওবা মৈতৈ অখণ্ড-অহৈশিংনা থাঙ্গাল শুরুংদা লাইনিংথৌ

পাখংববু ঈরাৎ থৌনি তৌনরি।

**তরাওঃ**

"তরাও তারাং মরিং খোইবু ওইগদবা নঙতি নামাঙ ফিমু ফায়েৎনা শিঙতুম লুরোন থেৎনা কোইনাখিও।" অসুন্না পোইরৈতোনগা লোয়নরকপা মীওই খরনা তরাও মরিং খোইবু ওইখিবগী ৱাফম 'পোইরৈতোন খুন্থোক' তা ইরি।

'থৌবালদা লৈবা শিংগামদি তরাওনে' অসুন্না "কৈরোই"দা ইরি।

Tribal Bench Mark Survey Tengnoupal Dist. 1983 দগী খঙবদি চান্দেলদা য়ুমখোক ৫১ মীশিং ৩১৩ লৈখি। (তরাও লাইমনাইদা য়ুমকোক ২৮ মীশিং ১৭৫ অমসুং লৈশোকচীংদা য়ুমকোক ২৩ মীশিং ১৩৮ অসিনি, সনাকৈথেল উখ্রুল সবদিবিজন্দা লৈবা মীশিংদি য়াওদে। ১৯৯১ মী মীকোক থীবদা নুপা ২৯২, নুপী ২৬৬ পুন্না ৫৫৮ ওইখি।

তরাও লাইমনাইদগী লৈশোকচীং, হৈকাক পোকপী, খোরিঙমুল খুনশিং অসি চোংথোকখিবনি। খোরিমুল খুন অসিদি লাই মনাই মনাক্তা লৈবা তরাও খৃষ্টানশিংনা খুন্দারম্বা "Shangarching" দগী ১৯৭৪ মার্চ অদুৱাইদা উখ্রুল সবদিবিজনগী সনাকৈথেল খুলদা খুন্দাদুনা লৈরুরবা তরাওশিংনা মরিংদগী লমদু লৈরগা খুন্দাখিবনি। হৌজিকসু সনাকৈথেলদা তরাও য়ুম্নাক ১১ মীশিং ৫০ রোম লৈরি।

'লাইমনাই' হায়বদি মৈতৈ ৱাহে লাইগী মনাই হায়বদুনি। তরাওশিংনা উমংলাইগী সেবা তৌরম্বা /লাই হরাওরম্বগী ৱারীনৈ।

'লোয়য়ম্বা শিনয়েন' সম্পাদক শ্রীখুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ লমায় ৯১ দা অসুন্না ইরি ঃ 'তরাউদি লোইচাওতা মি অমনা ফিরাঙ মঙা লোইখমতা অনি মাতেক থোইতিং চাং অমা কুম অমদা য়েল অমা কৎলে। কুম অমদা লৌকৎলে। য়িমথোক য়ময়েংতা ফক কৎলে। শংগাই শারপতা সেরি শেনচাউ কৎলে। মেরাদা হৈ পোল ফাং ফিমু কৎলে শলচিলাংমৈ থোই,চাপোক নাউশোং ফমপালদা মি অনিনা ফি অমা হিতাককি হৈরাপোপ কৎলে।' তরাউশিং ফিশা-লোনশা অমসুং জগোই ঈশৈদা মমিং চৎলি।

মমাঙঙৈদা খুমনগী লম হায়বসি তরাও, মরিংনচিংবা চীং মীশিংনা খুন্দাবা লমসু য়াওরম্মী। খুমনা মরায় চায়থরকপদা তরাওশিংনা ইরাং হৌরকখি। খুমন্না

হায়জবকপদগী মৈদিংঙু নিংথৌ খোম্বনা তরাওশিংবু খুদুম চনশিনখি। 'হাওরে নোংপোক খানা পাংবরম তরাও লৌচিংফেদা খৌশাবনে।... তরাউ কাকোইবিগা মদু নিংথৌ কোন্দে শাংদি লাংমৈববু কায়ন হুল্লে।" অসুম্না নিংথৌবোল লম্বুবা (অহানবা শকক ও ঃ ভোগেশ্বর সিংহ) লমায় ২২৫ দা ইবি। হায়রিবা খুল অসি পোইবৈতোন্না খুম্বোক্লকপা মতমদা অরুম লাইহৌনা নাদুনা মতম খবগী ফাইরম্মী।

মৈদিংঙু ক্যাম্বা হাক্তকসি তরাওপন অসি য়াম্না মরুওইবা নোংপোক থোঙ ওইরম্মী। নূংদা ময়েক ইদুনা য়ুংলম্মী। ইরল্লিবা ৱাহে ৱাতাশিদি খোইপু পন্তা য়ুংলল্লিবশিংগা অমহানি হায়না অখঙ অহৈশিংনা হায়রি। "লাইনিংথৌ কিয়াম্বগী য়াথংনে।তালাও পানতা নোংপোক থোংনে। .. সাফা লাইফা তৌফলোই লাইনিংথৌ খাকেমবাগী য়াথংনে।"

মৈদিংঙু পাইখোম্বা হাক্তক কুমশক ১৫৯৯ মেরা থাদা 'তরাও খুন্দোল' চেনখিএ অসুম্না চৈথাবোল কুম্বাবদা ইরি। অমুকসু 'কুম শোক ১৬০৭ মেবা ২৫ নিদা তাবাও খোনতোন 'চেনখি' হায়রি। 'সমজোক ঙম্বা' সম্পাদন শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ লামায় ৯ দা ইরি।"... লাইবেন ঐগী ঈবোই লোইবীরেন তবাউ খুদোল মনিন নাইববু পীরক্তবগী তমকসুঙ ঔৱা তোঙদোয় নিংথৌবুসুঙ থাঙলেন খুৎনা ফংনা যান্নগে হায়না কংলা ৱাশক্লবদা চেংলও মশক য়েংবসুঙ লাইজ ইগুমন ঙাঙএ।" অসুম্না মৈদিংঙু চারইরোংবগী মচানুপীবু মহারাণী ওইহন্দে হায়বগী শাউবতা নত্তনা তারওসিংবু হল্লকহন্নবা হাযবদা অৱানা য়াদবগী মজাইবুংঙো পামহৈবদা অৱা লান্দানবা পাউতাক পীরম্মী। মৈদিংঙু পামহৈবনা অৱাদা লান্দাবা তরাওনচিংবা চীংগী কয়াসু মৈতৈগী মীচঙদা চোংথোরকখি।

মৈদিংঙু চিংথংখোম্বনা পানবা মতমদা শক ১৭১২ (খৃঃ১৭৯১) লমদা ৪ নি য়ুমশকৈশদা তরাও পেনা খোংবা ৩৪ বু খারম্না হাৎখি। মদুগী লমন শিংনবা মৈদিংঙু মশামক খারম লান্দাবা লেঙই। মৈদিংঙু অসিগী হাক্তক 'থোকচোম কোইবগী কুম শক ১৭১৬ ৱাকচিং ৮ নি নিংথৌকাবা তরাও পল্লেন ২ মনা শামুগণ্ড অমা ফাদুনা নিংথেমদা কৎলৈএ।" অসুম্না চৈথারোল কুম্বাবদা ইরি।

অৱাবদি মথায় থানদগী মণিপুরদা খুন্দা -লৈতানা লৈরক্লবা তরাও সেদুল ত্রাইবকী লিষ্টতা জনুৱারী ৭, ২০০৩ চল্লি। নক্লবা লৈমিন্নবা ত্রাইবশিংদা নপতুনা সেদুল ত্রাইবকী খুদোংচাবা ফংনবা হোৎনখি। তরাও অসি 'নারুম', য়োংখুন'

অমসুং 'শাইবোল' হায়বিবা মরিংখুল অহুম অমসুং 'খাসুং' অমসুং 'শাইববোল' হায়রিবা মরংখিলু অহুম অমসুং 'খাসুং' ১সুং 'নম্বাশিং' হায়রিবা তাংখুল খুল অনীসিগা লোল চানৈ, অনেম-অৱাং খরা খেন্নবতনি।

**খারমঃ**

ত্রাইবেল বেঞ্চ মার্ক সর্বে ১৯৮৩ গী মতুং ইন্না সেনাপতি ডিষ্ট্রিক্টকী কাংপোকপী সবদিবিজন্দা লৈবা খারম পল্দো য়ুম্নাক ৪১ মীশং ২১৯ লৈ। অদুবু Dr. (Ms.) Gina Shangkham President Naga Women Manipur না ইবা ৱারেং অমদা (A brief account of the cultural festival of the Kharam Tribe of Manipur) দা য়ুমকোক ১৭৯ মীশিং ১১২০ নুপা ৫৬৮ নুপী ৫৫২ নি হায়খি। লোয়ননা খারম পালেন্দগী তম্বাক খরম (খৃঃ ১৯২৪) তুইসেনফাই (খৃঃ ১৯৭৫) অমসুং লাইকোৎ ফাইজোল (খৃঃ ১৯৭৯) হায়রিবা খুলশিং অসি চোংথোকখি অমদি লাইকোৎ হায়বা খুল অসি কোমনা খুল্লকপা ওইজরবসু খুঞ্জা অয়াম্বদি খারমনি। লোন্দা চিরু, আইমোল অমসুং কোমগা মান্নৈ হায়।

পোইরৈতোনগী খোঙলোয় খরনা খারম ওইখিবা মতাংবু 'পোইরৈতোন খুন্থোক' সম্পাদনঃ মোইবাংথেম চন্দ্রসিংহ্ লামায় ২০ দা থাবি ঃ 'খারম মানুং ওইকাতৌবা নঙতি মোমনু মুশক ওইনা শমলাং তাঙচা তুংতায়, পাইমোম নাকৱোই শেল শাবুল লুহুপ্পা কোইনা খিও।"

'খোংচোম নুপী নোংকারোল' ইথোকপাঃ মোইরাংথেম নরেন্দ্র লামায ৩দসু অসুম্না ইরিঃ 'হাওরৈ নোংচুপনা পাংপা লমতা লোইপী খালম হায়পা মোমনু শক্তনাপা তাঙচা মশামুচিপু তুংতা লয় শাৱুল লুহ্পনপ পাইপোম নাকলোই য়েৎপা লৌইবী তানাতাপা হেমপা খঙনতাপা পুঙতাতি কোরও খোংচোম নুপীপু কৌবতি শাইপরিংৱো তৌনা কৌয়ে। নিংনাংপুতি লেলোকৱো কৌয়ে।"

'অঙোম ওংবী খুমন তাবী লুৱাংদা শৈদাংবী ইমোইনু অহোংবী' অইবাঃ লোংজম অচৌ মীতৈদগী খঙবদি 'খারম লাম্মীনা হাৎখিবদা খুমনগী লাম্মী তুমশিল্লক্লে। খুমন লাম্মী মচেৎ মচেৎ চেন্নরক্লে।" " করি পাবৈ লৈরকত্রবদা খুমন নৱা পোং নিংথৌনা অঙোম লিক্লাই অঙৌপানবগী মফমদগী লাল পাংবিনবা হায়জরম্মী। লিক্লাই অঙৌপানবনা খারম খুল্লাকপা ফাদুনা য়াংবিথক্তা শোরো

শোরো চিংখি। খারম খুল্লাকপনা মথ্বায়দদি কনবীয়ু কুমজা খুদিং লোইপোৎ কাজগে হায়বদগী থাদোকপিখি।

'মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা' অহানবা শরুক, সম্পাদন ঃ ওইনাম ভোগেশ্বর লামায় ৮৭ তা 'য়িব্রাং পুরিক্লাই তুসেমপানা খারম লৌশেনগী নিংথৌ শেনকুপলেং হায়না কৌবা লাম্ভৌববু লানঙমলকখি।'

'লোয়ম্বা শিনয়েন' সম্পাদকঃ শ্রীখুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ লামায় ৯১ দা ইরি ঃ " খারম চীংমাংদি পানচিং অমনা চীংচাকু পোল অমা নাএ, সন লাংমৈ থৌই। ফাকসাং ফাইরোং অনীমদি পানা কৎলে। খারমসু লাইরমসু সিতেক-শিংয়েক ফম্পাক ব্রাগোন নাত্র মহারানীনা মচা পোকপসু নাএ। য়িমমোক য়িময়েংনায়ে অসুম্না খুল অসিনা নিংথৌগী চহীগী অমসুং থৌথোকী পোৎ কৎলে"।

মৈদিংঙু খাগেম্বা হকতক 'মৈশুবা লম্মিংগী কুম শক ১৫৪৭ তা মোমতিং, লমলেম, লাইপাই, তোনপুং খাবম ৫ মা খোমএ।" মৈদিংঙু পাইখোম্বা হাক্তক "থৌথাপম থরোইগী কুম শক ১৫৯৪ লাংবন থাদা খারম হাওদা উচি অচৌবা থোকএ ব্রায়হুম চাউএ হায়নএ। ফৌ য়াম্না চিংকথেকএ।" অসুম্না চৈথারোল কুম্বাবাদা ইবি।

'তুসুক' খুল অসিবু খারমশিংনা খুন্দাবা খুলনি। খৃঃ ১৭০৯ মৈদিংঙু চবাইরোংবা মশামক লেঙদুনা তুসুক লান্দাবা চৎলি। হায়রিবা তুশকু খুলগী মীওই খবা ব্রাহেং লৈকায় অসিব্রাইদা লৈহন্নবগী ব্রারীসু ওইনা তৌবা লৈ।

'সাচুংঙম্বা' শিন্দোকপা এম কে শমচেৎশাবা এম এগী লামায় ২ দা অসুম্না ইরি ঃ 'লাইরেন মৈদিংঙু থোংনাং ময়াংঙম্বগী তুবীসনা মচুঙশেন, লাইরেন চুংশেন মরানগুম অহানবা লৌইবী চীংদা কানা খাবম শোক্লবা সাচুন হাগব্রা অসিব...।" মসিদগী শাচুং খুল অসিবু খারমশিংনা খুনদা- লৈতাবম্বা খুল ওইবগুম তৌরি।

মৈদিংঙু চিংথংখোম্বা হাক্তক ককচিং 'কৈথেলগী কুম শক ১৭১২ ইঙেন ১৮ নি পানবা লৈপাকপোকপা খারমহাও ৩৫ বু ব্রাইবোক্তা লৈহনএ... লাংবন ১১ নি নোংমাইজিং মোইরাংদা লৈবা লুহুপ্পা হাওনা খাবম হাওগী লাল্লু অমা পুরকএ" অসুম্না চৈথারোম কুম্ববদা ইরি। মৈদিংঙু অসিগী হাক্তক শক১৭১২ লমদা ৪ নি য়ুমশকৈশ তরাও পেনাখোংবা ৩৪ বু খারমনা হাৎখি। মৈদিংঙুনা

সনা খোঙলেঙদুনা খাবম্বু লাকশিনখি।

খাবম পলেন অসিদি মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি সনা হাক্তক্তা মুৎলুবদগী অমুক শেমগৎপগী ব্রা চৈথোবোল কুম্বাবদা ইবি ঃ " ২৭ নি ইবাইদা (১৩।১।১৮৬৫) ইংদা) ব্রাকচিংগী সংক্রান্তি হৌএ। অদু নুমিৎতা নিংথেম সনা য়াথং খাবমপলেন মুৎলে হাযদুনা মমা শীজ নিংথৌপোকপীনা মপু ইবুংঙো লুব্রাং নিংথৌবু খুল শেমহল্লে।"

অসিগুম্বা যাম্না লিববা খাবম জাতি অসিবু সেদ্যুল ত্রাইব লিষ্টতা য়াওদবনা কোমদা শাইদাংদুনা সবকাবদগী খুদোংচাবা ফংনবা হোৎনরম্বা অদু জানুব্রারী ৭, ২০০৩ দগী সরকাবনা শকখংনবা লিষ্টতা য়াওরে।

**কোইরেংঃ**

কোইরেং অসি সাইকুন্দা যুমকোক ৯১ মীশিং ৪৬৮, কাংপে কপী সব দিবিজন্দা যুমখোক ৬১ মীশিং ২৭২ লৈ হাযবসি ত্রাইবেল বেঞ্চ মার্ক সর্বে ১৯৮৩ না উৎলি। কাংপোকপী সব দিবিজনগী লোঙ্গা কোইবেংদা য়ুমকোক ৬১ মীশিং ২৭২ সি লৈ। সাইকুল সব-দিবিজন্দা সাধু কোইরেংদা মীকোক ৩৪ মীসিং ১৭৩, লোঙ্গা কোইরেংদা মীকোক ১৩ মীশিং ১৭৩ , লোঙ্গা কোইবেংদা মীকোক ১৩ মীসিং ৫৪, কাম কোইরেংদা মীকোক ১৯ মীশিং৯৯, নুবাথেন্দা মীকোক ১৯ মীশিং ৯৯ লৈ।

মণিপুরদা খৃঃ ১৮৭৫-৭৭ তা পোলিটিকেল এজেন্ট ওইনা থবক পুবম্বা Mr. G. H. Damant না মণিপুব তম্পাক্কী অব্রাংদা লৈবা চীংশাং অমদা খুঙ্গং ৮ দা কোইরেংশিং লৈরম্মী মীকোক ৬০০ মুক্লি হায়।

৬ শুবা শতাব্দী অদুব্রাইদা মণিপুবদা চঙলক্লম্বা য়াই হায়না থাজে। Lungrel হায়বা চুবচান্দপুরদা লৈবা খুঙ্গং অমদা ইহান হান্না লৈরম্মী। অদুদগী মথং মথং খুল হোংলকপনা থাংজিং চীংদা খুন্দা লৈতানা থাংজিং কোইরেন লাইবু নীংদুনা লৈরম্মী হায। অদুবু খুলগী য়ুম অমদগী মৈ হৌরকপদগী খুঙ্গং তুম্না মৈ চাক্লকপা অমসুং মোইরাংশিংনা তোয়না লান্দরকপদগী থাংজিং থাদোক্লুনা অমুক খুল হোংলকখি। অসুম্না লাকপদা চুরচান্দপুরগী মনুং চন্না লৈবা লাইমনাইদা থুংলখি। মসিদগী কোইরেংশিংনা তোঙান-তোঙানবা মফমদা চাইখাইখি। শরুক অমনা লাঙ্গোল চীংদা খুন্দা লৈতানা লৈখি। লাঙ্গোল চীংদগী অমুক অব্রাং সেকমাইগী

অৱাং নোংপোক থংবা শরুক্তা লৈবা চীংফে চীংদা লৈখি।

"মোইরাং নিংথৌ লম্বুবা (সম্পাদকঃ ওইনা ভোগেশ্বর) অহানবা শরুক্তগী খণ্ডবদি চোথে থংৱাই পাখংবনা পানবা মতমদা যোইরেন খুনগুমচীংগী চীংথক্তা তাবা কোইরেং খুঙ্গংদা লান্দাশন্দুনা নুংনাংচোং কৌববু লান্দা মায়থীবা পীখি হায়বসিনি। অদুগা চৈথরোল কুম্বাবদগী খণ্ডবদি মৈদিংঙু পুন্সিবা" (খৃঃ ১৪০৪-১৪৩২) 'অৱাং কৌব্রুলম কোইরেংদা লান্দখিএ,ঙমএ। লান্দি চারাই লোং লৈপুনলোং, থাংশাউতোং অঙাংবা ফারকএ।"মৈদিংঙু পাইখোম্বা হান্তক হৈস্নাম ক্যাম্বগী কুম শক ১৬০২ ইংঙা থাদা কৈথেন্দা শগোল শায়াম্বুং কোইরেং হাওনা তানা থিনহৎলমএ" হায়রি। মৈদিংঙু গরিবনিৱানা অৱা লান্দাবদা কোইরেংশিংসু খোঙমী লাম্মী ওইনা লোয়নখি।

Ekpam খুলগী Y. Kheleng অসিনা কোইরেংগী মনুংদা ইহান হানবা লাইরিক হৈবা মীনি। মৈতৈ ওজা অমদগী ক্লাস টু ফাওবা লাইরিক তমহৌই মণিপুরী ফজনা ইবা পাবা ঙম্মী। ঈশৈ অমসুং চৎনবী কয়া থিজিন্দুনা ইথোক্লম্মি। ফেষ্টিবেল কয়াদা মহাক্না ঈশৈগী তম্বীবা ওজা ওইখি। অসুম্না মৈতৈলোন্দা লাইরিক ইবা হৌখি।

কোইরেংগী চিফশিং অসি যাম্না শক্তি লৈ। মৈতৈগা নকশিন্নবগী মৈতৈ ফম্নাইবা হায়বদি খুল্লাকপা/ নিংথৌ, লুপ-লাকপা, য়ু পান, পোৎশঙ, মৈতৈ লম্পু অসিনচিংবা ফমথোল কয়াদা শীজিন্নরি।

লাঙ্গোলদা লৈরিঙৈদা কোইরেংশিং হৈ-রা, মনা মশীং ফজনা থাদুনা নিংথৌদা কৎলি। মতাং অসিদা পানবা নিংথৌসি মহারাজ চন্দ্রনকীর্ত্তিনি হায়। মহাক্না খুনদা নোংমা চৎখি অমদি খুলগী চাওখৎপা অমসুং অকনবা মথৌশিং অদু উরুরগা অৱাং মায়কৈ ঙাকহন্নবা চিংফৈ চীংদা খুন্দা - লৈতাহনখিবনি হায়। PuMunchuong না শামু অঙাওবাঅমা হাৎলগা শামু মায়াদু নিংথৌসিদা কৎখি। মহারজানা খুন্দুদা নোংমা খোঙলেঙলকখি। খুন্দুগী চাওখৎপদু উবদা চেৎনা পানবা খুলনি হায়দুনা চেৎপান থোনবিখি। কোইরেংসিংনা হায়বা থোক্তবদগী Ekwan হায়রম্মি অদুদগী থৈথরক্তুনা Epam কৌখি। মমৈদদি কুকীশিংনা অসুম অসুম থোমজিল্লকপদগী কোইরেংসিংনা Ekpam অসি থাদোকপা তারকখি।

অমরোমদা কোইরে জাতি অসি কোম জাতিগা হৌরকফম মান্নে। মখোয়সি

মশা অমতা ওইরম্বদগী থাংজিং চীংদা পানবা কান্দা মৈ চাকপদুদগী তোখাইহনখিবনি হায়নৈ। থাংজিং চীংদা খুন্দা লৈতানা লৈত্রিঙৈদা খুন্দারম্বা অরিবা খুঙ্গংশিং অদু কোইবেং অমসুং কোমগী ৱাবীদা চপ মান্নে হায়রি। অদুনা কোমরেম হায়দুনা মখোয়বু পুনশন্নবা লাক্লখি। মসিদা কোম, চিরু, আইমোল, পুরুম অমসুং কোইরেং য়াওরম্মি। অদুবু কয়া খুমাঙ চাওশিনখিদ্রে। কোইরেংদি মৈতৈগা ফিজেৎ চাকচা, য়ুমলৈ-কৈরৈ, লাইনিং লাইশোন্দা য়াম্না মান্নপ্রে। মৈতৈগী য়েক-শলাই তরেৎ লৈবগুম কোইরেংগীসু য়েক শলাই তরেৎ লৈ। মদুদি, ১। ৱৈতে(নিংথৌজা), ২। সোংথু(লুৱাং), ৩। লৈসন (খুমন), ৪। তুমতিন (অঙোম), ৫। তেনতে (মোইরাং), ৬)ৱালরে (ঙানবা) অমসুং ৭। মিকল (শরাং লৈশাংথেম-চেংলৈ)

**অনাল ঃ**

ট্রাইবেল বেঞ্চ মার্ক সর্বে ১৯৮৩ গী মতুংইন্না চান্দেলদা য়ুমকোক ৮০৯, মীশিং ৪২৩৭ চকপীকাবোংদা য়ুমকোক ৬৯৭, মীশিং ৩৯০৪, তেংনৌপলদা য়ুমকোক ৮, মীশিং ৩৭ পুন্না চান্দেল ডিষ্ট্রিক্তা য়ুমকোক ১৫১৪, মীশিং ৮১৭৮ নি। চুরাচান্দপুরদা য়ুমকোক ৫০, মীশিং ৩০৪ লৈখি।

'নিংথৌরোল লম্বুবা' অহানবা শরুক ইথোকপা 'ওঃ ভোগেশ্বর সিংহ' লমায় ২৭৮ দা ইবি "নবুথৌ চীংখোং পোইরৈতোন্না মৈতৈ লৈমা লৈনাওতাবীবু পুবগা চীংমী শাদুনা লাকপদা নুং ইশং থাংবা অমা নেৎলুপদা খুদোন নাম্থোকখি। নুমিৎ অদুদগী খুনাল হায়বা ৱাহৈশিংবু পোইরৈ লমদা তাবাশিংন অনাল হায়না কৌনৈ।"...

অনালশিং অসি অৱাদগী মিজোরামগী আইজোল্দা, অদুদগী চুরচান্দপুবগী থালোন্নচিংবা মফমদা য়ৌবকখি। পুখুবুভ হাযবা মফমদা অমদা কাঙলুপ অহুম থোকনা খাযদোকখি। Anganal না লুচিংবা কাঙলুপনা অৱাং নোংপোকলোমদা চৎখিদুনা অনাল খুলেন অসি লিংখৎখি। মথংদা লেমহৌরিবা গ্রুপ অদুনা Haikha হায়নবা মফমদুদা অনীথোক্লা খাযদোকখি। Khubung না লুচিংবা কাঙলুপনা Khubung Khullen অমসুং Lamphou না লুচিংবা কাঙলুপনা Abung দা অচৌবা খুঙ্গং অমমম লিংখৎখি। অদুবু কুকীশিংনা খহৌদনা লান্দাশিনবদগী খুঙ্গাশিংনা অবুংদগী চেনখিদুনা Lamphou chard দা খুন্দাদুনা লৈখি। খুঙ্গং

অহুমশিংদগী অনাল খুলশিং মথং মথং শন্দোকখি হায়না থাজনৈ। চন্দেল্লোমদা খুন্দাখিবা অহানবা কাঙলুপশিংগী মনুংদা অনালসু অমনি।

মৈদিংঙু চলামবা সনা হাক্তক খৃঃ ১৫৫৯ দা অনাল নানফৌদা লান্দাখি। মতাঙসিবু 'চৈথারোল কুম্বাবা' দা অসুম্না ইরি ঃ 'শিনাইবা কাতেংগী কুম শক ১৪৮১ দা অনাল নায়এ, অনাল ঙমএ। লান্দি অনাল নিংথৌ নোংনিনখাই ফাএ।' খৃঃ ১৫৭১ দা মৈদিংঙু মুংয়াম্বনা অনাল খুল্লেন লৌশিন্নবা লান্দাখি। "কুম শক ১৮৯৩ অনাল নাবদা অমোম ময়াম্বসু, কৈশাম মুব্বাসু, থিংবাইজম পারাসু সংখোম্মসু ৪দা শিএ।" অসুম্না চৈথারোল কুম্বাবদা ইরি। কয়া মায় পাকপা উদে। অদুবু খৃঃ ১৫৯৪ দা মুংয়াম্বনা অমুক অনাল মরৈপুং(মরিবুং) লান্দা শিনখি, অদুদা মচানুপা খগেম্বসু য়াওই। "লান্দি শিন্থোইবা ফায়এ। অদুবু মখাওদা হি থাংই। হাওনা মখাও য়ৌনা হিনাও য়ান্দুনা তানএ। সনা থাঙসু স্না চুগোয়সু কোরিকসু মৎহৌএ।" হায়না লাইরিকসিদা ইরিবসিনদি থোইনা মায় পাকপা মান্দে। অদুবু 'অনাল খুলেন নায়এ, লান্দি খোংচুপাসু লানুংবাসু তোলোইবসু ফায়এ' হায়বা ইবসিনা অনাল খুলেন্দা লান্দাবসিদি মৈতৈনা মায় পাকপা মাল্লি।

মৈদিংঙু খাগেম্বা হাকতক "ঙাঙোম তোনবগী কুমশক ১৫৫৮ তোমপি নাদুনা ইবুংঙোহন্না তোমপি নিংথৌ নোংময়োল ফায়এ।" "দুথাংসু লান্দাবদা ঙম্মী। থৌনাওজম মুরগী কুম শক ১৬১২ ইং ঙা ২৯ নি নিংথৌকাবদা শগোলশেনবা হঞ্জবা লুব্বাংনচিংদুনা অনাল নানফৌ—মরৈপুং (মরিপুং) শগাং খুঙ্গং ৪মকপু তাঙলমদুনা চাক পীজগে হায়না থেমথৈএ। তন্না লাল ১৫০ ফাহৌএ। নাককপা ইহারাইদা থমএ।" অসুম্না চৈথারোল কুম্বাবদা ইরি। মসি মৈদিংঙু পাইখোম্বগী মতমদা থোকখিবনি।

মৈদিংঙু চরাইরোংবগী হাকতক খুমুকচম মোইরাম্বগী কুম শক ১৬২৫ কালেন ১৬ নি লৈবাকপোকপদা অনাল হাও ২৩ ফাবকপা অমসুং ফাইরেল ৬ নি ইবাইদা অনাল লাল্লুম্বা চৎপগী ব্রাফম চৈথারোল কুম্বাবদা ইরি।

খৃঃ ১৭১০ দা মৈদিংঙু গরিবনিবাজনা অনালশিংনা খুন্দাবা ওক্লু খুন্দা লান্দখি। অনাল খুলেন্দসু লান্দাখি। খৃঃ ১৭১২ দা তোকপীচং অমসুং অনাল লমফৌ লান্দাখি। লানফম অসিদা অনালশিংনা ইচঙ থৌনা লাম্থেংনখি, মৈতৈ ফল্লাইবা ১৯ খক থব্রায় থাখি। লৈখিদ্রবা মৈতৈগী ফল্লাইবশিং অসি State

funeral তৌখি। খৃঃ ১৭২৮ দা অনাল লমফৌ অমুক হন্না লান্দখি।

অৱানা মণিপুরদা লান্দবা কান্দা অনালশিংনা মৈতৈগী মীচঙদা লৈখি। 'Kongang' হায়বা আইমোল মোবে লম্লেন্দা আইমোন্দগী খাদা মাইল ১১ চৎলগা লৈবা অনাল খুল অদুদা খৃঃ ১৮১৯ দা মৈতৈগা অৱাগা অকনবা লাম্ফেংনখি।

মৈদিংঙু গম্বীর সিংহ্ হাকত্তা 'ওইনাম বনরামগী কুম শক ১৭৪৭ পোইনু ২৫ নি ইরাইদা শ্রীঅচোইবা লাইফম লাকপনা লামফৌ হাও থুগাইদুনা ফৌপোৎ ১০০০ পুথৈএ। '... ফাইরল ১১ নি নিংথৌকাবদা ময়াংলমপ বিসম্ভরনচিংবা মৈতৈ তেঙ্গোল পুম্বা লামফৌ হাও নাহৌএ। শোইপম খুনিংগী কুম শক ১৭৪৮ ফাইরেল ১১ নি যুমশকৈশাতা লংমাইথেমপা শ্রীনোংথোমপানচিংনা লামফৌ হাওদগী শন্দং ২০ শেন লখা ৩০০ পেনপুং শেনম লাই লোইহাপোৎ পুন্নমা পুরক্নুনা শ্রীযুৎ মহারাজ গম্ভীর সিংহ্ কৎলৈএ।"

**পুরুম ঃ**

ত্রাইবেল ৱেলফেয়ব দিপার্টমেন্টনা ১১৫৫-৫৬ তা পুরুমগী অপুনবা মীশীং অসি ১৪৪ নি হায়। অদুবা ১৯৬১, ১৯৭১ গী মীকোক থীবদা পুরুম মী অমা ফাওবা চোংথোকখিদে। ১৯৮৩-৮৪ গী ত্রইবেল বেঞ্চ সর্বেদসু পুরামনি হায়না শকতাকপা মীশক ফাওবা থেংনখিদে। অদুবু খৃঃ ১৯৮১ গী মীকোক থীবদদি নুপা ২২৪ , নুপী ২০৩ পুন্না ৪২৭ খক চোংথোরকখি। মসি ১৯৫৭ কোম-রেমগী ঈহৌনা ওইবম্বসু য়াই। মসিদা কোম, চিরু,আইমোল, পুরুম, কোইরেংশিংনা পুনশিল্লগা কোম-রেম শেমখিবনি। অদুবু কয়া খুমাঙ চাওশিনখিদে। খৃঃ ১৯৯৭ তগী অমুক কোম য়াওদনা রেম হায়বদি কোইরেং চিরু, পুরুম, আইমোল অসিগী অপূনবা লুপ অমা শেমখ্রে। পুরুম্না মখোয়গা নকম্বা চোথে হায়না শক্তাকচবদগী মশীং হন্থবনিসু হায়, ময়েক্কীদি সেনাপতি দিষ্ট্রিক্টকী সাইকুল সব-দিবিজন অমসুং চান্দেল সবদিবিজন্দা পুরুম্না হৌবা খুল কয়া লৈরি। খুদমদি সাইকুল সব-দিবিজনগী পুরুম লীক্লি, পুরুম খুল্লেন, পুরুম গেলজাং অমসুং চান্দেল সব দিবিজনগী —পুরুম পম্থা, পুরুম তম্পাক, পুরুম লাইনীং খুল, পুরুম চাঙবাং পানবা য়াই। মখোয় লোইনমক 'চোথে' হায়না শক তাকচৈ।

শ্রীখুলেম চন্দ্রশখর সিংহনা সমপাদন তৌবা 'লোয়য়ম্বা শিনয়েল ' লামায় ৯১ দা অসুম্না ইরিঃ "পুরুম নিংথৌনাইতি পালচি অমনা কাইরেন কাইকি অনি নাএ। ফিচেন অনি নাএ। থোইদিং চাং অমা, হিতাক পোন অমা, ফি পাওতম তরুক, মিতেক মিয়েং ফম্পানকী চাপোক নাউশেংদা মহারাণীগীদা মী অনিনা ফি অমা নাএ।"

পুরুম্না মৈতৈ ওইখিবগী মথাঙদা কৈরোইদা অসুম্না ইরি ঃ "নোংথোনবম খোংজৈ তাবদি পুরুম হাওনে।"

" থিয়াম থোংঙাগী কুম শক ১৫৪১ পুরুম খোমএ" অসুম্না চৈথোরোল কুম্বাদা ইবসিনা পুরুম অসি মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা খুন্দা লৈতানা লৈরে হায়বা ঙম্মী। "লাম্দি ব্রাংশোনবুং লৈরিবসুং লিংসিপাসু সিনপুসুং লোংবাসুং ফায়এ।" অসুম্না ইরি। মৈদিংঙু পাইখোম্বগী মচা ইবেম্মশিংগী মনুংদা 'পুরুম পল লৈমা ' তখেল নিংথৌদা থাজখিবী অমসু য়াওবি। 'পুরুম পল লৈমা ' কৌখিবনো থিজিনবা চঙই অদুবু পুরুমগা মৈতৈগা যাম্না নকশিন্নরম্মী হায়বদি লাল্লোই।

মৈদিংঙু চরাইরোংবা হাকক্ত "নিংঙোবম মাইজৌগী কুম শক ১৬২২ ব্রাকচিং ২৩ নি লংমাইংচিংদা পুরুম মিংথৌনাই চেনখিএ। নোংমদা পুরুম তাল্লে। ফাইরেল থা ৮ নি নিংথৌকাবদা পুরুম লান তানবা থুংলৈএ।" অসুম্না চৈথারোল কুম্বাবদা ইরি।

"মৈদিংঙু চিংথংখোম্বা হাক্তক ককচিং কৈথেলগী কুমদি শক ১৭১২ ইঙেন থা ৮ নি লংমাইচিংদা লুহুপ্পা হাও ৩০৪ পুরুমপন্দা খুল লিংহল্লে।" অসুম্না পুরুমপন্দা তাংখুলশিংবু খুন্দা-লৈতাহনখি হায়রি।

মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তি হাকতক অন্দ্রো গোবিন্দগী কুম শক ১৭৭৪ ইঙেন ২৪ নি নোংমাইজিংদা পুকম্না কৈ অমা ফারকএ।... খোরিখুল চাওবগী কুম শক ১৭৭৬ শজিফু ৬ নি পানবা থাংজদা শগোলমাংদগী পুরুম হাওনা কৈ অমা পাবকএ।" অসুম্না চৈথারোল কুম্বাবদা পুরুম্না কৈ ফারকপা ইরি।

অমুকসু লাইরিকসিদা পুকম্মু ফুম্বা হাওনা হাংখিবগীদমক কাংঙমচা মেঙোমবনা ফুম্বা থুগাইখিবগী মতাঙদা অসুম্না ইরিঃ "মাইস্না দেবশিংগী কুম শক ১৭৯২ ব্রাকচিংগী ২২ নি ইরাইদা কাংহমচা মেঙোরগা বুলুন সাহেবকা ২ মা হাওকুদা লময়েন্নবা লৈরিঙৈদা পুরুম হাওবু চেঙ লৌরুও হায়না চংহনখিববু

ফুম্বা হাওনা হাত্তোক্লম্লে হায়না কাংঙমচা মেঙোরনা সিফায় লোয়নদুনা হাওখুল থুগাইবা চৎলে। ... ২৫ নি নিংথৌকাবদা ফুম্বা থুগাই লান ২ শিনা ফাই। ইরোই ৫, সন ৭০ ফারকএ।

E.W. Dun না মহাক্কী "Gazetteer of Manipur দা পুরুমশিং অসি মণিপুর তম্পাক্কী মনাক্তা লৈবা চীং মচাশিংদা চাইনা খুন্দা-লৈতানা লৈ হায়রম্মী। মহৌশাদগী হৌনা Nunghai, Uikong কৌবা বেম্লু বাস্কিট অমসুং ঙা ফানবা লোঙ অসিনচিংবা শাবদা মমিং চৎলি। মৈতৈশিংনা শীজিন্নবা ফি 'পুরুম ফি' হায়বা অমসু লৈরি। মসি মমাঙঙৈদদদি কোংবম তানা শাহল্লম্মী।

'পুরুম' মণিপুরদা লৈরিবা রিকোগনাইজ সেদ্যুল ত্রাইবল ২৯ গী মনুংদা অমনি। অদুবু পুরুমনি হায়না শক তাকপিনবা মশীং ইয়াম য়ামদবসি অঙকপনি।

**পাউমাই নাগা ঃ**

পাউমাই হায়বা কাংলুপ অসি খারম, তরাও অমসুং কুকি কাঙলুপ্তা চনবা জাতি পুম্নমক্লা অমদি সরকারনা শকখঙলবা সেদ্যুল ট্রাইব অমনি হায়না জানুৱারী খৃঃ ২০০৩ দগী লাওথোকখ্রে। (মণিপুরী সরকাবগী The scheduled castes and scheduled tribe orders Amendment act 2002 (act no. 10 of 2003) গেজেট নম্বর ১৪ নিংথৌকবা তাং ৭।৪।২০০৩) মখোয় অসি পুন্না মাও জাতি হায়না খঙনরম্বনি। মখোয়সি মাও জাতি নত্তে পাউমাইনি হায়বসি পুংকুই কুইদ্রি।

মরামদগী নোংপোকলোমদা চীংলোন পরেং অনী অৱাং পাংনা নাগালেন্দগী ঙমখৈ ফাওবা, নোংপোক্তনা উখ্রুল ডিষ্ট্রীক্কী ঙমখৈ ফাওবা শন্দোক্তনা লৈরিবা চীংগী লমদম পুম্নমক অসি পাওমাই জাতিশিংনা চহী লীশিং কয়াগী মমাংদগী খুন্দা লৈতাদুনা লৈরকপা অমনি। চাওরাক্লা বর্গ মাইল ৩৫০ মীশিংনা লিশিং ৪০ রোম ওইগনি। পাউমাই জাতিগী লম অসি পাউমাতা, লে পাউনা অমসুং চিন্নিরাই হায়না শরুক অহুম থোক্লা খাইদোকই।

পাউমাতা হায়না খঙনবা শরুক অসিদা পাউমাই খুল৬ লৈ। মদুদি তুঙ্গম, তুংজোই, অরানামৈ, ফুবা, মাইবা অমসুং নিয়াই। তদুবীদগী নোংপোক পাংনা চঙখিবা লম্বী তদুবী নাই জেমসামী রোডতা কি. মি. ১৫ চৎলগা পাউমতা সেন্তর লৈ।

লে পাউনা হায়না খঙনবা শরুক অসিদা লৈরিবা খুনশিংদি ওইনাস, কোইদে , পুরুম অকুৎপা রুরুন অতোঙবা, থিঙবা খুনৌ, থিঙবা খুল্লেন, সোরবুং , তিনখোং, খাবুংসমসোঙ অসিনচিংবনি।

চিন্নিরাই হায়বসি পাউমাই মরোলদা চীংগী অশোম ৱাংমদা তাবা অতোপ্পা মফম হায়বনি। মসিদা তারিবা পাউমাই খুনশিংদি লাই (গাজিথোমসুকৌই), কাতাফেমা, চীংখৈ খুন্নে, চীংশৈ খুনৌ থাইবু খুন্নেন, কাইবুং খুনৌ, ঙারী খুন্নেন ঙাবী খুনৌ, নাখলৈ খোঙদৈ শিরেং কোদোম , ঙমচুং ঙাতান , ঙমবু, ঙবাং, থীরা অসিনচিংবনি। থীৱা হায়বসি মাও মবাল সবডিবিজনগী অবোইবা খুনি।

মণিপুর সবকারগী Extraorinayr Gazeltte No 343 dte 25 No 1983 দা Paomata Sub division শেম্বগী Governemtnof manipur Seentainalt Revenue Dept না তাং 21 nvo. 1983 দা থোকখিবা হুকুম অমগী মতুং ইন্না Paomala subdivision অসিদা লৈবা খুনসি মখাগী অসিনি-

1. laii
2. Sarafii
3. Chingme Khumono
4. Chingmei Khullen
5. Kata Fimei
6. Paibung Khullen
7. (a) Pahibung Khumou (upper)
(b) Phaibung Khunou (lower)
8. Ngari Khullen
9. Ngari Radulamie
10. Lakhamie
11. Kodom
12. Sirong
13. Khongdei
14. Shimphung
15. Ngacoar
16. Sando
17. Thiwa
18. Maiba

19. Phuba Thapham
20. Phuba Khunon
21 Khrakho
22. Sararomei
23. Afii
24. Tabumei
25. tungam
26. Mn (Chefi including Aro math ma
27. Thunguoy
28. Liyai Khunou
29. Liyai
3. Ngamju
31. Thingbu Khumou
32. Tingba Kullen
33. Rafii
34. Oinam
35. Purul A Kuipan
36. Punil Stonngba including Rosofii
37 Kapao
38. koide- Makha
39. Koide- Mathak

This order shall come into force with effet for the 25th of Nov. 1983.

তদুবীদগী কি. মি. ৫ রোম চৎলগা লৈবা মখেল হায়বা খুন অসিদগী মাও মরাম অরিযাদা লৈখিবা চীংগী কাংলুপ খুদিংমক মফম অসিদগী লোইনা হৌখিবনি থাজনৈ।

পাউমাই অমসুং মাও হায়রিবা কাংলুপ অনী অসি মচিন মনাওনি, মমা মাপ অমতগী মচানি থাজনৈ। অহানবা পাউ অতোনবা মিও পাউগী মচা মশুনা পাউমৈ, মিওগী মচামশুনা মাও হায়না খঙনখিবনি। মখেলদগী পাউনা নোংপোকলোম থংবা চীংশাংদা মাওনা অৱাং পাংনা চৎখিদুনা খুন্দাখি। নেশনেল হায়ৱে মনাক্তা লৈখ্রিবা মাও নাগাগী খুন মশীংসি পুন্না ১৬ নি।

চপ মান্নবা লোল অমগী মমাংদা 'ও' হাপ্লগা মাও, 'ও' অদু লৌথোকলগা পাউমাই ওইগনি।

খুদম ওইনা

| মৈতৈলোন | মাও | পাউমাই |
|---|---|---|
| খোঙ | ওফে | ফে |
| খুৎ | ওবা | বা |
| চীন | ওসে | সে |
| নাতোন | ওহৌ | হৌ |

পাউমাই কাঙলুপকী খ্বাইদগী চাউবা খুন অসি লিয়াইনি হায়নৈ। য়ুম্নাক ৭০০ মীকোক ৪০০০ লীশিং মরিরোম লৈ।

খুন অসিগী মীশিংসি অহানবদা মখেলদা লৈরম্বদগী সারানামৈদা হোংলকই। মখেলদগী পুরকই।

সারানামৈদা লৈবদা খুদোং চারক্তবদগী 'পাউ' খুল্লাকপনা মচানুপী অনী অহল 'বাহ' অতোনবা 'পাউদু' থাদুনা লম য়েংহনবদা লিয়াই লৈরিবা মফম অসি থেংনদুনা মফমদুদা খুন্দাখিবনি হায়। .

ওইনাম ইম্ফালদগী নেসনেল হায়ৱে ৩৯ দা মরাম ফাওবা চৎলগা মরামদগী অসুম নোংপোক পাংনা কি. মি. ৩৪ চঙশিন্নগা লৈবা পাউমাই জাতিনা তাবা চীংগী খুননি। য়ুমকোক ৬৪৪ অমসুং মীশিংনা ৬৩৩৪ রোমনি। মমাঙঙৈগী লাইনিং লাইশোন চৎপদি শুপ্নগী ১৫০ রোমনি।

সরকারনা পৌমাই জাতিবু শকখঙলবা ট্রাইব ওইবগী নুংঙাইবা ফোংদোকপা ওইনা এপ্রিল ১১, ২০০৩ দা পুকল অতোংবদা লৈবা সেন্টর গাউন্দা সেবিকলচর অমসুং আর্ট এন্দ কলচরগী মন্ত্রী ভাওয়নমব সিংহনা অতোইবা অতিথি ওইদুনা পাঙথোকপখি। পাউমাই জাতিগী মীওই লীশিং ১০ হেনবনা শরুক য়াখি।

ত্রাইব অসিগী চাওরাক্লা মীশিং ১,৪৪,৫০৫ নি; উখ্রুল অমসুং ইম্ফালদসু খুদারি হায়। নাগোলেন্দগী ফেক ডিষ্ট্রিক্টী মনুং চনবা চখেশাংগী খুঙ্গং ৪ দসু পৌমাই জাতিগী মীওই ১৫, ০০০ রোম খুন্দাই হায়। 'থৌন' হায়না খঙনবা (Thunii) কুম্মৈ অসি জানুৱারী ৫ দগী পাংথোকই মসি ফৌ লোকপা খোইবগী কুম্মৈনি হায়বা য়াই।

সরপুং অমসুং তিংসোং করম্না কৌখিবগে হায়বদু নিংথৌরোল লম্বুবদা

অসুম্না ইরিঃ " হেন্বাহারও মচেৎমানা তরা চেংমচংবু চিপুং মানা কাইরি মায়ংচাবুদি সরপাই ও কৌএ। সর সাই ফামনা পৈনা চেনা তম্ম লমরোক ঙমএ অদু নোংগীবু ময়ুম নোইবী হরাও মনিল নাইবনা সরপুং ও কৌএ। হেন্বা মচেৎ মানা তুবী কোরৌ নোংমবু তিংনা সাংনা সোন্না সুম্না প্রুমঙমএ। মদু নোংগীবু তিংসো ও কৌএ "

খোংতৈ কৌখিবগী মতাংদা অসুম্না ইরিঃ লহানলোং হয়িঙৈদা কৌবা অঙাংঙা মপারী ৫ মগা লোইনা কৌবা পুম্না হুপ মোংবী পুমা খোলনা পনম হেকমাই কারকঙৈ লিনৱাই চীঙসোং খোকলোই হৌ হেন্বা মনিল নাইবনা তবা চয়োম সারেল সায়োমগা ৱানৈ লৌখোং চেন্না হোংনা চাওনা তৈনা ঙাইখম ঙমএ অদুনোংগীবু খোংতৈ-ও কৌএ।"

থিংপা কৌখিবগী মতাংদা অসুম্না ইরিঃ থিংপা ও কৌবদি পুনুং লিচেৎ মনা খাবা ৱুললেনবু ওইনা কৌরৌ নোংখোং থিংলে মদু থিলাও কৌএ।

সোংনা চাওনা কিবে হাযবগী পুম্মি কৌএ। ঙাম্না চেপনা পৈরে হাযবগী ঙামৈ কৌএ।

লিনৱাই মচীঙখস্থু ঙমলোন নাতৈননা ঙাবি মেন্নোং খুনৌ খুল্লেন লোইবী খুনকং ৪ মকপু লাইবেম মৈতেঙুনা ৱাংকোন লোইকাবক ও হাযববু কাদৱাগী পনথেংবদি ঙাবি য়াকা চাইবে.. । হুয়েন লালকিদি ঙাবি মনিংথৌ ঙাকুবেং অথৌবগা মহুইরেং চীঙসাং লানপাও চেনবগা ২ মক্লা চিংনা হুযেন লানপুম ২৪০ মকপু কাইনহল্লে। লমায ৩৩৮ চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইবি।

থাংজম উবাবগী কুম শোক ১৭৫৪ ৱাকচিং ১১ নি য়ুমশকৈশদা হোহিৱা, খোংতৈ, তালোই মৈ, তোলোই খুনকুং ৪২ থুগাইএ। থানিল নোংমাইজিংদা সরো ঙাংচু খুনকং ২ মা থুগাই অদু নুমিৎতা অরোংমি, অকোংমৈ, ওইনাম খুল তমা ফম কাদনা শল ১০ নোই হায়এ। ১৭ নি লৈপাকপোকপদা থিংবা খুলেন নৌ ২ অমা শন্দং ১০০ লোই হারৈ

Poumai Naga গী Festival অসি থা ১২ গী ওইনা মখাগী অসিনি

| | |
|---|---|
| 1. Thounnı, December | থাদা |
| 2. Sii Pya, January | ,, |
| 3.Rou Pya, February | ,, |

4. Khyonii, March ,,
5. Khyana Apirl ,,
6. Moui May ,,
7. Lao, June ,,
8. Lai, July ,,
9. Neh, August ,,
10 Jup fo, Sept. ,,
11. Chadu, Oct. ,,
12. Donil - Nov. ,,

Secretariat Revenue Department না 29 th Dec. 1993 Orders অমা থোক্কুনা Sub Deputy Collector Circle অসিবু subdivision ওইনা Upgradation তৌখি।

মখাগী খুন ২৬ অসি Purul Subdivision দা লৈনখি।

| Name of village | Pupularties |
|---|---|
| 1. Kakhamai | 3106 |
| 2. Oinam | 3268 |
| 3. Purul Akutpa | 3469 |
| 4. Purul Atongba | 2390 |
| 5. Thingba Khullen | 1252 |
| 6. Ngamju | 643 |
| 7. Rosofi | 605 |
| 8 Keiye | 307 |
| 9. Thingba Khunou | 1476 |
| 10. Koide Mathak | 1856 |
| 11. Koide Makha` | 1693 |
| 12. Kapao | 163 |
| 13. Reafii | 286 |
| 14. Shtirang | 379 |
| 15. Ngari Khullens | 1130 |
| 16. Ngari Raidu Lomai | 475 |
| 17. Thiwa | 1305 |
| 18. Song | 62 |
| 19. Khongdei Khume | 1399 |
| 20. Khongdei Shimphung | 686 |

21. Khongdie Ngawar 205
22. Kodom 705
23. Kadom Khar 475
24. Phaibung Khullen 2256
25. Phaibung - Khunou 8734
26 Lower Phoibung

SaLomi Khakhai, Gen. Secy P.N. M. নাইবা "Pumai Naga women organisation Profle" হায়বা ব্লারেংদা অসুম্না ইরিঃ ' Poumai is one of the Major Naga tribe living is the contagious and compact area in two border states of Manipur and Nagaland. The Poumai has papulation of 83236 settled in 75 villages, seventy one village of 76, 105 population i.e, 91% is in Senapti district of Manipur and four villages of 7131 population in Pheck district of Nagaland state the literary percentage of Paoumei is 46.04% as per 1991 census. The male literacy percentage is 55.25% and the female literacy pecentage is 36.13% Christianity is the predominant religion of the people the age old traditional customs and ways of life are gradually replaced by Christian way of life and Christians culture

The paomai is a castles and classes society. There is no distinction of the rich and the poor, the high and the low, and no discrimination between the children of the king and the commoners, all are equal before the eye of the law community life was the index of social life. They eat in group, work in group working in group, feast in group. Theft murder, cheating are unknown. Thus peace tranquality, harmony prevailed.

**কোমঃ**

ট্রাইবেল বেঞ্চ মার্ক সর্বে ১৯৮৩ দা কোম য়ুমকোক ৩৮৩ মীশিং ১৯৯৪ সাইকুল সব- দিবিজন্দা য়ুমকোক ৪১ মীশিং ২১৬; কাংপোকপি সব দিবিজন্দা পুন্না য়ুমকো ৪২৪ মীশিং ২২১০ পুন্না সেনাপতি দিষ্টিক্টতা লৈ। চান্দেল দিষ্টিক্টতা য়ুমকোক ১৯৬ মীশিং ১০৯৫ লৈ। চুরাচান্দপুর সব দিবিজন্দা য়ুমকোক ৬৮৯ মীশিং ৩৫৪৫ সিংহাট্টা য়ুমকোক ১ মীশিং ৪ পুন্না চুরাচান্দপুর দিষ্ট্রিক্টতা য়ুমকোক ৬৯০ মীশিং ৩৫৪৯ লৈখি। খৃঃ ১৯৮১ গী মীকোক থীবদা নুপা ৪৯৯২ নুপী ৪৮৩৮ পুন্না ৯৮৩০ লৈখি।

R. Brown নদি মহাক্কী Statistical Account of Manipur দা কোম অসি ত্রাইব অমা ওইনা লৌরগা Kairup, Purum, Quireng, Mundung, Ciru,Aimol Karon Laikto অসিবুনা সব দিবিজন্স ওইনা ইবস্মী। লোয়ননা কোমশিং অসি মণিপুর তম্পাক্কী খাদা লৈবা চীংশাংদগীনি। মৈদিঙু গম্ভীর সিংহ হাকতক্তা চহী ৪০ রোমগী মমাঙদা খোইজাই অমসুং লুসাইশিংনা ওৎপদগী পুল্লপ্ন া মকোযগী লমদু থাদোক্তুনা মণিপুরদা চঙলক্তুনা মণিপুরগী চীংশিংদা খুন্দখি। মণিপুর তমপাক্কী মনাক্তা লৈবা চীংশিংদা চাইনা লৈ। মতমদুগী মীশীং ২০০০মুক্তা লৈরম্মী।

J. Shakespear না মহাক্কী "The Lushai Kuki class" লাইরিক্তদি কোম জাতি অসি মপুরিদা ১৬ শুবা খৃষ্টাব্দগী মমাদা চঙলকপনি হায় । অদুবু কনাগুম্বা খরনদি প্রিহিষ্টোরিক মতমদগী মণিপুরদা লৈবনি হায়না ক্লেম তৌরি। মখোযগী মোৎতা সৱাং হায়বসি কোমগী খুল্লাকপনি হায। অদুবু মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহগী থাইনগী মীতৈ জাতি' হায়বা ৱারেংদা ইরিবদি ঃ 'খাগিন মণিপুরদ লাকপ অসি খাগিগী নিথৌরেল্ সৱাংগী মতমদা মনাওনুপা সৱাংনোংফুন অহানবনি। মখোয় অদুনা সৱাং নিংথৌরেলবু লাই হৈনা লাৎখিবগী খুদুম ঙসি ফাওবা চকপগী মনুংদা লৈরি।"

কোম অসি লৌদা তীন তাদুনা ফৌনচিংবা মাঙ তাকহনবা মতমদা অজা-পুজা তৌহল্লম্মী হায়রি। মসিগী মতাঙদা Higgins না ইরম্বা ৱারেং অমা Saroj Nalini Parratt না মহাক্কী 'Religion of Manipur' p.120 দা অসুম্না ইরি ঃ "On one occasion when rice crops was being attacked by caterpillars a puja was performed to a certain Goddes Laphurit Leima Wadagnu Chomkhaidoi Dibi. It is curlous that the puja to this non-Manipuri hao or Naga Goddess had to be perfomed by the Meitei Pandit Achaoba. It this case the sacrifice consisted of a pig, a cock and an egg. The officianls were Koms from Sagang and Tonshen, who also ate the flesh. The remainder of the sacrificial offerings was divided between the Maibas and Manipuri present."

কোম জাতিগী মতাঙদা চৈথারোল কুম্বানচিংবা অরিবা লাইরিক্তা পল্লমদবা অসিনা কোমগী মরমদা নৈনবদা অৱাবা অমা ওইরি। অদুবু কোমশিংনা খুন্দাবা সগাং, মান্তক, কৈরাক অসিনচিংবা অসিদি পল্লম্বনা মৈদিংঙু মুংয়াম্বগী সনা হাক্তক (খৃঃ ১৫৬২-১৫৯৭) অসিৱাইদা কোমশিংনা মণিপুরদা খুন্দা- লৈতানা লৈরে হায়বদি ময়েক শংলে। "তারি লৈরাংখোংগী কুমদি শক ১৪৯২... সকাং নায়এ। লান্দি মোম্বৌবু ফায়এ। মৈদিংঙু পাইখোম্বা হাকতক শম্থাম শরাগী কুম শক ১৫৯১ পোয়নু থাতনি লংমাইচিংদা তোনসেন নায়এ। লান্দি পোংলেপপু ফায়এ।"

মান্তক খুন্দা খুন্দবা কোমশিংনা খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎত্রিঙৈদা উমংলাই লাৎলম্মী। থাংজিং অমসুং নোংশাবা মপা মপুগী ওইনা ইরাৎলম্মী। ককচিংদগী অৱাং কৌব্রু পাংনা কিলোমিটর ৫ রোম চৎলগা থৌবাল জিলাগী মনুং চনবা মান্তক কোম খুননি। খৃঃ ১৯৯১ গী মীকোক থীবদা য়ূমকোক ১১১ মীশীং ৫৪৬ লৈ। " কেগো ককলেন সুজা অথৌবগী মচানুপা কুচুপ চৈমিযাংনা মপা চীংশাং লাকপগী ময়ুমদা লৈদুনা লোইবী চীংশাংগী হাও পাখঙশিংগা নুমিৎ তবেৎনি চুপ্পা ফাইনা মুক্লা শান্নবদা হাও পাখঙ পুম্মকপু মায়থীবা পীখি। খুচুপ চৈমিয়াংনা লোইবী হাও পাখঙশিংবু তক্লা থাবে চবৈ মনাফি তক্লা লৌরে হায়বনুংগী হৌজিক ফাওবা মান্তক হাওখুন কৌনবি।" (লীখুনঃ মান্তক কোম জাতি অমা অইবা চৈবাও)

**মোয়োনঃ**

ত্রাইবেল বেঞ্চ মার্ক সর্বে তেংনৌপাল দিষ্ট্রিক্ট (১৯৮৩) দগী খঙবদি চান্দেল দিষ্ট্রিক্টতা মোয়োন য়ুমকোম ২৯২ মীশিং ১৫৯ লৈ। (চান্দেল সব-দিবিজন্দা য়ুংকো ২৮৭ মীশিং ১৫২৪স; তেংনৌপল সব দিবিজন্দা য়ুমকোক ৫ মীশিং ২৫। ১৯৮১ গী মীকোক থীবদা পুন্না মীশিং ১৬৪২ (নুপা ৭৭৩ নুপী ৮৬৯) লৈ।

মোয়োন খুলেন, খোঙজোন, মীতোং,কোমলাথাবী, পেনাচীং, হৈগ্রু তম্পাক অসিনচিংবা খুঙ্গং ১৩ দা লৈ। ধর্ম্মগী নাপালুন হায়বা খুঙ্গং অমদসু লৈ।

'পোইরৈতোন খুম্থোকপা' সম্পাদক মোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ পণ্ডিদ অচৌবা লামায় ৪৭ তা মোয়োনগী মতাঙদা অসুম্না ইরিঃ হেমপা মতাইমাতী লোইবী হাও ময়োল ময়োল খুল্লেন লই (লৈ) ও । কৌপাতি কতৌ নোংকিনো? চীঙখোঙ পোইতৈতোন্না চীঙপুরোয় লাংৱোনলকপতা তরা চাকপু লামলাকপি

তমকপু মমোই থাপ মমোইরেংপু য়োললময়ে। অতু নোংকিপু লোইপী হাও ময়োল ময়োল খুললেন লৈও তৌনা কৌয়ে।" (চীংখোঙ পোইরৈতোনন চীঙবুরোয় খুনথিরকপদা চাক লামদুনা মহাক্কি মোইথাপ লশিং য়োনলমঙ্গ হায়দুনা লাইপী মোয়োল খুললেন কৌনখি) অসুম্না চীঙখোঙ পোইরৈতোন অমসুং লৈমা লৈনাওতাবীনা খুনেথারকপদা মোয়োন খুলেন থোনখিবগীব্বারীসি 'মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা' সম্পাদক ওইনা ভোগেশ্বর লামায় ১২৪, মোইরাং কংলৈরোন লম্বুবা( অহানবাশরুক) ইথোকপা নোদিয়া ঙাংঙৌইচা লামায় ৬৯ দসু য়াওরি। তৌবতবু ব্বাহে-ব্বাতা খরা থৈনবদি লৈ। লোয়না ংথৌরোল লম্বুবা (অহানবাশরুক)সম্পাদক ও. ভোগেশ্বর সিংহ লামায় ২৭৩ দসু মতাঙসিবু অসুম্ন া থারি ঃ "লোইবী হাও মায়োন ময়োন মপুংয়াই কৌবদিকমদৌনাংগীনো? নয়ুবা চীং খোং পোইতৈরোন্না চীংবুরোই লাংওনলকপদা তরা চাকপু লামলবগী মৈতৈ লৈমা লৈনাওতাবীগা মামোইথাপ মামোইরেংবু য়োল্লময়ে। মদু নোংগীবু মায়োন খুল্লেন লৈও কৌয়ে।" অসুম্না চীংখোং পোইরৈতোন্না খুম্থোরকপদা মোয়োন খুল্লেন থেংনখিবগী ব্বাফম অরিবা লাইরিকশিংদা পল্লি।

অদুগা চৈথারোল খুম্বদগী খঙবদি মৈদিংঙু মুংয়াম্বা হকতক থোকচোম পাঙনবগী কম শক ১৫০২ দা (খৃঃ ১৫৮০) ময়োন ঙমএ। লান্দি য়ুরুম্বী লাল্লুম্বা ফায়এ অসুম্না ইরি।

মৈদিংঙু খাগেম্বা হাকতক মোইবুং লোকপম শামাগী কুম শক ১৫৬২ দসু মায়েন এমএ। লান্দি লৌতোংপু ফায়এ। অমুকসু লাইশুবম চীংশাংগী কুম শক ১৫৬৪ দসু লান্দি মায়োন লান য়াম্না হাৎনৈএ হায়রি।

মৈদিংঙু গরিবনিব্বাজগী হাক্তক হাইস্নাম লাইবগী কুম শক ১৬৩৯ (খৃঃ ১৭১৭) ব্বাকচিংগী ২২ ইরাইদা.. হায়রিবা হাওবম পুখ্রনবা অসি মায়োনঙম্বা হায়বা মিংথৌলসি ফংই।

অমরোমদা মোইরাং নিথৌরোল লম্বুবা, মোইরাং কংলৈরোনলম্বুবা, কেগে হারেপ্পা ঙাঙোই লৈশেম্বা, লেংথোকপা থিংবাইজমচা তুতেম্বরদগী খঙবনা মোইরাং নিংথৌগী য়িব্বাং চারন য়ৌইরীকলাই অতেংপা/য়ীবা পুরীকলাই চরন য়োইবীকলাই অতেংপা/চরন য়োইরীকলাই অতেনবগী মতমদা হাওরৈ নোংপো পাংপলমদা লৈবা ময়োন খুন্দা লান্দাশিন্দুনা হুয়েল কমচাউবা লানথৌয়াং পুং/

হুয়েন লুমচাউবা লানথৌয়াংপু/হেবল আচাওবা লানথৌয়াংবু মায়থীবা পীখি হায়বসিনি।

'লোয়য়ম্বা শিনয়েন'স সম্পাদক শ্রীখুলেন চন্দ্রশেখর সিংহ লামায় ১১ দা ইরি "মোলয়োলদি মি অমনা থোদিং চাং অনি ফি অসি নাএ।"

('কৈরোই' য়াওফম মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি ইম্ফালনা ফোঙবা শাগে সলাইরোন লামায় ১৭২ দা য়াওরিবা 'য়ুমখাইবা অপাৎত্রি য়ুমখাইবা মিৎলাও অনিমা মোময়ান তাবা হাওনে" হায়বসি মোয়োন (তাবা) হাওনে হায়গদবা মাল্লি মরমদি মোময়ান তাবা হাও হায়বসি লৈতে।)

মোয়নোশিংনা খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎখিবসি খৃঃ ১৯২৪-২৫ অদুব্রাইগীনি। অদুগী মমাঙদা চৎলম্বা ধর্ম্ম অদুদি মৈতৈনা চৎলম্বা ধর্ম্মগা থোইনা খেন্নবা লৈতে। ঐখোয়গী শেম্বীবা লাইনিংথৌ অমসুং লাই কয়া শিরগা থব্রায়না যমগী লৈবাক্তা চৎপা, মী মীদুনা তৌজরম্বা থবক্কী মহয় ফংবা অসিনচিংবিা কয়া অমা মান্নে। মৈতৈগী চৈরাওবগুম মোয়োন Midim দা য়ুম-কৈ লুন-নান্না শেংদোকই। মৈতৈগী রাবণ কাপ্পগুম Ber Ikaap তা টার্গেৎ অমদা তেন্না থাদুনা ফত্তবা লাইশিং তাল্লি। 'Naouh' হায়বা অসিসু অঙাং মনা হুৎপগী উৎসবনি, Eon Iruh হায়বসি অনৌবা য়ুম শঙ্গাবগী উৎসবনি, Ikam হায়বসি মিংচৎ উরোং খিনবগী কুম্মৈনি।

মৈতৈগী ফমথোল খুল্লকপা, লুপলাকপা, মন্ত্রী, পাখঙলাকপা, চীংশাংলাকপা, মৈতৈ লম্বু, য়ু পানবা, নহালাকপা, কৈরুংবা, শেলুংবা অসিনচিংবা কয়াসু মোয়োনশিংনা শীজিন্নরম্মী। নুপা মচাশিং তনা মমা-মপাগী লৌ-য়ুম্ফম ফংবা অমসুং মচা অতোনবনা মমা মপানা লৈনরম্বা ময়ুম-মকৈ ফংবসিসু মৈতৈগা য়াম্না মান্নে।

মোংশাং ঃ

১৯৮৩ গী ত্রাইবেল বেঞ্চ মার্ক সর্বে তেংনৌপল দিষ্ট্রিক্টতগী খণ্ডবদি চান্দেল সব দিবিজন্দা মোংশাং য়ুমকোক ২২৩ মীশিং ১১৯৮ লৈখি।

'নিংথৌরোল লম্বুবা' অহানবা শরুক সম্পাদক ও. ভোঘেশ্বর সিংহ লামায় ২৫৪ দা অসুম্না ইরি ঃ ' মোংশাংও কৌবদি নয়ুব্রা চীংখোং পোইতৈতোন্না শিদবা হেম্বা নাদববু খুনথিরকপদা থৌদুনুং অশাংববু লৈরময়ে। নুংশাংও কৌববু অশৈ তাফা থিবনা মোংশাং ও থোননৈয়ে।"

'পোইরৈতোন খুন্থোক' সম্পাদক পণ্ডিত শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ লামায় ৪৮ দা অসুম্না ইরি ঃ "লোইপী মখলমাতী চীঙখোহ পোইরৈতোননা চীঙপুরোয় লাংৱোনলকপতা লাইচা ঈরালকপতা থৌতুং নুং অশাংপাপু লৈঙাময়ে। অতু নোংকিপু মোংশাং খুললেন লই-ও তৌনা কৌযে।

মোনশাংশিংনদি Rungputung হায়বা হৌজিক্কী পুরুম খুল্লেন মনাক্তা লৈরম্বা খুল অদুগী খুল্লাকপা অদুগী মমিং মোংশাংদগী মহাক্কী কাঙলুপপু মোংশাং কৌখিবনি হায়না থাজনৈ।

পুরিল্লাই লাইচিংসু উরা তেলহৈবনা মোইরাংদা পানবা মতমদা মোংশাং খুঙ্গংদা লান্দশিন্দুনা খুঙ্গং অদু থুগাইখি। হায়রিবা মোংশাং খুঙ্গং অসি মোইরাংগী খাবোমদা লৈবা খুলনি। মোংশাং নিংথৌ অসিগী মমিংনা থকুপলেং কৌই। (মোংশাংশিংনসু মখোয়সি খারোমদগী লাকপনি হায়জে) মতাঙ অসিবু 'মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা ' সম্পাদক ও. ভোগেশ্বর সিংহ লামায় ১৩৬ তা অসুম্না ইরিঃ "য়িৱাং পুরিকলাই ৱুরা তেলহৈপাতি। হাওবৈ খানা পাংপলমতা খৌসাপানে। চীংখোং পোইরৈতোন। মমা লয়নুং পিয়াইনুচা। খোমফাং অতোন পাকা। মৈতৈ লৈমা লাইচম থোংখোং সেমপা চনুকানা। চীংপুলোই তম্পু কোননা লাংওনলকপপাতা । সাপী য়ৈতৈ লৈমাৱো। লাইচা য়িবোন নুংতা থৌতু য়িসং থাংএ। সমু খুনান থোককনি। তাঙচা য়িখোঙখুনপু য়িননরকও হায়না পাউমেনৱাই। মোংশাং মপুংয়াইতা। কেকে অথৌলিচা হেপপা পুমনাকা. চুঙলেন থাকুপহৌ। তিমেন খেরাথাং খংনং লাইতং লেংনা পনথেংপাতি। লোইপী মপুং কায়রে। মোংশাং য়াকা চায়রে। হুয়েন লাননিকিতি লোইপী মোংশাং মনিংথৌ। উয়েন থাকুপলেন লানথৌয়াঙপু কায়না হুনলে।" ৱাফম অসিমক 'মোইবা কংলৈরোন লম্বুবা' ইথোকপা নোদিয়া ঙাংঙোইচা লামায় ৭৬ তা য়াওই।

মৈদিংঙু সেনবী কবোমবা ( খৃঃ ১৫২৫-১৫৪২) না কম্থি কঞ্জাউ থোক্লা অকন-অথৌ পুদুনা মোংশাং খুন্দা লান্দাখি, মোংশাং খুঙ্গং থুগাইখি। লানফম অসিদা মোংশাং নিংথৌ হয়েন কোনলোই পিকোইববু লানঙমখি।" অসুম্না নিংথৌরোল লম্বুবদা ইরি।

'মৈদিংঙু মুংয়াম্বা হাক্তক্তা মোংশাং লান্দাববু চৈথোরোল কুম্বদা অসুম্না ইরিঃ" ইরোম ঙাংঙাগী কুম শক ১৫১৭.. মোনশাং নায়এ। লান্দি লানতোং ফায়এ।"

লোয়য়ন্বা শিনযেন' সম্পাদক শ্রীখুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ লামায় ৯১ দা ইরি ঃ " মোংশাংদি মী অমনা থোইদিং চাং অনি, মোলথক পোনখানাএ। সিতেক সিয়েং ফম্পালদা মহারাণীগী চাউপোক নাউশোং দা মি অনিনা ফি অমা নাএ। পালচিং অমনা ব্রুচান খুল অমা নাএ।"

মোংশাংশিংনা খুর/কেবতগী থোরকপদা কৈ অমনা থোকপা ঙমদ্রবদা থুমপুংপা হায়বা থৌনা ফরবা নুপা অসিনা কৈদুবু হাৎখি। মদুবু নীংশিংবা ওইনা মোনশাংশিংনা Ekam হায়বা ফেষ্টিবেল অসি নুমিৎ তরেৎনি ঈশৈ-নোংমাই অমসুং হরাও-তয়াম্বগা লোয়ননা এপ্রিল থাদা অনৌবা য়েন্নীং চোংলকপা মতমদা পাঙথোকই। মৈতৈগী য়াওশঙগুম্বা অচৌবা কুম্মৈনি। অমনা ফ্রেব্রুৱারী থাদা মরূ হুনবগী Shachii-Inshi অমসুং মহয়-মরোং লোকপগী Festival Bohrin Esha পাঙথোকই। মসিদি মৈতৈশিংসু অদুম পাঙথোকপা কুম্মৈনি।

**মরামঃ**

মরাম খুলেন অসি খৃঃ ১৮৫৯ দা য়ুমখোক ৯০০ খৃঃ ১৮৯১ দা যূমকোক ২০০ অমসুং খৃঃ ১৯০০ দা ১২০ শক্তং ওইখি. মবাংগী মীশিং খৃঃ ১৯২১ দা ৩৫২৫, ১৯৩১ দা ২০৬৯, ১৯৫১ দা ২৭৯৭ ওইখি। খৃঃ ১৯৬১ দা মীশিং ৪৯২৮, ১৯৭১ দা ৪৫৩৯, খৃঃ ১৯৮১ দা ১১,৯১০ ওইখি।

খৃঃ ১৯৮৪ গী ত্রাইবেল বেঞ্চ মার্ক সবেদা সেনাপতি দিষ্ট্রিক্টতা য়ুমকোক ১১৯১ মীশিং ৪২৫৭ ওইখি। অদুবা ১৯৮৮ দা তৌখিবা সবে অমদদি খুঙ্গং ২৮ দা য়ূমকোক ১৮৪৬ মীশিং ১০,৯১১ ওইখি।

মবামগী ফুঙ্গা ৱারীদা Madungkasu অমসুং Simatingdugpui হায়বা নুপা নুপী অনীসিনা মচা নুপা অহুম পোকখি. খ্বাইদগী অহল Maram Bungsh না মবাম খুল লিংখৎখি, য়াইমা Makikangba তা তম্পাক্তা খুন্দা লৈতানা লৈখি অতোপ্পা Kala Sangleng না Zemei শেমখি।

মৈদিংঙু তবুংবানা (খৃঃ ১৩৫৯-১৩৯৪) মরামদা লোইপোৎ থৌবা চৎপদা চীংশোং খুন্দা হান্না থুংলম্মী। অদুবু চীংশোং খুলাকপী লাসংনু শাফবীগী ব্রাথোক্তগী মরাম য়ৌদনা হল্লকখিবা মতাঙবু 'নিংথৌবোল লম্বুবা' দা অসুম্না ইরি ঃ 'মরাম খাপং তাক্লা পনথেংগে হায়নাহুয়েন লাসহৌখিঙৈ লাইরেন মৈদিংঙু চীংশোং মপুংয়াইদা ৱাইথুংলবদা লোইবী চীংশোং মালৈমাবি হাওনু লাসংনু শাফবীবু শাইবা

পীয়াননা তীংখং খোংচংনা চীংখোই পাউরানানবা ব্রাগীবু মরাম খাবুং মতোম লোমদা থিংপা মখে ফংদনা হলব্রাইরকলে। ” অদুবু মরাম অমসু থিংপা নিংথৌ অনীনা লোইপোৎ পীরকপবুদি অসুম্না ইরিঃ “ লাইরেন মৈদিং ঙুদা মরাম নিংথৌ চীংকোনবগা থিংপা নিংথৌ ব্রাহকপগা হাওরা ময়ুম য়াইশংলিবু মুয়ুম খোইপোক পোৎতমপু ফিবোং চৈরে ফিবুনশা চিংশোং য়িঙেল খুত্তা ও মেনাং তনবা চিরৈ চিংনা পুরুমনৈয়ে। লাইরেন মৈদিংঙু তাউও। নদাইরেম ঐখোইবু লোইবী ইচিং কাবিগনো থিংবা মখে ফংবীগনো। মরাম মতোম লোমবীগনো।” মথং চহীদা চীংশোং নিংথৌ খামলংবানা লৌনম তৌদুনা মরাম লমদমদা লোইপোৎ থৌমিন্নসি হায়দুনা কৌরগা মৈদিংঙু তবুংবাগা মনাই অকং জমচা তোনখিবগা হাৎখিএ।

মৈদিংঙু মুংয়াম্বনা শরাংথেম আখাগী কুম শক ১৫০১৩ (খৃঃ ১৫৮১) মরাম লমা পোংনুসু খুনবীসু লুহোংএ হায়না চৈথারোল খুম্বাবদা ইরি। য়েখোইবম মুব্রাগী কুম শক ১৫০৮ (খৃঃ ১৫৮৬) মরাম নিংথৌ খাংপু ফায়এ।

মৈদিংঙু খাগেম্বা হাক্তক থিয়াম পনশাগী কুম শক ১৫৬৬ (খৃঃ ১৬৪০) মৈদিংঙুসিনা চরাই লৌবুক্তা মরাম লাল য়াম্না ফায়এ।... মরাম নিংথৌ চরাই কাপোংদি হৈপোক্তা। হাৎনৈএ। Khangemba took possession of the village of Maram Nagas with a lot of captives.. He killed the maram King at Heinaorok a place near foijing village. [The lost Kindogm edited by L. Joychandra Singh]

মৈদিংঙু খুঞ্জাওবনা খৃঃ ১৬৫২ দা অব্রাং মায়েকৈদা লৈবা মরাম খুঙ্গং অমদা লান্দাখিবা মতাঙবু নিংথৌরোল লম্বুবদা ইরিঃ “হাওরৈ লাইনা পাংবরম মরাম খুনলেন লয়দা.. মরাং থেবী নুংলাং কৈশি —চীংদা তুবি মৈবু — ব্রোৎ লাইনে থিংকু মথিনাইনা খৌশাথবদি হুয়েন লাননিগীদি থিংবা লোইচনবা মারেম লোই হাইবা কাপোং লানথৌয়াং ফাবা-ও তৌনা কৌয়ে।” চৈথারোল কুম্ববদি মৈদিংঙুসিনা “শাইরোম মিৎসংগী কুম শক ১৫৭৪. .. মেরা থাদা ময়াংখাং নায়এ। ঙম্মে।” হায়না ইরি। মরাম নিংঙোল ইঙাল্লৈবু লৈবাক্কী মবেম্মা ওইহনগনি হায়দুনা পুরক্কগা লৈবাক প্রজানা য়াদবগী লাঙ্গোল লাইরেম্বী ওইখিবগী ব্রারীসু লৈরি। ‘কংলৈ শঙলে পুবা’ পুয়াদগী লৌথোকপনি হায়না নিঙোম্বা মনিজাও পণ্ডিতগী ‘মৈদিংঙু লাইনিং থৌ পাইখোম্বা কৌবালাইরিক্তদি মৈদিংঙুসিগী

মপা নোংপোক খোঙফেন থৌবা ৱাঙম নিংথৌগী অখুবা তোনাম্বা, ময়াম্বা সনাই হিয়েন খুল্লাকপনচিংবগী লুরেন ককখি হায়বসিদি চৈথারোল খুম্ববদা অমসু অতৈ লাইরিকশিংদা ফংদে। অমরোমদা তোনাম্বা অসি পাইখোম্বনা নিংথৌ ওইরমবা মতুং চহী ৮ লৈরগা নোঙ্গাখি।

Joseph Athickal গী Maram naga s- A social - cultuel study দদি চরাইরোংবগী তালোই নুংথিল চাইবী অসি মরাম নিংঙোম মকিনাই ওইগনি হায়না মোৎ পীরি। চৈথারোল কুম্বাদগী খঙবদি নিংঙোম্বা মাইচৌগী কুম শক ১৬২২( খৃঃ ১৭০০) "ফাইরেন ১১ নি শগোলশেন্দা মবাম্না ৱাইখোম শেক লৈএ। মৈসু থরামএ। মৈতৈ উনজা মঙাগা ৱাইখোম মী ৪৭ কা হাৎখিএ।

'পোইরৈতোন খুন্থোক' ইথোকপা ঃ পণ্ডিত শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্র সিংহ, লামায় ৩৯ দা ইরি ঃ "অতোপ্পা চিঙ অমদি চিঙখোঙ পোইরৈতোন্ন লাইন থোনবা অৱাংবা লৈপুঙ্ খুৎপী য়ৌথোইচিঙ্বু লোইরোয় ঙমব কাবদ লৈম লৈনাউতাবী মনাওনীপা চিঙ্খোঙ্ পোইরৈতোন্গি মফি ইন্নফিবু লাম্ন কাখিয়ে। অদুগিদমক মারাম হায়না কৌখি।"

মৈদিংঙু গম্ভীরশিংহনা খৃঃ ১৮৩২ অদুৱাইদা মবামশিংনা খুন্দবা Willong, Katuimei নচিংবা খুঙ্গং কয়া মায়থীবা পীখি। Captain Jenkins অমসুং Pemberton না সিফায় ৭০০ কুলি ৮০০ গা লোয়ননা মণিপুরদগী আসাম ফাওবা চৎখিবা লম্বীদু মরামগী লম ময়াংখাং মরাম খুনৌনচিংবা ফাওদুনা চৎখিবনি।

খৃঃ ১৮৭১ ফাইরেন ৯ নি নিংথৌকাবদা কাতুমমৈগা ঙাতনগা লোন্নবা লোক্তা সাহেব অহুমগা থাঙ্গল মেঙোরগা আৱং লমখৈ য়েংবা চৎপবু চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি ঃ "মৈতৈ কমগী তুরেন্না চেম্থবনো মখেংগী তুরেন্না অৱাংলম চেনখৎপনে অসিদা য়েন্নশে য়াবরা হংএ। কাংঙবা মেঙ্গরনা খুমএ মৈতৈ ঐখোয়গী লমদি থিবোমৈ মখৈনে য়ারোইয়ে হায়না খুমলবদা অদুদগী য়ানদদুনা সাহেব অহুমসু হনখরে। মেঙোরসু হল্লকএ।"

খৃঃ ১৮৮৫-৮৬ অদুৱাইদা মরাম খুলেনগী খুল্লকপা অসি অঙ্গামী অমা হাৎলুবগী মণিপুরগী ওথোরিতিদগী লোৎতুনা লৈখি। মতাঙ অসিদা সার জেমস জোনষ্টোননসু মহাক্কী 'Manipur and the Naga Hills' Page 12 তা "The Muram Nagas were restless' হায়না পীরি।

অনীশুবা লাঞ্জাওদা মরামদা অচৌবা লান অমা জুন ১৮, ১৯৪৪ দা বৃটিশকা জাপানগা শোক্লখি। মরাম লমগী হেদ লম্বু শ্রীরাইসুং মরাম খুলেনগী নুপা অসি জাপানগী মীচঙদা থবক তৌই হায়বগী মরামদা পেন্সন/গ্রেচুইতি অমতা পীবিদনা থবক তৌকনহখি।

মরামগা মৈতৈগা থায়না মমাঙঙৈদগী চরৌ-মরৌনবগী মতাঙদা টি সি হডসননা মহাক্কী 'The Meitheis" হায়বা লাইরিক্তদু অসুম্না হায় ঃ " The Manipuris used to marry Naga girls from the great village of Maram.

ধর্ম্মগী লমদা মৈতৈগুম্না মরামসু খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎপা পঙয়াম য়ামদ্রি। মপা-মপুগী লাইনীং লাইশোল চৎপনা য়ান্নি। মৈতৈগী সমাজদা মাইবা মাবী থানবা য়াদবগুম মরামগী সমাজদসু মাইবা মাইবী থাদোকপা য়াদনা লৈরি। কুম্মৈ-ফিয়োং অমা পাঙথোকপদা লাই-তীন খুরুম্বাদা Tinba (মাইবা) Matapni (মাইবী) চঙঙি। মৈতৈ অহল-লমন্না শা চাদবগুম মরামশিংনা ওকশা চাদে। মৈতৈনা হৌদোঙবু লুনা তৌবগুম মরামশিংনা হৌদোঙবু লুনা তৌই। মৈতৈনা শান্নবা মুক্লগুবা মশান্না মরামশিংসু শান্নে। মরামগী জগোয় ঈশৈ তোইথোক্লা মমিং চৎলি। মমিং লৈরবা জব্বাহরলাল নেহরু মণিপুরী দান্স একাদেমি ইম্ফালদা মবামগী জগোয়সু তম্বীরি। মরামগী Skuiree হায়বা War Dance থোইদোক্লা মমিং চৎপা জগোয়নি। জগোয় অসিগা লোয়নরিবা ঈশৈ অসিসু য়াম্মা অর্থ লৈবা ঈশৈনি।

অদুবু লাইবক থীবদি থায়নদগী মৈতৈগা য়ামনা নক্লনা চরৌ মরৌনদুনা লৈরক্লবা মরাম জাতিনা নোংচুপলোমগী মহে-মশিংগী মঙান থেঙনা ফংবনা মরম ওইদুনা প্রিমিতিব ত্রাইব ওইনা ভারত সরকারনা শকখঙবিরিবা অসিনি।অমরোমদা মরাম কাহলুপ্তা নো চুপলোমগী মঙাল ফংলকপগা লোয়ননা মতমগা চুনদ্রবা চৎনবী কয়া মুখৎলক্লি। খূদম ওইনা পল্লবদা মীরোনবী নুপীনা অঙাং উনবা ঙমদ্রদা কনা য়েংবিদনা খুন ব্রাংমদা লংশেক্তনা থম্বীবা অসিনচিংবা কয়া তোকহনখিবা শীংথানবা য়াই। মায়কৈ অসোমদা মরাম খুল্লকপগী থবক তৌরিবী Pai Hinga খুলালকপীনা অচৌবা থৌদাং লৌখি। নুপীগী মহে-মশিংগী লমদসু মৈতৈ নুপীমচাগুম খূমাঙ চাওশিল্লক্লি। D. mary Khula, Marm

Khullen না অহানবা মেট্রিকুলেত (১৯৬৪), অহানবা বি এ (১৯৭৩) অমসুং মাগী মচানুপী D. Joanna Kareila না অহানবা এম এ (১৯৯৩) নুপীলক্তা ওইখি। থোইদোকপা অমনা মরাম নিংথৌনা Coronation Ceremony পাঙথোকপসি মৈতৈ নিংথৌগুম্না তরায়না হেক্তা পাঙথোকপা য়াদে।

**মাও ঃ**

মাও মণিপুরগী অৱাং ঙমখৈ ঙাক্লিবা জাতিনি। মাওবু মৈতৈশিংনা ঙামৈ হায়নসু কৌনরম্মী। মাও হায়বা ৱাহৈসিবু মৈতিশিং না থোনখিবনি থাজনৈ। মরাম্না মাওবু ' Maomial' কৌই। মরামগা তোরোখোনদানরম্বা মৈতৈ অঙম-অথৌশিংনা মখোয়বু 'মাও' হায়না কৌখিবনি হায়।

মাওগী অপুনবা মীশিং অসি মীকোক থীবগী মতু ইন্না খৃঃ ১৯৫১ দা ১৪,৪৯৫, খৃঃ ১৯৬১ দা দা ২৮,৮১০, খৃঃ ১৯৭১ দা ৩৩,৩৭৯, খৃঃ ১৯৮১ দা ৪৪,৬৪১ নি। ট্রাইবেল বেঞ্চ মার্ক সর্বে সেনাপতি দিষ্ট্রিক্ট ১৯৮৪ দগী খণ্ডবদি মাগী মীশিং অমসুং য়ুংকোক ৪৫,৩৪৬ অমসুং ৪৯৪৮ নি।

মাও জাতি অসি মখেলদগী থাপ্লা চৎথোক্তনা লৈবা মহৌ চীংগী মফম অদুৱাইদা থায়নৈঙেদগী ঙসি ফাওবা পাল্লিবা কাঙলুপনি। ইতিহাসকার খবগী মোৎতা মহৌদগী লোন থৈরক্তুনা মাও ওইখিবা য়াই হায়বা মোৎ পীবা য়াওই। মহৌদা লৈরম্বা মীওশিং অসি bodo অমসুং Hou কাঙলুপ অনীসিনা পুনশিনখিবা ওইগনি হায়নসু মোৎ পীবা য়াওই। (Source : W.I. Singh,the Histoyr of Manipur' page 240).

মাওশিংনা য়াম্না ঙল্লিঙৈ মতমদুগী মী লীশিং অমদগী হেনবা খুলসিংদা খৃন্দা লৈতানা লৈরকখি। পনবায়াবা খুল খবদি Pudunamei, Punanamei, Kalinamei, Song Song, Makhan Liyai, Tunggam অসিনচিংবা পনবা য়াই। ( K.Asholi গী ' The Mao' হায়বা ৱারেং অমা)

পুমৈ অমসুং ঙামৈ কৌখিবা মতাঙবু নিংথৌরোল লম্বুবা ২ শুবা শকক দা. হাওবম বিলাসিনী দেবী লামায় ১৮৩ দা ইরি –" চীংঙু খমতিংখোল্ চীঙয়া ফৈতিংবনা তুবি মৈরেল্মবু চিকনা কোনখাবা, লাইনা কোপ্লে কোলখাপুং খেকনা তাউনা লৈরে খেকলৈ, চোঙলেন য়িনবু খাল্লে হাইবগী য়িলমৈ কৌএ। মৈপুল হাইচাও থালনা কারকএ হায়বগী সিরিরৈ কৌএ। তাকুপ ২ তারকপনে হায়বগী

তাকুপ মৈ-ও তৌনা কৌএ। সোংনাচাওনা কিরে হায়বগী পুমৈ কৌএ। ঙাম্ ন চেপ্না পৈরে হায়বগী ঙামৈ কৌএ।".

N. Ashuli গী The Mao Nagas হায়বা ব্রারেং অমদা মৈতৈগী মপা Chutawo, ময়াংগী মপা Alapha অমসুং নাগাগী মপা Khephio হায়বসি Dziiili Mosiiro" নুপী অমগী মচা ঙাক্তনি হায়। মতম শাংনা Kolameis, Meities অমসুং নাগাশিংনা মখেল খুঙ্গংদা লৈরম্মী। মতমগী মতুং ইন্না মখেল খুলসি মীনা কুংনা তারক্লবদা মখোয়না তোঙান-তোঙানবা মায়কৈদা খাইনখি।

মসিগা হায়রকপ মান্নবা ব্রারী অমসু টি সি হদসননা মহাক্কী 'The Naga Tribes of Manipur ' লমাই ১১ দা ইরি – " the father of them all was a Deity named Asu who had three sons, Mamo,Alpa and Tuto, From Mamo are descended the Kukis and the Nagas, while Gurkhalis are sprung from the Loins of Alpa and the sons of Tuto are the Manipuris."

R. Brown না ১৮৭৩ দা ইবা মহাক্কী 'Statistical Account of Manipur " দা ইরি– " The whole of the Mow tribe is under one chief. The tirbe is comprised in 12 Villages, none of which consists of less then one hundred houses and one of which numbers four hundred. From each house the Chief receives one basket of rice.

মৈতৈ হায়রগা নিংথৌজা, অঙোম, খুমন, মোইরানচিংবা কাঙলুপ কয়ানা শেমখিবগুম 'মাও' অসিসু মাও, পাওমাতা, লেপাওনা চিলোভৈশিং অসিনা পুনশিনদুনা ওইখি। খুল খুলগী খুল্লাকপগী মথক্তা মোভিও হায়না খঙনবা নিংথৌ অমা লৈ। মাও নাগা জাতি অসিগী ওইবা থবক খুদীংদা নিংথৌ অসিনা য়েংশিন দুনা লুচিংই। (অদুবু পাউমাই/পাউচৈ কাঙবু তোখাইনীংবগী ঈহৌ অমা লাক্লি, লোনগী ব্রাহৌদগীনি হায়নৈ।) 'চৈথারোল কুম্বাবা' দা অসুম্না ইরি – " থাংজম উরাবগী কুম শক ১৭৫৪ (খৃঃ ১৮৩২) ব্রাকচিংগী ২১ নি ইরাইদা মহারাজ গম্ভীর সিংহনা মাখাম্তা লৈদনা মাই, পুং তোংমৈ, পুংতোংমৈ খুনৌ খোইয়ু মালেং মৈ, য়াং, পাবুলাংমৈ, বামৈ মাও খুলেন, কাশামাই খুঙ্গং ১০ মানা লোই হাএ।"

"On 25th Tueday, Pundongmai, Epimai, Pongrom, Jepemai, Kaipungmai and Kachungmai, These 6 villages were also brought under submission" (L. Joychandra Singh, 'the Lost Kingdom')

মাওশিংনা মৈতৈগা অমত্তা ওইনদুনা লৈমিন্নগিনি হায়বগী ৱাশক্লবা মতাঙ অমা চৈথোরোল কুম্বগী লামায ৩৯৮/৩৯০ দা অসুম্না ইরিঃ "ৱাকচিং ২৫ নি নিংথৌকাবদা ( খৃঃ ১৮৭১) ফুমবা থাগাই লাল ২ শিনা ফায়। ইরোই ৫ শন ৭০ ফারকএ।... ফাইরেন ৪ নি লৈপাকপোকপদা কাংঙমচা মেঞ্জোরনা হাওদা লৈরিঙৈদা মাও লৌবুক্তা মাওগী শাগৈ পুম্মক্তা থুম ফরাংচিং মথং মনাও শিন্নবিরবদা কাংঙমচা মেঞ্জোরনা হাও নখোয় নমায় লৈগনু হায়রবদা হাও পুম্নমক্লা ঐখোয় ইমায় লৈরোই হায়দুনা নোংমৈ পায়দুনা ৱাশকএ।" ২১।৪।১৮৭২ ইংদা কাংঙমচা থাংগান মেঞ্জোরনা অৱাং হাও মাও খুলেন্দা লোই থৌবা চৎলি।

Imphal — Mao Road শেম্বগী মতাঙদা M. Battacharya না মহাক্কী "The Gazeetter of Manipur ' page 80 দা অসুম্না ইরিঃ Prior to 1880 there was no regular road from Imphal to Mao. Johnstone realized the necessity of such a road and was able to interest 'Chandra Kriti Singh in the Project. The construction to the road was completed to January 1881 under the supervision of Lieutenant Raban of the Royal Engineers. The road was subsequently improved and extended to Dimapur and opened up communication between Maniupr and Assam." সমলুংফানা পোং লৈবাক্তা হনখিবসি ইরীন তুরেল খোঙনুংদা চৎখিদুনা মাও অমসুং তদুবী ফাওরগা অনীশুবা সিক্ষ রুট তাখি হায়।

"লোয়য়ম্বা শিনয়েন' সমাপদাক শ্রীখুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ, লামায় ৯২ দা ইরিঃ - " মাখুই লানলোইতি চুং য়িহেন কৎলি। মখান খুনলেননে মখান খুনৌনে অনিমাতি খুননৌদি মেরাতা মীশিং থৌয়ে, মখান খুনলোনদি তেনচৈ কৎলে। লশিং পোল অমা কৎলে। খোইতিং পোল অমা কৎলে কুমনা পোল অমা কৎলে।"

মখান কৌখিবগী মতাঙদা নিংথৌরোল লম্বুবা (২শুবা শরুক ডা. হাওবম বিলাসিগী দেবী) লামায় ১৮৩ দা ইরিঃ “নহালনোং হয়িঙে খোইনৌ নোংপাল চনু খোইনৌ মাতা ৬ মানা কৌরৌ নোং কাখিঙেদা খোইমোন লাইনা কাবগুম কাখিএ। হায়বগী মখাল লাইকুপুঙ ও তৌনা কৌয়ে।” মৈদিংঙ্গু গম্বীর সিংনহা মখা লান্দাদুনা লানফা ৫৩ ফাখিবা মতাঙবু অসুম্না লাইরিকসিদা শৈথারি ঃ “ হুয়েন লানগিদি মখাল লাইকা খুন্নৌ খুল্লেন লৈগী খুনবু হাওসি ঙমগাচিংবা মুয়ুম য়াইসংলিনচিংনা হেম্বা ৫৩ মকপু কাইনহুল্লে।

ঈরাৎ -থৌনিগী মতাঙদদি মমাঙঙৈদদি ইমান মান্নবা উবা ফংই। মাওশিংনা লাৎলিবা অথোইবা লাইবু Oramel/Paora কৌই। মৈতৈনা লাইনংথৌ শিদবা মপু লাৎগুম্বনি।

নারক -য়েক্লককপদা Ngumie (তুং মাঙ অমসুং হৌজিক্কী মরমদা খঙবা মী) অমসুং Pousouyumei (লাইগী লৈফম অমসুং অপাম্বা খঙবা মী) গী পাউতাক লৌনরম্মী। করিগুম্বদা মশাদা শিত্র লৈতবা শন লাবা (মনা তৎপা , মমৈ তৎপনচিংবা নত্তবা) Oramei/Paoravu দা কৎকনি। য়েলহিং থাবা অমসুং য়েরুম্নচিংবা য়াওনা থৌ তৌবসু মৈতৈগুম্না তৌনৈ।

মাওশিংনা মৈতৈগুম্না শোলার- লুনার ইয়ার চৎনৈ। চহী অহুম খুদিংগী মালামাস থম্মী, Salekhro/July থা অসি অনীরক পালহল্লি। (মাওগী ইতিহাসকার খরনা লুনার ইয়ার চৎনৈ হায়না ই, মসি চুমদে; মরমদি মালামাস লৈহন্দুনা সোলরা ইয়ারগা চুশিন্নবা হোৎনবা অসিনা চৎনরিবা অসি শোলার- লুনার ইয়ারনি তাকই)।

পোকপদা নাওফম চেকশিন্না ফুম্বা -খোৎপা , চাবোকপীবু মৈনীং কুমহন্দুনা তোখাইনা থমবা (নুমিৎ হুমনি) অসিনচিংবসিসু মান্নে। মাওগী Khruchozu অমসুং Lachozu মৈতৈগী পাখঙফাল অমসুং লৈশাফালনি। Lachozu অসি য়ুময়ায়গী ওয়থংবা নাকন্দা থম্মী, মৈতৈগীনা মমাঙ কাগী ওয়থংবা নাকন্দা থম্মী। লুহোং-কৈহোংবা, য়ুম -কৈ শাদ্রিঙৈদা অফবা থাবান য়েংবা চৎনৈ। য়ুম-কৈ শাদ্রিঙৈদা চাদ-থকক্তনা ঈরাৎ পুজা তৌবা চৎনৈ। য়ূম শাবসি Chothonekhro/ January,Chosolopra/February and Ukhrokhol/September দা পাঙথাকনৈ। শিবা -নাবা অঙাং পোকপদা অঙম্বা মতেঙ পীনবা অসিসু মৈতৈগা

য়াম্না মান্নে।

মাও নাগাশিংগী মরু ওইবা ফেষ্টিবেল অসি মঙারক চহী অমদা পাঙথোকই। মদুদি ঃ Chituni, Aaleni, Chijini, Beluni অমসুং Onooni, chithuni হায়বা ফেষ্টিবেল অসি খ্বাইদগী চাউবা ফেষ্টিবলেনি। মসি Chithunikro গী ২৫ (দিসেম্বর/জানুৱারী)দগী মপুং ওইনা নুমিৎ ৫ চুপ্পা পাঙথোকই। ইনাক খুনবা লায়রবা মীপুম খুদীংমপ্পা শরুক য়াবা মৈতৈগী য়াওশঙগুম্বা অচৌবা হরাও-কুম্মে অমনি। মাও জাতিগী মশাগী ওইবা জগোয়/ওদো ১৫ লৈ। জগোয়শিং অসি নূং চিংবা, উ চিংবা, পাখঙ-লৈশা পূন্না শামিন্নবা, লাইগী থৌরম কয়াদা শাবা জগোয়নি। Aso Kola Odo Wridoe হায়বা জগোইসিদি নুপামচানা শাবা জগোইনি। অহানবদি মসি Successful raiding expedition অমনি। মাওগী ঈশৈ মখল ৬ লৈবগী মনুংদা Odolo হায়বসি মৈতৈগী খুনুং ঈশৈগা মওংগা মান্নে। Lour হায়বসিনা ৱারী পরীংদা শকপা খোংজোম পর্ব্বগুম্বনি।

**লুশৈ/মিজোঃ**

লুশৈ/মিজো অসি খৃঃ ১৯৬১, ১৯৭১ অমসুং ১৯৮১ গী মীকোক থীবদা মণিপুরদা মীশিং ২৭৪৬, ৭৪৮৩ অমসুং ৩৭০৫ মথংশীংনা ওইখি। খৃঃ ১৯৮৩-৮৪ গী ত্রাইবেল বেঞ্চ মার্ক সর্বেদদি চুরাচান্দপুর দিষ্ট্রিক্টতা য়ুংমকোক ৬৫৮, মীশিং ৪১৮৮. তেংনৌপল দিষ্ট্রিক্টতা য়ুমকোক ৩৪, মীশিং ১৭২ অমসুং সেনোপতি দিষ্ট্রিক্টতা য়ুমকোক ৭ অমসুং মীশিং ৩৪ লৈখি।

লুশৈশিংনা মণিপুরদা অহানবা লান্দাশিনবা অসি মৈদিংঙু নরসিংহগী মতমদনি হায়না আর ৱাউননা মহাক্কী 'Statistical Account of Manipur 1873' লামায় ৭২ দা অসুম্না ইরি ঃ This raid, the first by the lushais occurred about 29 years ago, when Raja Nar Singh occupied the gadi. the leader was Vonolail, now dead. A village of Khongjais near the south of the valley was first destroyed after which the Lushais entered the valley. The Manipuris in the villages adjacent turned out to the number of 500 with one mounted man armed with spear to oppose them and the Lushois were driven back with a loss of ten men killed, the

Manipuri loss being only two."

খৃঃ ১৮৬৮ নবেম্বরদা থাদা Vanh Nailiana অমসুং Pawi Bhawiha না মণিপুরগী নাগাশিংনা খুন্দাবা Mehtha খুন্দা লান্দাশিনখি। মতাঙ অসি চৈথারোল কুম্বাদা অসুম্না ইরি ঃ " হিয়াঙ্গৈ ৫ নি লৈবাকপোকপদা মেছ্বা হাওবু লুশৈনা অহিং কোয়দুনা হাৎলে হায়দুনা কাংঙবমচা মেঞ্জোরনা সিফাই ১০০ লোয়নদুনা লুশৈ নাবা, তানবা চৎলে। ৮ নি ইরাইদা লান লাকএ হায়দুনা নোংমৈ ৫ রক কাপএ। লান্দি লুশৈ ওইরমদুনা শোক্লবদা নোংথোনবা কাং গী কুৎ ১ খোইজুমানগী লৈতাম্বেবা আওন্দার ১ নাহারুপকী য়েলাংবা আওন্দর অমা ৩ মা শিএ। হাওদি চেনখিএ।"

খৃঃ ১৮৬৯ দা Vonolaid গী মচা Liankhamba/Lienkamba না লুচিংদুনা মমিপুরী সিফায়শিংনা ঙাক শেন্দুনা লৈবা Kalanaga Stockade দা লান্দাশিনখি। মতাঙ অসিবু আর ব্রাউননা মহাক্কী লাইরিকসিদা অসুম্না ইরি ঃ "... during the inccumbency of the present Raja Chandrakriti Singh, the thana of Kala Naga containing only ten men at the time was suddenly attacked, the sepoys making good their escape. About 500 Lushais were enganged in the expedition and the thana and surrounding villages were destroyed."

The Lushai Expendtion of 1871-72 অসিদা মণিপুর সরকারনা বালারাম অমসুং কাংঙবম মেঞ্জার অনীগী মখাদা সিফায় ২০০০ কুলি ৪০০০ গা লোয়ননা Cachar column বু মতেঙ ওইনবা চৎলি। মণিপুরগী খা ঙমখৈ ঙাকথোক্লবা অমসুং অকাম হাওশিংবু থিংনবা চিবুদা লৈহনখি। General Nuthal, acting political agent সু লোয়নৈ। খৃঃ ১৮৭২ জানুৱরী। ফেব্রুৱারীদা মণিপুরদা চঙজরকপা রিফ্যুজি ২১১২ গী মনুংদা ৬১২ দি লুশৈনি, মখোয় অসি বোঙ্‌যুমগী খুঙ্গংশিংদগীনি। অকাম হাওনা হায়রিবা খুঙ্গংশিংদা থুগাইবদা চেল্লকপনি। মতাঙ অসি চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি ঃ '৪ নি য়ুমশকৈশদা লমতাগী সংক্রান্তি হৌএ। অদু নুমিত্তা শৌৱাইজমচা মেঞ্জোর, কাংঙবমচা মেঞ্জোর ২ মানা শাইতোন শাফম চীংদা থানা থল্লিঁঙদা লুশৈ ৭০০

চেনশিল্লকপবু অকাম হাও ১০৫ না ফাগে তান্নরকপবু মেঞোর ২ মক্লা.. অকাম হাও ৫৬ ফারকএ।"

মার্চ ১৮৭২ দা Dambum নচিংবা লুশৈ চিফ ৮ না মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিদা লোই হারে। "২১ নি থাঙদা হাও ১১ মাদা ফরাংজিং ৬ নচিংবা দোলাইফি, লৈশংবা কোকয়েৎ লুপা য়োৎ অসি খিবিক পীখি। সনা খুজি অরোংবা মচুম তোপ মচুম পীথক্তুনা ব্রাশকহল্লে।" (চৈথারোল কুম্বাবা) Dambum অসি মণিপুরগী খা থংবা মফম অমদা মাগা লোয়ননবা মীওই খরগা লোয়ননা হোংলক্তুনা লৈরকখি। দাক্তর আরব্রাউন পোলিতেকেল এজেন্টনা লুশৈ চিফশিংগা ব্বারী শান্নানীংবগীপাউ পীনবা লুশৈ হিলসতা থাখিবদগী মণিপুরদা অমুক হল্লকখিদে। অদুবু খৃঃ ১৮৭২ অসি ব্বাইদগী লুশৈশিনা মণিপুরগী খা নোংচুপ থংবা শরুক্তা খুন্দা -লৈতানা লৈখি।

মণিপুরদা লুশৈ/মিজো অসি শকখঙলবা সেদ্যুল ত্রাইবল অমনি। মিজোরামদা ক্লান ১৭ লৈবগী মনুংদা মার, লুশৈ, রালতে, পাইতে অসি য়াওই। সব ক্লান ওইনা ব্বাইফে (পাইতৈগী), থোদৌ অমসুং সুকতে (তারং ব্বাংতেগী) য়াওই। অদুবু হায়রিবা ক্লান/সব-ক্লানশিং হায়বদি মার, লুশৈ, রালতে, পাইতৈ, থাদৌ অমসুং সুকতে অসি মণিপুরদদি তোখাইবা ত্রাইব ওইনা শকখঙলি। ১৯৫৬ তা এনি নাগা, এনি কুকী, এনি মিজৌ হায়না শক খঙলম্বদগী এনি কুকী হায়বসিগী মহুত্তা য়াওরকপা ওইবনা ময়েক্কীদি মাব,বালতে, পাইতে, থাদৌ অমসুং সুকতে অসি কুকী ওইনা মণিপুরদা লৌরি। হৌজিকসু এনি মিজৌ (লুশৈ ত্রাইব) মণিপুবদা সেদ্যুল ত্রাইব ওইনা শক খঙলি।

মৈতৈগা মিজোগা লৈনবা মবীগী মতাঙদা L.Z. Sailo না 'An Early Account of Mizos' দা অসুম্না ইরিঃ 'Relationship of the Meiteis and the Mizos had been harmonious from time immemorial. The Meities seem to have migranted long before the Lushai-Mizo came down to the present Mizoram. The evidences of early Meitei dwelling places are found in many places like Saitul village and Champhai. লোয়ননা মিজোগা মৈতৈগগী মরক্তা মান্নবা ব্বাহৈসিংগী মনুংদা খরদং পল্লবদা মৈ, মীৎ, শম, মায় পু/পুক,শরূ, নঙ,

চাউ,চাক, শা, তি/শী, কুৎ/খুৎ কাং /শ্বাঙ অসিনচিংবা। মশীং থীবদা Pahnin/ অনী. Pathum/অহুম, Pali/মরি Panga মঙা Puruk/ তরুক হায়বসি মন্নে।

লাইনীং-লাইশোলগী মতাঙদসু মমাঙৈদদি ইমান মান্নবগুম তৌই। লুশৈগী Pathian মৈতৈগী শিদবা মপুনি।Khuanu অসিনা লৈমরোল শিদবীনি। Van Chung Nula অসিনা নোংথাঙলৈবনি। Khuang হায়বসি লাইনিংথৌ সনামহীনি।

Sakhua অসি শাগৈগী পুকোকশিং নি। Lasi হায়বসি হেলোইগুম্বনি। অসিগুম্বা শারোয়গুম্বা লাই Huai কয়াসু লৈ। শিরগা থৱায়না শ্বর্গদা চৎত্রগা নরক্তা চৎলি হায়বসি চপ মান্না থাজনৈ।

চিফশিংনা মীনায়/Bawi থম্বা চৎনৈ। Bawi শিংবু লুনা-চান্না তৌবিবা উই।

চহী শুদবা অঙাংদু চফুদা হাপ্লগা ফুম্বা তৌনৈ। অঙাং পোকপদা নীনিশুবা নৎত্রগা ৭ নি শুবদা মমিং থোনবা মপুবোক নৎত্রগা মমানা থোনবিবা তৌই। অঙাংনচিংবা উনবদা শিবা নুপীশিং অমসুং মীশি-মীনা চাদনা শিবা কাঙবুদি খুনগী ৱাংমদা তোঙাননা ফুমনৈ।

মৈতৈগুম্না অহল-লমন্না হায়ন শীংনদুনা লুহোংবা, নুপী লোনবা অসিনচিংবা কয়া তৌরম্মী। লুশৈগী Zawlbuk মৈতৈগী পাখঙ ফাল হায়বদুনি।

Thangchhuah হায়বা মিংথৌলসি ফংনবা লুশৈ/মিজো খুদিংমক্তা হোৎনৈ অমসুং মিংচৎ উরোং খিনবা তান্নে।

**আইমোলঃ**

আইমোল মণিপুর সরকারা শক খঙবা ত্রাইব অমনি। মশীংদি য়ামদে। খৃঃ ১৯৬১, ১৯৭১ অমসুং ১৯৮১গী মীকোক থীবদা মথৎ শীৎনা ১০৮, ৮৩৬ অমসুং ১৮৬১ খক্তা লৈখি। খৃঃ ১৯৮৪ গী ত্রাইবেল বেঞ্চ মার্ক সর্বেদসু মীশিং পঙয়াম য়ামখিদে। সর্বে অসিগী মতুং ইন্না সিদর হিলস ৱেষ্ট (কাংপোকপী) সব-দিবিজন্দা য়ূমকোক ১০ মীকোক ৬৯, চান্দেলদা য়ূমকোক ২৭ মীকোক ১৬০, তেংনৌপলদা য়ূমকোক ২০৪, মীকোক ১০৭৯, চুরাচান্দপুরদা য়ুমকোক ৪৪ মীশিং ২৬০ ওইখি.

তি সি হদসননা মহাক্কী 'The Naga tribes of Manipur লামায় ১৬

তা অসুম্না ইরিঃ "At Aimole, a smalll village on the first ridge of the Heriok range is preserved a legend of their origin which the declares them to have migrated from Takkel Lam (Tippera Hills)."

Mc. Culloch না মহাক্কী valley of Manipur লামায় ৬৪ দা অসুম্না ইরি ঃ 'Aimole, Kom, Koireg, Chote, Pooroom, Muntuk, Karum are all evidently only varities of the Kookei Stock " মতম অমদা মখোয়সি য়াম্না মীশিং য়াম্লম্বা হৌজিক্তি য়াম্না হন্থরক্লবা কাঙলূপনি হায়বগী মতাঙদা মহাক্না অসুম্না ইরম্মী ঃ "... of the Aimole, Koireng, Chote, Pooroom, Muntuk and Karumtribes, they are now but small emnants."

R. Brown মহাক্কী "Statistical Account of Manipur লামায় ৫৩ দা আইমোলনচিংবা অসি কোম ত্রাইবগী সব -দিবিজন্স ওইনা ইরি। E. W. Dun নসু মহাক্কী Gasetteer of Manipur " লামায় ৬৯ দা আইমোল হায়বা পল্লেন্দগী নোংপোক মৈবম পাংবদা মাইল ৫ মখায়রোম চৎগা লৈবা খুনসি থাবদা কোম-কুকী ত্রাইবকী সব দিবিজননি হায। লোয়ননা J. Johnstone না আইমোলগী মতাঙদা অসুম্না ইরম্মী " The people of Aimol are immigrants from Tipperah. They say theycame about 100 years ago Their Language is akin to that of the Kukis, but the appearance of many of them very different."

The Kom-Rem movement কী মতাঙদা প্রেফেসার গাংমুমৈ কামৈগী Crisis of Identity in Manipur" হায়বা ৰারেং অমদা অসুম্না ইরি ঃ " the Kom-Rem movement was also organised with a view of bringing to Kom, Chiru, Aimol, Purum and at one time the Koireng to give a common indentity of these tirbes.

'লোয়ন্না শিনয়েন' সম্পাদক শ্রীখুলেম চন্দ্রশেকর সিংহ, লামায়ঃ ৮৯ দা ইরি ঃ 'আইমোলতি পানচি অমনা ফি মরি থোইদিং চাং অহুম নাএ।"

য়ীৰাং পুরীকলাই সাংতোল লাইনাউতাগী মতমদা হাওরৈ নোংচুপ খানা পাংবলম আইমোল মপুংযাইদা লান্দশিন্দুনা আইমোল মনিংথৌ মরেম লাংঙারেল

অথৌববু মায়থীবা পীখিবা মতাঙবু' মোইরাং নিথৌরোলম লম্বুবা' ইথোকপা, ও. ভোগেশ্বর সিংহ, লামায় ১৫৪ দা অসুম্না ইরিঃ "সাংতোন লৈনাউ তাপাতি হাওরৈ নোংচুপ খানা পাংপলম আইমোল মপুংয়াইদা খৌসাপনে। ঙাঙোই থয়াঙ কোনতাই লোনপা পুম্নামানা। কেকে মথিনাই। মোইরাং লানমী মরাং হৌ। চুঙলেন ঙকতা হুক। তিমেন খেরা থাং। হেমপা পনথোং থাং। খংনং লাইতেং লেংনা পনথেংপতি। লোইপী মপুং কায়রে। আইমোল য়াকা চায়রে। মৈগী তাংকোই পাই। মৈখু নোং নোনকানা। হেমপা খাংচেন খুমলে। পুরিক্লাই মথিনাই। য়ীব্রাং মৈনা ব্রোংনা খৌসারে। হুয়েন লানকিতি খারম আইমোল মনিথৌ। মরোম লাংঙালেন অথৌপাবু কায়না হুনএ।"

'চৈথারোল কুম্বাবদা' আইমোলগী মতাঙদা অসুম্না ইরম্বা খরদি ঃ "মৈদিংঙু গরিবনিৱাজ হাক্তক পুথেম ইবাইগী কুম শক ১৬৪৪ লমতা তখেল লান কাবক্তুনা হাওরম্মু ৪ আইমোল ৬ কা ফাখিএ হায়দুনা বামোন হঞ্জবগা নাহারুপ শঙলেন লাকপগা ২মানা চিংদুনা তখেল নাবা চৎএ। ... ২৯ নি যুমশকৈশা হাওমচা অহল্লুপ লাকপনচিংবা তখেল লান নাবা চৎএ। ... ইঙা ২৭ নি যুমশকৈশদা তখেল নাবা থুংলৈএ। লান ২ ফায়এ।"

মৈদিংঙু চৌরজিৎ হাক্তক 'যেকোকপা শ্যামরামগী কুমতি শোক ১৭২৯ ইঙেন ১৩ ইরাইদা খোকচাও লপংকো কুমুতা য়ুম্নাম নাবোতোম, অহম্হেম হরি ওয়নাম বনমালি য়োইরেনপা লখোন বিরুথতর ৪ য়াওনা হুতুফুক লাম্মী ১০০ লোয়ননা খম্পাৎ য়ৌরুপতা ময়োন খুনকং ৩ মা খোমলক্তুনা আইমোল, খোংকাং, তুমুরোক, শিপোং পনশাং খুনকং ৩ হৈনা শেমলমএ।"

আইমোল জাতি অসি মৈতৈগুম্না সনামহী ঈরাংলম্মী। মখোযগী খ্বাইদগী চাউবা কুম্মৈ অসি ড়িহয়ান (Hrian) হাযবা লৌ লোকপগী কুম্মৈ অসিনি। মেরা থাদি নুমিৎ৭ নি চুপ্না পাঙথোকপা কুম্মৈনি। মৈতৈগী য়েক-সলাই ৪ হায়বদি Chengom/Ningthouja, Chai-phu/Luwang, Laita/Angom অমসুং Lannu/Khuman অসি লৈ। খৃষ্টান ধৰ্ম্ম চৎখ্রবা মতুং মশাগী জগোয় -ঈশৈ কলচব কাউথোক্লুরবা কাঙলুপসিনা মশাগী জগোয়-ঈশৈ কলচরবোমদা মায় ওনশিল্লকপা অসি পৃক্লীং থৌগৎনীংঙানি।

**মারঃ**

খৃঃ ১৯৫১ গী মীোকে থীবদা মার মশীং ১৩,৫৫৫ নি। খৃঃ ১৯৬১ দনা,

১৫, ৩৫৬, ১৯৭১ দনা ২৩,৩২১ অমসুং ১৯৮১ দনা নুপা ১৪,৮৮০ নুপী ১৪,৩৩৬ পুন্না ২৯,২১৬ নি। খৃঃ ১৯৮৩-৮৪ গী ট্রাইবেল বেঞ্চ মার্ক সর্বেদা চুরাচান্দপুর দিষ্ট্রিক্টতা য়ূমকোক ৪২৮১ মীকোক ২৬, ৩৫৩; তমেংলোং দিষ্ট্রিক্ট য়ূমকোক ২১৯ মীকোক ১১১৫ কাংপোকপীদা য়ূমকোক ১৮ মীকোক ৮৬ লৈখি। চুরাচান্দপুবগী টিপাইমুখ সব-দিবিজন অসিনা খ্বাইদগী মাব য়াম্বা মফমনি, মফম অসিদা য়ূমকোক ২৯৯৩ মীকোক ১৮,৪০৬ লৈখি।

মার অসি মণিপুবদদি কুকী কাঙলূপ্তা চিংলম্মী। অদুবু মিজোবামদদি মির্জৌ কাঙলূপ্তা চিংঙি। মাব হায়বগী চপা চাবা অর্থদি Northener হায়বনি। লুসাইশিংনা থোনবনি হায়নৈ। মখোযসি ময়ায়থংবা চিনাগী Sinlung হায়বা মফমদগী লাকপনি থাজনৈ। সিনলুংদগী শানগী লমদা লৈখি। মফমসিদা লৈরিঙৈদা মখোয়সি লোউ-শীংউ তৌদুনা য়াম্না নুংঙাই-য়াইফনা পাল্লম্মী। চহী কয়া মফমসিদা খুন্দা লৈতনানা লৈরবা মতুংদা যাম্না শাথীবা চাক তাঙবা Tingpuiintam হায়না খঙনবা অমা থোকখি। অদুনা মরম ওইদুনা বর্ম্মগা মণিপুরগা তাইনবা লমশিং Kawlphai হায়বা মফমসিদা খুন্দা-লৈতানা লৈখি। খমপাৎ হায়রিবা মফমসিদা Reng Loupui না থারম্বা খোংনাংবট অদু হৌজিক ফাওবা হৌরি হায়। অতোপ্পা রেং/নিংথৌ অনীদি Zinthlo অমসুং Lersi নি। মফমসিদগী খৃঃ ১৭৮০ অদুৱাইদা মণিপুরগী খা নোংচুপ্তা লৈবা চীংশাং পরেং ফাওদুনা চঙশিল্লকপা হৌখি। মিজোরামগী চম্ফাইদা অহানবা ওইনা খুন্দারম্মী, খরনা ত্রিপুরা য়ৌখি। ত্রিপুরাদদি মখোযসি Halam হায়না খঙনৈ। মিজোরামদা লৈবা মতমসিদদি রেং হায়বদি লৈখিদ্রে লালনা মহুৎ শিনখ্রে।

Pois অমসুং Lushai শিংনা তকশিল্লকপদগী চম্ফাই থাদোক্তুনা খরনা আৱংথংবা মিজোবামদা খরনা মণিপুর, কছার, নোর্থ কছার, আসাম অমসুং মেঘলায়দা চেনখি। খৃঃ ১৮৭৭ অদুৱাইদা মিজোরামদগী মণিপুরদা চঙলকপা ওইগনি থাজনৈ। Darliengsung না মহাক্কী The Hmars হায়বা লাইরিক্তা মার কাঙলূপ খবদি উখুল দিষ্ট্রিক্টকী Nambisha,Sorde, Patbung Nambashi ফাওদুনা চঙলক্লম্বা য়াই হায়রি। দাক্তরন য়েংখোম ভাগ্যা সিংহনদি মার কাঙলুপ খরদি শুগুগী তুরেল খোঙনুং মতুং ইননা খারোমদগী চঙলকখিবনি হায়।

মারগী ক্লান অসি ২১ শুই। মখোয়দুদি 1) Zote, 2) Damgaun, 3) Thiek, 4) Biete, 5) Lungtan, 6) Khawbung, 7) Leiri, 8) Ngute, 9) Hmar lushie, 10) Changsan, 11) Chawarai, 12) Faırreim, 13) Ngante, 14) Hranchal, 15) Hrangkhol, 16) Khwa Chring, 17) Kheite, 18) Pakhoung, 19) Sakechek, 20) Sakum and 21) Vashei অসিনি। Hmangpui খরদি হিন্দু ধর্ম্ম চৎখ্রে হায় Biete শিংদি লীনবু লাৎলম্মী হায শা অমসুং মী ফাওবা ঈবাৎনবম্মী হায। Cheangsam গী চিফ Hamangpuri না ctiengpui দা লৈবিউদা শগোল য়াম্মা লোইরম্মী। মণিপুবগী টিপাইমুঘ সবধিবিজন অসি মাবশিংনা কুংনা তাই। মরু। ওইবা খুঙ্গংদি Senvawn, Parbung, Pheızawl Talal, Leisen, Parvachawn, Serhumn, Lungthulien, Toubung Tinsuong, Sinlung, Hwawngzungkai,Sipuikawn অসিনি।

ফেব্রুয়ারী ৫, ১৯১০ দা দ্বিউ আর রোবার্টনা আইজোলদগী লাক্লগা Senvawn দা খৃষ্টান ধর্ম্ম শেন্দোকখি, স্কুল কয়া লিংখৎখি। ২০ দিসেম্বার, ১৯১৪ দা অহানবা Presbytery, Senvon দা আব. দালানা চিয়াবমেন, তাইসননা সেক্রেটরী ওইনা পাঙথোকখি। দবি্উ আব বোবার্টসু য়াওখি। অদুবা মণিপুর ষ্টেট দরবাবগী প্রসিদেন্ট ঐচ. ভি. হিংগিজনা সেনভোন্দা লম্বু অমা থাদুনা অনৌবা মিসন ব্রার্কবস অদু থুনমক মণিপুব থাদোকখিনবা হাযখি। মবমদি আমেবিকান বেপতিষ্ট মিসন নত্তনা অতৈনা থবক পায়খৎপা য়াদে হায়বগীনি। অদুবা পোলিতিকেল এজেন্ট ওইবম্বা Cole না খূৎ থিংজিল্লকপদগী য়ানবা অমা পুবক্কুনা থবক মখা চত্থখি। Chawrkhupi অমসুং মাগী খোঙলোযশিংনা Rallawn টিপাইমুখকী পারবুং এবিয়াদা চঙলক্কুনা সেনভোন খুঙ্গং অসি লিংখৎখিবনি।

খৃঃ ১৮৯০ দা Tinhrit হায়বা মার লুচিংবা অসিনা লুচিংদুনা Tuithphai/ Khunge Valley দা খুন্দা -লৈতাবা হৌখি। অসুম্না চুরাচান্দপুব সব - দিবিজ দা খুন্দাখিবা খুলশিং অদুদি Thingkangphai, Thlangbu,g , Saikawt, Ngurte নচিংবনি। চহী ২০ মুক্কী মতুংদা অতোপ্পা মার কাঙলুপ অমা চঙলক্কুনা Moulvaiphei, Saidan, Khawai Awi, Rengkai, Hmuntha,

Valpahawt, Moulbem নচিংবা খুঙ্গং লিংখৎখি। অনৌবা মার খুল খরদি Langz, Turiring, Sielmat, Hmarvent, Rengkai road অসিনি।

খৃঃ ১৯৩৬ তা মারনা লুংচিংদুনা Harm, Hrangkhawl, Biete, Halam, Langrong,Aimol, chiru, Koireng, Kom পূনশিন্দুনা Zat Kao Inkhawm হায়না শাগে মাপলগী মিতিং অনা লম্বুলেন্দ ইম্ফালদা পাঙথোক্তুনা পুনশিন্নবা হোৎনখি। অদুবু কয়া মায় পাকখিদে।

খৃঃ ১৯৪৫ মার এসোসিয়েসন শেমদুনা মারগী ইস্টরেষ্টতা থবক পাঙথোকম্বা হোৎনখি। জুলাই ১৯৪৭ তা খুল য়ুনিয়ন হায়বা অসিদা নাগা নত্তবা মারনচিংবা চীংমী কাঙলুপকী ওইবা য়ূনিয়ন অমা শেমখি। অদুবা ১৯৪৬ তা লিংবা মিজো য়ুনিয়নগী মসা ওইবা মণিপুর মিজো য়ুনিয়ম চুরাচান্দপুরদা মার্চ ৬, ১৯৪৮ দা মণিপুরদা মার য়াওনা মিজোশিংনা মশা মশাগী ফিরেপ লৌজবা য়াবগী ব্রাফম পুখৎখি। য়ুনিয়ম অসিনা মারসিংনা লৈরিবা মণিপুরগী লমশিং লুসাই চীদা তিন্নবা হায়। ১৯৪৮ গী মণিপুরগী মীখল য়াওদনবা ইরাং শাগৎলি। লুচিংবশিং ফাবগা লোয়ননা ঈরাং অসি নেমথই।

ধর্ম্মগী মতাঙদা মখোয়না খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎত্রিঙৈদাদদি য়াম্না মান্নবা লৈ। মৈতৈশিংনা শিদবা মপুদা থাজবগুম মখোয়না পাথেন্দা থাজৈ। মখোয়না লাই কয়া অমসু লুনা কিনা ঈরাৎ পূজা তৌই। Khwchon, Khunovang, Zasam, Phung, Lasi অসিনচিংবা। লসি হায়বসি মৈতৈনা হেলোয় হায়নরিবা অসিনি। ফূং অসি ইরাই খোংলাই হায়বদুনি।

শিরগা থব্রায়না অশি লৈবাক্তা লৈদুনা অব্রাবা কয়া খাঙবা অমসুং শ্বার্গদা লৈদুনা নুংঙাইনা লৈবগী থাজনবী অসিসু য়াম্না মান্নে। মী মীদুনা তৌরম্বা থবক্কী মতুং ইন্না ব্রারুবা নৎত্রগা নুংঙাইরুবা য়াম্না মান্নে, মওং চাদনা শিখিবা মীওইশিংগী থব্রায়না ইমুং-মনুংগীমীওইশিংদা ওৎলৈ হায়না থাজবা অসিসু য়াম্না মান্নে। থবকশুবা - নোম্বদামৈতৈশিংনা খূল্লং তৌনবগুম মাবশিংনসু Khunoglawn তৌনৈ। মৈতৈশিংনা লৌউ-শিংউবগী পোখোক্কী অকক্লবা শরুক খরা নিংথৌদা পীবগুম মারশিংনসু মখোয়গী লাল/চিফতা অকক্লবা শরুক খরা পীনরম্মী। মারগী Busung Sadar মৈতৈগী লৌশাল তম্লগা আমহানি।

মারগী Zawlbuk মৈতৈগী পাখঙফালনি। চহী ১৬ শুরবা নুপামচাশিংনা

Zawlbuk তা তূমগদবনি। মারগী মচানুপা অতোনবনা মপা-মমাগী সম্পতি ফংবগুম মৈতৈদসু তৌই। (Leries, Khawlums অমসুং Changsans দদি অহন্না ফংই।

মৈতৈ নুপীমচাশিংনা ফিশা লোনশাদা থব্রায় য়াওবগুম মার নুপীমচাশিংসু ফিশা -লোনশাদা থব্রায় য়াওই। লশিং থাদুনা হেক্লগা মোইথাপ নাইদুনা ফি শারম্মী।

মারগীদা চফূ শাবা অমসুং থাঙ শাবা য়াম্না মরু ওইবা শিনফমনি। Thisu/ Balck smith অসি খুলগী মরুওইবা ফমনি। মার সোসাইতিদা মৈতৈগীগুম্না মীনায় থম্বা চৎনরকই।

মারশিংগী জগোয় থোইদোক্পা শীংথানবা য়াই। Sikpuilam/Sikpuri-Ruoi অসি মারশিংনা মথায় থায়নদগী পাঙথোকপা জগোয়নি। মৈতৈগী পাখঙ লৈশাবীনা থাবল চোংবগুম্বনি। খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎপদগী খৃঃ ১৯১৩ দগী তৌনরুদ্রে। অদুবু খৃঃ ১৯৬৫ দগী অমুক নৌহৌনা পাঙথোরক্লি। লৈশা -পাখঙনা খনন-খন্না লেপ্লগা লেংবানদা কোন্নরগা মাঙ-তুং ইন্না শামিন্নবা জগোয়নি। লোয়ননা Sikpui-Lam শকমিন্নৈ। মমৈথংদা লৈশা পাখঙ জুরা খরা চোংথোরক্তুনা শামিন্নৈ, অতৈনা ইকোয় কোয়শিল্লি।

মারশিংনা মৈতৈগুম্ন শম শাংনা খাক্লগা লুখমদা পুন্নরম্মী। (Chibnon)।

হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা মৈতৈগুম খরনা মখোয়সি বব্রুবাহনগী মচা মশুনি, অরয়াননি হায়জবগুম খৃষ্টান মার খরনা মখোয়দি Assyria দগী লাকপনি। ইজরেলগী মাখ্রবা ত্রাইব তরাদুগী মনুংদা অমনি। জ্যুনি হায়নৈ।

**থাদৌ/খোংশাই ঃ**

থাদৌশিংবু মৈতৈনা খোংশাই হায়রগসু খঙনৈ। 'মতম অমদা থাদৌ কাঙলূপ্তা Sitlou, Singson, Hangshing, Chongloi,suigsit, singson, Haokip, Kipgon,Thalhum, Dongel, Touthang, Baite, Guite, Changson, Lhangum, Lunkim Lengthong Thanngeo, Misao, Lupheng, Lungpao, Ngailu, Lhundi অমসুং Mate সি য়াওরম্মী। অদুবু হৌজক্তি Lengthong, Thanngeo, Lhang-um অমসুং Lhundim অসি Khongsai হায়রগা খঙনরে।" (P. Misao গী The Early life of

Kuki - Chins হায়বা ৱারেং অমা)

১৯৮৩-৮৪ গী Tribal Bench Mark Survey দা খরনা খোংশাই, খরনা কুকি, খবনা থাদৌ, খরনা মাগী Clan অদু ওইনা শক্তাকপা থেংনৈ। হায়রিবা survey অসিদা চুরাচান্দপুর দিষ্ট্রিক্টতা খোংশাই য়ুমকোক ৩০ মীকোক ১৫৭; কুকি য়ুমকোক ২০৩৬ মীকোক, ১১, ৪১৪ থাদৌ য়ুমকোক ১০৩৬ মীকোক ৫৫ ৬২, হাওকিপ য়ুমকোক ১২৬৯ মীকোক ৭০০০, Sitlou য়ুমকোক ১ মীশিং ৪, কিপজেন য়ুমকোক ১১ মীকোক ৬২, শিংশোন য়ুমকোক ২৫ মীকোক ২০৬ চোংলোই য়ুমকো ১১ মীকোক ৬৪, হাংশিং য়ুমকো ২ মীশিং ১৩ লৈ হায়বা উৎলি। Chandel District তদি কুকি য়ুমকোক ২৯১৪ মীকোক ১৪, ১৬৪ থাদৌ য়ুমকোক ৫৫২ মীকোক ১৯৭১ লৈবা উৎলি। উখ্রুন দিষ্ট্রক্টতা কুকি য়ুমকোক ১৮০১ মীকোক ১০, ০১৪ খোংশাই য়ুমকোক ৫৬ মীকোক ২৪০ লৈবা উৎলি। সেনাপতি দিষ্ট্রিক্টতা কুকি য়ুমকোক ৫৫১৫ মীকোক ৩০, ০৩২, থাদৌ ১৪৮০ মীকোক ৮৫৪৪ অমসুং তমেংলোং দিষ্ট্রিক্টতা কুকি য়ুমকোক ১৭৮৩ মীকোক ৯৭১১ লৈবা উৎলি। মতাঙ অসিদা ঐখোয়না নীংশিংবা য়াবদি মণিপুরদা থাদৌ অসি recognised tribe নি; খোংশাই অমসং কুকি অসিদি recognised tribe ওইরমদে। [assam, Meghalaya, Mizoram দদি Any Kuki tribe inclduding হাযরগা Kuki, Thadou, Doungel, Kipgen, Haokip নচিংবা ট্রাইব ৩৮ য়াওনা শকখঙই। হৌজিক্তি কুকি ত্রাইবশিং অসি সেজিস্টব তৌরে।

খৃঃ ১৯৫১, খৃঃ ১৯৬১, খৃঃ ১৯৭১ অমসুং খৃঃ ১৯৮১ গী মীকোক থিবদা থাদৌগী মীশিং মথংশীৎনা ৩০, ৫৩৯; ৪৭৯৯৯; ৫৯,৯৫৫ ; অমসুং ৫৬,৪৬৬ ওইখি। খৃঃ ১৯৮১ দা মীশিং হন্থরক্লিবসি থাদৌ ওইনা শক তাকখিদবা ওইগনি।

চৈথাবোল খুম্বদগী খঙবদি মৈদিংঙু চীংথংখোম্বনা শকাব্দ ১৭০৮ (খৃষ্টাব্দ ১৭৮৬) ৱাকচীং ২০ নি লৈবাকপোকদা নিংথেম থোক্তুনা কৈথেন্দা লৈবাক অপূম্বা খোংজাই নাগদবগী ৱাশক নৈএ। ২২ নি য়ুমশকৈশা নিংথেম চীংথংখোম্বা খোংজাই নাবা শানএ।" হায়রিবা খোংজাই নাবা চৎপসিদা তাংখুন/লূহুপ্পা কাংলূপসু য়াওখি। মতাংসি লাইরিকসিদা অসুম্না ইরি ঃ "লুহুপ্পাগী চুঙবু খোংজাইগী

তেননা কাপ্পবু ফাওদে। খোংজাইগী চুঙবু লোন্না লূহুপ্পগী তা হুনববু শমরম ফাওএ।" মখাতানা লাইরিকসিদা ইরি ..' .. ১৩ নি য়ূমশাকৈশাদদা মহারাজনা তুইপুইদা থুংএ। ... লাম্নীদি নুঙ্গাই তানখিএ।... শগোলশেন্দা নিংথেমসু নুকাইদা য়ৌএ।.. নুমিদাংদা মহারাজনা লাইবার শিখিএ। .. মহারাজদি ফুলচোংয়োল্লমদা চত্তুনা লাল তাএ। লাল য়াম্না ফাএ।... ২০ নি য়ূমশাকৈশদা খোংজাইগী খূনয়াময় চত্তুনা নিংথেম্না তোঙ্গাৎ ১ খোমলক্তুনা নিংথেম্না তুইয়াইদা লৈরিঙৈদা কৎলৈএ। মৈদিংঙু চীংথেংখোম্বদি তুয়াইদা নুংসু য়ুংলমএ। অদু নুমিত্তা খোংজাই হাইমাংনা নাই১ পুখম ১ পুরক্তুনা নবুধৌশিংগীসু নঙগীসু ননাইনে হায়না লোয় হারৈএ। ২২ নি ইরাইদা মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা খোংজাই খুনয়াইদা খৌশাইএ। ঔগ্রী শকএ। নুংসু নুংলমএ।"

অসুম্না মৈদিংঙু চীংথংখোম্বগী মবুধৌ হায়বদি মৈদিংঙু গারিবনিৱাজ মতমদুগী খোংশাই খরনা মণিপুরগী খা খমখৈদা খুন্দাবা হৌরে হায়বা খঙবা ঙম্মী। অদুবু মৈদিংঙু চীংথাংখোম্বা মতমদগীদি খোংজাইশিং অসি মাগী মখাদা লৈহন্দুনা য়াম্না নকশিন্নরে হায়বা উৎলি। অৱাগী মখূত্তা হন্ন-হন্না মায়থীবা ফংলবা মৈদিংঙু অসিনা খোংজাই খুঞ্জা ওইনা লোক্তুনা লৈবা মতাং অমা W. Mc. Culloch গী "An Account of the valley of Manipur ' লামায় ৬১ দা অসুম্না ইরি। 'Kookie rice is of a different and superior species to that of the other jhoom cultivating tribes, they say it was given to themby Chingtangkomba, Raja of Manipur who come amongst them during the wanderings enforced on him by the Burmese".

মৈদিংঙু হেরাচন্দ্র সিংহ (দাকু নিংথৌ) অসিসু অৱানা মণিপুরবু খূদুম চনখিবা চহী তরেৎ খুন্তাকপা হৌরকপা অদুৱাই। ( ৱাকনপা হরিগী কুম শক ১৭৪১ (খৃঃ ১৮১৯) শজিবু ৩ নি ইরাইদা) খোংজাই হাওতকী কূপ্লকখি। মৈতৈ অমসুং খোংজাই লাম্মী শেমগৎতুনা অৱাশিংবু লাম্থেংনখি। "Herachandra who remained all this time at the Khongjai Village and gained their favour, collected large number of the Manipur and Khongjai troops and came down to attack the Burmese" (L. Joychandra Singh: " The Lost Kingdom")

মৈদিংঙু গম্ভীর সিংহ হাক্তক্তা খোংজাই খুল খরা লান্দাদুনা খুদূম চনখিবা মতাঙ খরা চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি ঃ " মুতুম খোম্বগী খুম শক ১৭৪৯ (খৃঃ ১৮২৭) লাংবন ২৬ নি লৈপাকলোপকপাতা মোনথা হাওপু চেংকোক কৎও হায়বা য়াততদুনা মখুল থুকাইএ। খোংজাই খুনকং ১০ মাসু শ্রীপঞ্চযুক্ত মণিপুরশ্বর চীংলেম নোংদ্রেন খোম্বা মহারাজনা লোই চললমএ" "য়াংলেম খুনচাওগী কুম শক ১৭৫০ (খৃঃ ১৮২৮) মেরা ১০ নি থাঙজা ক্কাক তানবা নুমিৎতা শ্রীইপুংশিজ সেনাপতি খোংচাইরম লাল চৎএ।... ১৮ নি নিংথৌকাপতা শ্রীইপুংশিচা সেনাপতি খোংজাই নারুপা ঙমতুনা লোইপোৎ য়াওনা থুংলৈএ। খোংচাই নিংথৌনে হায়পা ৪ মানা নাই ১০ তা ৩ শকোন ৮ শন্দং ৫ শামু ময়া ৫ সেনপুং ১১ অসি শ্রীযুৎ মহারাজদা কৎএ।" " ৱাংনু হাওচৌগী কুম শক ১৭৫৩ (খৃঃ ১৮৩১) শজিফু ১৩ নোংমাইজিংদা ইপুংশিচা সেনাপতি খাকি হাও নারুপা থুংলৈএ। তুইখং লময়াং, য়াংপি, শিৎলৌ, তোংকা, মেতে, মনোং খুনকং ৭ অসিনচিংবা সুপনা খুনকুং ২০ থুগাইরমএ। লানতি তুইথং নিংথৌ সেনতিংখাইচিংবা হাওকী নিংথৌ ১৩ ফারকএ। হাওকুন অয়ামকপী লোইহা পোৎতি শকোন ২০, শন্তং ২০, শামু ময়া ৭ সেনপুং ২০০ শ্রীযুৎ চীংলেন নোংদ্রে খোম্বতা কৎলৈএ। শ্রীপঞ্চযুক্তা মহারাজনা তুইথংনিংথৌ শেনত শেনথিংখাইদা সনরুপ্পা ফুরিৎ, ফরাংচিং ১, নিংথৌ ১২ দা লাইফি ১/১ পীনৈএ। নোংমৈ ৫ পিস্তোন অমসুং পীনখিএ। নিংথৌ ১৩ মনা ননাই ঐখোয় লোই হাবা শোয়রোই হায়না মখুন্দা কাহনখিএ।"

মৈদিংঙু নরশিংহগী সনা হাক্তক খৃঃ ১৮৪৫ দা খোংজাইশিংনা চীংগী লমদা কাঙলূপ কাঙলূপ চঙশিল্লক্লুনা চরাঙনবা মতমঙবু মেজর জেনেরেল সার জেমস জোনস্টোননা মহাক্কী 'Manipur and the Naga Hills লামা ২৫ দা অসুম্না ইরি ঃ " The new immigrants began to cause anxiety about the year 1845 and soon powered into the hill tracts of Manipur in such numbers, as to drive away many of the older inhabitants. Fourtunately, the Political Agent (at this time Lieutenants after wards Colonel Mc. Culloch) was a man well able to cope with the situation. Cool and resolute he at once

realised and face the difficulty. Manipur in those days, owing to intestine quarrels, could have done nothing and the Raja Nur Singh glady handed over the management of the new arrivals to him, " মখা তানা মহাক্না অসুম্না ইরি ঃ "Mc. Culloch, as they arrived, settled them down, allotting to them lands in different places according to their numbers, and where there presence would be useful on exposed frontiers... Some were made into irregular troops, other were told off to carry loads according to the custom of the state. Thus in time many thousnads of fierce Kukis were settled down as peaceful subjects of Manipur." অদুম ওইনমক খৃঃ ১৮৪৯ দা খোংচাই হাওনা মোইরাং থুগাইরদা মনাওইবুংঙো যুবরাজনচিংনা লান তানবা চৎপা ইরি।

আর ব্রাউননসু মহাক্কী 'Statistical Account of Manipur (1874)দা p.47 দা অসুম্না ইরিঃ "It is now about 30 years since the movement began and they finally settled in the Manipur Hill Territory. At this time also, a great movement of Kukis took place towards the Kachar Hills whee they settled under British Protection.The movement was caused by the same pressure and the tribe consisted of the Chingsal Section of the Khongjais; who resided in the Jeeree Forest and the Bobun range of the hills bordering the Kachar District. Their tracts of the country are not inhabited.

মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা খৃঃ ১৮৫২ দা 'ফাইরেল ২৫ ঈরাইদা চশাৎ হাওনা হৈকাংনে, লামগানে ২ মা তুমনা হাৎখিয়ে হায়দনা মচা ইবুংঙো সেনাপতিংনচিংবা সিফাই ১০০০ না লান তানবা চৎলে... লমতা ২৪ নি নোংমাইজিংদা ইবুংশিং সেনাপতিনা চশাৎ নাবা থুংলৈ। লান্দি চশাৎ নিংথৌ লাম্থৌয়াং অমসুং নোংথৈনাশিলন বনচিংনা মরি ফারকএ। শেনবুং ১ শন্দং ৩ মহারাজদা কৎলৈ।"

"খোচোম নুবোই চীঙগী শাংহুপ খোংজাই তেঙ্গোল অচৌবা অমনা মোইরাং তম্পাক্তা কুমলক্তুনা লান তারক্লবদা... মৈতৈগী মবুংঙোনা... খোংজাইনা লান হৌরকপদু থুগাইবে।" (নিংথৌবোল লম্বুবা) "খৃঃ ১৮৫৯ কালেন ৭ নি নিংথৌকাদা মহারাজনা মোইরাংদা খোংজাই শরি শোন্নবা খুমএ। ৮ নি লৈপাকপোকপদা নিংথেম মমাঙদা খোংজাইগা শরি শোনৈ। ননাই ঐখোয়দি মহারজগী ননাইনে। অকাম হাও ঙাকে নোংমৈ পীও নিএ, উমং লাই ৯ মক্কী মচুম নোংমৈ থাংতা হিয়াই পুম্নমক্কী মচুম পীথক্তুনা নোংমৈ ২০০ পীদুনা অকাম হাও ঙাক হল্লে।" (চৈথোরোল কুম্বাবা)

খোংজাই হাও চশাৎ পূনশিনদুনা তাংখুল খুঙ্গং ৬ থুগাইহনবা মতাঙবু এল জয়চন্দ্র সিংহগী ' The lost Kingdom দা অসুম্না ইরি ঃ "Sak 1784 (1862 AD) The year of Oinam Braj...25th Monday the Maharaj sent Chasad and Khongjai against Thongam. Pawye. Huimei, Ngaprum, Toisen and tongaw Nagas, The villages were destroyed and 51 Nagas were broght captive, 200 were killed. The Maharaj paid Rs. 100 to the chasad for 50 captives, the latter were to return to their villages.

Mackenzie গী 'The North-East Frontier of India দগী খঙবদি In December 1878, six Manipuri sepoys were arrested in the Kongal Village by a party of 30 Cassad Kookis and six Kabo men and taken to a Chassad village where they were kept as prisoners for nine days.

ফেব্রুৱারী ১৭, ১৮৮০ দা চশাৎ অমসু অতৈ খোংজাইশংনা চীংশাওদা লান্দাশন্দুনা নুপা ২০ অঙাং ৭ নুপী ১৫ হাৎখি। নুপা ১ নুপী ১ লৈশাবী ১ মাঙখি। লৈশাবীদু শমজোক নিংথৌদা কৎখি। কর্নেল জোনস্তোননা চীংশাওদা মার্চ ১৬, ১৮৮০ দা থুংখি অমসুং থৌদোকসিগী মতাঙদা য়াম্না কৃপ্না থিজিনখি। মসিদগী চশাং খুল অসি মণিপুরগী ঙমখৈ মনুংদা লৈবা খোংজাই খুলনি হায়বসি চপ চানা খঙকি। Chattik কী নাগা ৫ সু লান্দাশনবসিদা য়াওখি। মহাক্না ইম্ফালদা মার্চ ২২ দা থুংলবদা থঙ্গাল মেঞ্জোরনা চশাৎকী মতাঙদা হংবা লাকখি।

*পোলিতেকেল এজেন্টনা চশাৎ খুল্লাকপা Tonghoo বু লাক্লবা কৌখি অদুবু* মনাও নুপা Yankapa থারকখি। মখোয় মণিপুর মহারাজকী প্রজানি হায়বসি য়াখি। অসুম্না চশাৎ খুল্লাকপা তোংহু মহারাজগী অচানবা মনাই ওইখি।

ফেব্রুৱারী ১৮৮৩ দা মণিপুরগী পোলিতিকেল এজেন্ট অমসুং মৈতৈ সিফাযশিংনা চুময়াংগী খুল খুদুম চনখি। মহাক্লা পোলিতিকেল এজেন্টতা চঙজখি।

এপ্রিল ৩০, ১৮৯১ দা বৃটিশকী মখুৎতা মায়থীরবা মৈদিংঙু কুলচন্দ্রা মচীন মনাও অঙম-অথৌশিং খরগা লোয়ননা চশাৎ তান্না চৎনবা পোবোম্পাৎলোমদা চেনখি। অদুবু মোইরাং তোনজাও সুবিদারনা খাগি য়ৌনা লমজীংনি হায়দুনা কবো ১ নমথাং খুৎলং লুপা ৩০০০ পুদুনা হুমনি লৈরিঙৈ চৎখিবদু লৈবমদবদগী চশাৎ য়ৌখিদে।

খৃঃ ১৮৯৩ দা Toki Lupheng, Vum Khokhai Haokip খোংজাইনা লুচিংদুনা চীংজাবোই খুলদা লান্দাশনদুনা মীওই ২৮৬ হাৎখি। মতাঙ অসিবু Lieutenant Golnel J Shakespear গী Manipur Under British Management 1891-1907 দা অসুমনা ইরি ঃ In May 1893, the Naga Village of Chingjaroi was practically affected by Kukıs, 99 men and 187 women being killed and only 52 men and 70 women and children escaping, "Sir Robert Reid কী History of the Frontier Areas Bordering on Assam] দদি শক অসি ১৮৯২ হায়না ই অদুবু ১৮৯৩ না চুমগনি; মতাঙসি এল জয়চন্দ্র সিংহগী 'The Lost Kıngdom" দসু ১৮৯৩ হায়না ইরি। "On 19th INYEN Thursday the Khongjal killed 282 Chingjaroi Nagas in the East, 3 Khongials were arrested and put into the Jail." লুচিংবা নুপাদু চহী ১৫, অনী অমনা চহী ৫/৫ ফাদোক পীখি। অদুবু মমৈথংদা চহী ১৫ অদু ১০ দা হন্থখি।

মার্চ ১৮৯৩, লমতা ২৭ নি য়ুমশকৈশা দা Proteous, Political Agent নচিংবা সাহেব ৪ সিফায় ৪০০ লোয়নদুনা চশাৎ নাবা চৎলে ইংথি (খুল) য়ৌএ। মোইরাং তোনজাও লৈরমএ। বোর সাহেব উনৈএ। বব সাহেবনা চশাৎ খুল কাখৎলে। চশাৎকী তোংহু নিংথৌনচিংবা হাও পুম্মক চীংখোঙদা কুমদুনা বোর সাহেবপু ওক্লমএ। মদুদগী খুলদা কাখৎলে। ৪ নি লৈএ। তোংহু নিংথৌনচিংবা হাও পুম্নমানা লোইহা পোৎ ৮০০ কৎলে।

**লমগাংঃ**

'লমগাং' অসি মৈতৈশিংনা হিরোই লমগাং হায়না কৌরম্মী। ই দল্লিউ দন্না মহাক্কী Gazeteer of Manipur' দা Hiroi or Lamgang হায়না কৌদুনা ওল্ড কুকী গ্রুপ্তা চিংহল্লম্মী। লমগাং খুলেলগী মতাংদা অসুম্না ইরি ঃ " A Hiroi village in the south-west coner of Manipur about 4500ft above sea level with 100 houses of Manipur pattern about 400 inhabtants and the name of the headman was Pomaching. লমগাং খুম্বুক অসিনা লমগাং খুলেলগী মসা অমনি, য়ূম ১০ মুক তাই হায়রম্মী। মখোয়অসি ১৬ শুবা সেঞ্চুরিদা চিন হিলদগী মণিপুরোমদা চঙশিল্লকখিবনি থাজনৈ। মণিপুরদা লমগাং রিকোনাইজ ত্রাইব অমনি।

লমগাং অসি হৌজিক্তি নাগারোমদা চিংখ্রে। ১৯৬১ ,১৯৭১ অমসুং ১৯৮১ গী মীকোক থীবদা মীশিং ১৮৬৬, ২৬২২ অমসুং ৮৪৫২ মথংশীংনা ওইখি। ত্রাইবেল বেঞ্চ মার্ক সর্বে ১৯৮৪ দগী খঙবদি চান্দেল সব- দিবিজন্দা য়ূমকোক ৬০০ মীকোক ৩৩৪৮, তেংনৌপলসব দিবিজন্দা য়ূমকোক ৩৬ মীকোক ২২২ পূন্না য়ূমকোক ৬৩৬ মীকোক ৩৫৭০ লৈখি।

'লোয়য়ম্বা শিনয়েন' সম্পাদক শ্রীখুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ, লামায় ৯২ দা ইরি ঃ 'লাংকাতি খোইরু নাএ। শামু পুকলি নায়ে। তুলাইকি চামংলি নাএ।" মতাংসিদা পল্লিবা লাংকা হায়বসি লমগাংবুনি। লমগাং হায়বা মীওইশিং অসি পয়াগী পোৎচৈ শাবদা থোইদোক্লা শীংথানবা য়াবনি। মখোয়না শাবা থুমোক তাইরুক্লচিংবা মমিং চৎলি। মখোয়না শাবা Borkang (Lamgang Bamboo Basket used as a carrying basket height 44 cm. diameter of the mouth 38 cm) Bodi (Lamgang Bomboo Basket usd for carrying height 41cm.) থোইদোক্লা মমিং চৎলি। লোয়ননা খোংনবা যন্ত্র কয়া লমগাংশিংনা ৱানা শারি Irelu. বাঁসীগুম্বা Pule, Tingtou থোইদোক্লা মমিং চৎলি।

খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎত্রিঔদা মখোয়না সনামহী ইমুং কাচিন অমদা খুভম য়াদুনা ইরাৎলম্মী। The Lamgang keep four bamboo vessels and regard it as Sanamahi " (Tribal Art of Manipur by Mutua Bahadur & Mr. Y. Sanatabi, Page, 28)

চৈথারোল কুম্বদগী খণ্ডবদি মৈদিঙু মুংয়াম্বা হাকতক 'তারি হৈরাংখোংগী কুম শক ১৪৯২ (খৃঃ ১৫৭০) মাইবা তামেৎপানা লমকাং নাদুনা খাইতোমগী মাইবা ক্বাকপা শিএ।" চরাইরোংবা হাকতক "শাইরেম মানশৈগী কুম শক ১৬২১ পোইনু ২০ নি ঈরাইদা নাহারুপনা শকাং লকাং নায়এ। লান ১ ফায়এ।" খৃঃ ১৮৫০ মৈদিংঙু নরসিংহ হাকতক লমতা ১১ নি ইরাইদা লাংগা হাওগী লাইমতোংদা লোইতামচা মেঙ্গোরা শোকনৈএ। নিপা ১ মকোক ককলকএ।"

মৈদিংঙু চীংখোং লমগাইঙম্বা (খৃঃ ১৫১২-১৫২৩) লমগাং খুন্দা লান্দাবগী মতাঙ অমা 'নিংথৌরোল লম্বুবা' ও ঃ ভোগেশম্বর সিংহ লমামায় ১৪১/২৪২ দাইরি "লারিন মৈদিংঙুনোংপোক সনা তৌবনা হাউরে খানা পাংবরম খোইয়ুম লাইনিংথৌ ৱাংব্রেম খানা চাউবনা তানলোই মরুমবি অনান খুনথক চনু, মরোইপুং খুলমোন চনা, লোইবি থাকুপচনু, মারেম থায়াই চনু, তানলোই লমলেন ৫ মাদা নুয়িনবা চীং লোইবী লমকাং মপুংয়াইদা খৌশাবনে। লমকাং মপুংয়াইদা তুবি থিংকু মথিনাই লাইরেন মৈবু ৱোং চুংলেপ ৬০ চোং কাউরেন ষনথং ১০ লান খংনং লাইতং লেংনা খৌশাবদি লোইবি লমকাং য়াগা চায়রে। হেমবা মপুং তাকলে। হুয়েন লানগীদি লমকাং হৌসি ঙমচিং সনারিক চংনিং লাংমৈরেমববু কায়নহুল্লে।"

নিংথৌরোল লম্বুবা (অনীশুবা শরুক, জেনেরেল এদিতর, হাওবম বিলাসিনী দেবী) দগী খণ্ডবদি মৈদিংঙু মার্জিৎকী মতমদা লাইফম পানা, অহল্লুপ পানা, ফুঙ্গানাই লোইশঙ -পানা ৩মক্কী লাম্মীশিংনা লিতান, সগাং অমসুং লমগাং খুঙ্গং ৩ খকপু লান্দাখি। সগাং অমসুং লমগাংগী য়ূম পূম্নম্ক তুম্না মৈ থাকি।

'মোইরাং নিংথৌবোল লম্বুবা' ও ভোগেশ্বর সিংহ, লমামায় ৮১/৮২ দগী খণ্ডবনা পুরিকলাই লৈয়ু পুনশিবনা খা থংবা মায়কৈবোমদা চীংনুংহুত লাম্হোক্লগা লৈবা লমগাং কৌবা খুঙ্গংদা কেগেগী অথৌবশিং মোইরাংগী অঙম্বশিংগা লোয়ননা লান্দাশনখি. লমগাং খুঙ্গং চাইখাই "পুরিকলাই নৈয়ু পুনশিপাতি। হাওরৈ খানা পাংপা লামতা খৌশাপানে। ঙাংঙোই য়োইমোংপাকা। মশানৌ তাউথিংমাং য়োইহৈতোনকা তুরেল মোংপা তুতেংলকপতা। লেমলৈ ঙারৈমোবু কৌথখিএ। লেমলৈ মহুন থারখিএ। হৈরেম য়িমনাক চামমা তাপাতা ৱাইথুংলেরে। লোইপী হাওরিম মরয়মাগী। হাওসি পনথোং খৈপী। হোইতোম

লুখ্রাপী । মৌরে য়োৎনিংনাপী। তেৎনো তোনথাংনুনা পাউহংঙমএ। মোংপা নচিন ননাউতি। করি লোইপু লোইথৌপা লাকপানো কাকলেন মীঙমপানা হাইখিরাকানে। হায়না পাউতাক ব্রাইপুন নাতৈননা লোইপী লমকাং মপুংযাইতা। কেকে অতৌলাচী হেপ্পা। ঙারোই থয়াঙ কোনতাই লোনপা পুমনামাকা। হমপা পনথোং -হাং। চুঙলেন থাকুপ হৌ। থাঙলেন খেবা থাং খংনং লাইতং লেংনা পনথেংথাপাতি। লোইপী মপুং তাকলে। লমকাং য়াকা যায়রে। পুরিকলাই থিংকু মথিনাই। য়িব্রাং মৈনা খৌসারে। লমকাং নুয়িনপী নুয়িনপাপু কায়না হুললকলে।"

অমুকসু ইব্রা খোকখৈ লাম্থাবনসু লমকাং খুঙ্গং ময়ায়দা কেগে লান্মী অথৌবশিং অমদি মোইরাং লান্মী অকনবশিংগা লোয়ননা মখূৎতা মঙক্তা চুঙ য়াল্লদুনা লাম্হেনববদা "লোইপী লমকাং, মপুংয়ায়তা কেকে থয়াঙ কোনতাই লেনপা পুমনামানা। চুঙেলে থাকুপু হৌ। হেমপা পনথোঙ হাং। খংনংলাইতং লেংনা পনথেংথাপতি।... লোইপী সাকাং মনিংথৌ। হুয়েন সনকুপলেং অথৌপাবু কায়না হুল্লে হায়তাপারা।"

চীংঙুলাই ওইবা ব্রাংব্রেন খানা চাউবগী মতালোয় তরেৎকী মনুংদা সগাং লমগাং চনু অমসু য়াওরি। জুলাই ১৯৪৭ তা লিংখৎকিবা খুলমী য়ুনিয়নদা লমাগাং অসিসু য়াওখি। মখোয়না খুলমী, নাগা অমসুং মৈতৈশিংগী মরক্তা চান্ন-চিন্ননা লৈমিন্নবা অমসুং চীংমী-তন্মীগী অপূনবা থুগাইদনবা হায়খি। ১৯৪৯ দা পাঙথোককিবা ইলেক্সনদা খুলমী য়ুনিয়নগী কেন্দিদেট ৭ কাখি।

অদুদগী অনাল,মোয়োন, মোংশাং অমসুং লমগাং পূল্লগা পকান হায়না পূন্না খঙনবা হোৎখি। অদুবু খূমাঙ কয়া চাওশিনবা উদে।

**পাইতে ঃ**

পাইতে মীশিং খৃঃ ১৯৫১, ১৯৬১, ১৯৭১, অমসুং ১৯৮১ গী মীকোক থীবদা মথুং শীৎনা ৯১৮৮, ১৭০২৯, ২৪,৭৫৫ অমসুং ৩০,৯৫৯ ওইখি।

ত্রাইবেল বেঞ্চ মার্ক সর্বে ১৯৮৩ দা চুরাচান্দপুর দিষ্ট্রিক্টতা য়ূমকোক ৪৬১৯ মীকোক ৩০,০০৪ ওইখি। অদুবা তিদিম চিননি হায়না শক তাকচবা য়ূমকোক ১১৬ মীকোক ৮২৫, ঙাইতে য়ূমকোক ৩ মীকোক ১৬ সু লৈখি।

পাইতে হায়বসি Paihte হায়বা ব্রাহৈদগী ওইখিবনি। লুশৈ, পোইশিংনা বরাক তুলেগীনোংপোক থংবা তোর্ব্বান্দা লৈবা মীওইশিংবু Paihte হায়না

কৌখিবদগী পাইতে হায়না খঙনখিবনি হায়। খৃঃ ১৭৯০ অদুৱাইদা ওইরম্বা য়াই হায়নৈ Guite অমসুং Sukte কাঙলূপকী পাইতেশিং অসি চিন হিলদা লৈবা Chinnuai/Chinwe হায়নরিবা মফমশিংদা হান্না লৈরম্বনি। মীশিংনা অসুম অসুম য়াখৎলকপা, শাগৈ চাওখৎলকপা, শাগৈ খুদিংগী খুল্লাকপা লৈরকপা, খুল্লাকপশিং অমগা অমগা চাউবা তান্নরকপা, হাৎন-শুনরকপা অসিদগী তোখাইখিবনি থাজনৈ। Thomtes,Tembings,Gualnoms, Hatlang (Hatzaw), Guite অমসুং Sukte না মথং মথং শক্তি পায়নরকখি।

শুকতো চিফ Kanthuam/Kantum না Guite শিংবু খৃঃ ১৮৪০ অদুৱাদি মায়থীবী পীখি। খৃঃ ১৮৭০ অদুৱাইদগী Guite/Nguite শিং Tedim দগী চেম্থোরকখি। মখোয় খরনা অৱাংলোমদা ঘৌখোথাংগী লুচিংবা মখাদা Mwelpi/Mualep হায়না চিন হিলগী মফম অসিদা খুন্দা-লৈতানা লৈখি। অতোপ্পা কাঙলূপ খরনা লুশৈ হিলসতা চঙলক্লগা লুশৈ চিফ পোইবোইগী খুঞ্জা ওইখি।

গৌখোংথাং হায়রিবা Guite চিফ অসি চৈথারোল খুম্বাবদা 'নময়াংগী জাৎ কোকতং নিংথৌ' হায়বসিনি. মহাকপু থাঙ্গান মেঞ্জোরনচিংবা মৈতৈ লাম্মীনা ফাবা মত্রঙ লাইরিকসিগী লামায় ৩৯৯ দা অসুম্না ইরি "৪ নি য়ুমশকৈশা (১৩।৩।১৮৭২) ইং শৌগাইজমচা মেঞ্জোর, কাংঙমচা মেঞ্জোর ২ মানা শাইতোন শাফম চীংদা থানা পমলৈদা লুশৈ ৭০০ চেনশিল্লকপবু অকাম হাও ১০৫ না ফাগে তান্নরকপবু মেঞ্জোর ২ মক্না অকাম হাওশুতেনগী জাৎ য়াতোন নিংথৌ , মনাওশোম্ব-তেংখুপাও থমলেন, হাওবম খুদিংনগী জাৎ, শাঝৌ জাৎ য়াতোন নিংথৌগী মপাগা পোকম্লিনবা য়াতোন নিংথৌ মোসপেম, য়াপাউ, মচা খোংগাথং, ৱাইতং, লৌথং, লময়াংগী জাৎ কোকতং নিংথৌ মনাও কামলেন, মচাশুকাম, অলুময়া, পুমলেন পাওতোন মখোয় ১৬ মসিনচিংবা আকাম হাও ৫৬ ফারকতা নোংমৈ ৪৪ অৱাই থাঙ শোরি য়াওনা মশা মশা কোন্নববু খোমলক্লুনা থুংলৈ। ' মতাঙসি A Mackenzie গী 'The North East frontier of India লামায় ১৬৬ অসুম্না ইরি ঃ When the Manipuri troops were returning after the conclusion of the expendition they fell in with a party of Kamhows under the chief named

Kokatung, who was carrying 957 captives from two Lushai villages. The Kamhows came into the camp of Manipur contingernt apparently not expecting to be treated as enemies, but were all made prisoners by the contingent and taken to Manipur and placed in irons in jail. the 957 captives were settled in the valley, " মসিদা ফাদুনা পুরকই হায়রিবা ৯৫৭ অসি পাইতেনি, লুশৈ নিংথৌ পোইরোগী খুঞ্জা ওইখিবশিংদুনি হায়বসি আর ব্রাউন দগী 'Statistical Account of Manipur লমায় ৫৬৮ চদী খঙবা ঙম্মী।".. 957 Pytasis Vassalse of the Lushais from Poiboy's villages ... the whole of the above have been settled by the Maharaja in the Thangching range of hills and valley scouth-est of Moirang have have had lands to them and arrangements have been made for their future safety and protection"

মে ১৮৭২ দা Goukhothang /Kokatung ইম্ফাল জেলদা শিখি। মাগী মচা সুকামদা মপাগী মকোক, শরূ-শয়াং অদু পুহনখিবা মতাঙবু 'চৈথারোল কুম্বাবা' দা অসুম্না ইরি ঃ "১৬ নি থাঙজদা ইবুংঙো যুবরাজনচিংবা মচা ইবুঙো ২ গা অসিগা খৈবিক য়াওনা শঞ্জেনথোংদা অকামহাও কোতংগী মচাগা নোংমৈ তোপ থাও থাং মচুম থিক্তুনা ৱাশকহল্লে। হুইরিন থৎনৈএ। অকাম হাও ঐখোয়না ঙাওরবদি নুমিৎ থা লৈপাক নিংথৌনা চুমশুনো নাবোই ওইরমগে হায়না ৱাশকখি। অশিবা কোকতংগী লুনচিংবা হনবিখিএ। মাখোয়বুসু মচা ইবুংঙো মন্ত্রী মাইস্নামচা শামু মেঞ্জোর ২ না শুগু য়ৌনা থিনবিখি।"

খৃঃ ১৮৮৫ অদুৱাইদদি পাইতে/শুকতে/ অকাম হাওশিং অসি পোইশিংনা অসুম তকশিল্লকপদগী মণিপুর মহারাজদা মতেঙ নিবা হৌরকখি। মখোয়গী খুল্লাকপদি Yatote হায়বদুনি। খৃঃ ১৮৭৭-৭৮ অদুৱাইদা শুকতে ২০০০ মুক্লা মণিপুরদা চঙলকপদা মরারাজনা মখোয়বু খা নোংচুপ থংবদা লৈবা হৌজিক্কী চুরাচান্দপুর অসিৱাইদা লম-তু পীদুনা লৈহনখি। কোলোনেম জোনস্থোন, পোলিতেকেল এজেন্ট মণিপুরনসু মফমদুদা চত্তুনা লুচিংবশিংদুগা ৱারী -ৱাতায় শান্নখি। পাইতেশিং অসি মণিপুরদা হেন্না চঙশিল্লকখিগনি হায়বা খঙখি।

খৃঃ ১৮৭৭ অসিৱাইদা Goukhothang/Kokatung গী মচানুপা Sukam, অমদি লাম্ব্রেন অনীনা লুচিংলগা লাকখি। "মণিপুরদা অহানবা খুন্দ দাখিবা নুইহৈতে খুলশিংদি ঃ লোসাউ (য়ূম ৩৪৪), শেনবু (য়ূম ১০০) তোনিবুম (য়ূম ২০) সুমকমক্কা (য়ূম ৮০), লানজাং (য়ূম ১৫), বোককুএল (য়ূম ১০), মুনতাউ (১৫), নমকাই (য়ূম ২০), কোতাক (য়ূম ৩০), ক্কাতং (য়ূম ১০) অসিনি।" ("চীংমী-তম্মী খুম্বোকপা ইহৌদবা ইতিহাসকী শরুক খরা" মৈজিংলং কামশোন)।

Tonglen অসিবু অঙনবা মতমদা লিংখৎখিবা পাইতে খুল অমনি অদুগা Luchong হায়বসিদি খৃঃ ১৯১০ দা লিংখৎখিবনি।

পাইতে ইতিহাসকার খরনা পাইতে খাঙলূপ খরদি Singpitaam' হায়বা য়াম্না শাথীবা চাক তাঙবা অমা থোকপদগী খম্পাৎ অদুৱাইদা লৈরম্বদগী থংনবা লমশিং লুশৈ, মণিপুরদা চঙশিনখিবশিং য়াওই হাই। এম ভট্টাচার্যানা মহাক্কী 'Gazetter of India ' মণিপুরদা পাইতেশিংনা মণিপুরদা লাকপসি ১৯ শুবা খৃষ্টাব্দগী হৌরকপা নত্রগা মমায় থংবা অদুৱাইদা ওইরম্বা য়াই হায়না ইরি ঃ Their migration to Manipur probably took palce in the begining or in the middle of the last century.'

Pu Thangvang Guite না Paitong village দা খৃষ্টান স্কুল অমা মার্চ তাং ৩, ১৯১৫ লিংখৎখি। খৃঃ ১৯১৫ দগী পাইতে খুঙ্গংদা খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোকখি। অহানবা খুলদি Phaitong Maualnuam অমসুং Sailbu অসিনি। মণিপুরদা লৈবা পাইতেনশিং কুকী হায়না শকতাকপা পামদে। মিজো ওইনা শকতাকপসু পামদে। (মিজোরোমদা লৈবা পাইতোশিংদি মিজো হায়না শক তাকখ্রে) খৃঃ ১৯৪৭ জুলাইদা খুলমী য়ুনিয়ন শেম্বদা পাইতে অসিসু য়াওখি। অদুবু খৃঃ ১৯৪৮ দগী পাইতে নেসনেল কাউন্সিল শেমদুনা পাইতে মীয়ামগীদমক্তা পোলিতিকেল প্রেসর পীদুনা পাইতে অসিবু সেদ্যুল ত্রাইব লিষ্টতা য়াওহনখি। অসুম্না কুকী অমসুং মিজোদগী তোখাইবাআইদেন্টিটি অমা থম্বা ঙমখি। অদুম ওইমক Nor R Group মখৈ পূল্লগা জৌমি হায়দুনা শক তাকনীংবসু হোৎনদবা নত্তে। হায়রিবা ছৌমি অসিদা পাইতে, ভাইফৈ, জৌ, গাংতেনচিংবা পুনশিনবনি। (Non R হায়বদি পাইতেগুম্বা লালসিদা R গী সাউন্দ য়াওদে।

মৈতৈলোগা পাইতে লোলগা মান্নবা কয়া লৈ। হকচাং কয়াৎকী মমিংদা মান্নবা খবদি ঃ শম, মায় , না , মীৎ লৈ, খুৎ শা, খুতুম হায়বসি চপ মান্নখ্রে। অমরোমদা খবা খরা থৈনবদা Naok/Natawn He/Ya, Kha/Khadan, Khe/Khong, Khutpek/Khutpak, Khuk/Khuk-U, Khepk/Khawgpak, Vun/Un, Khutpi/Khubi, Khutlai/Khuyai, Khutchin/Khuzin পনবা যাই।

মমাঙঙৈদা মৈতৈশিংনা শা-লাল লাকপদা মৈহূম মোবোক্লা পাউ চেন্নবগুম পাইতেংশিংনসু তৌনবম্মী।

মৈতৈগী পাখঙফাল হায়বদু পাইতেদা Ham/Sawm হাযবসিনি. চীফ নৎত্রগা মচীন চৎপা মীওই অমগী ময়ূমদালৈ। খরা অঙাং ওইবনা নোম্বা খোৎপা তৌই। শা-লান লাকপদা ঙাকথোক্লবা হৌনা- লীচৎ তম্নবা মফমনি। Sawn অসিদা নুপী নহা চঙবা যাদে Lawn হায়বা পাখঙ-লৈশানা শাবা সংস্থান অসিদি খূৎলং ওইদুনা শেন-থুম তানবা হরাও কুম্মে পাঙথোকনবা হোৎনৈ। চহীগী ওইনা নৎত্রগা চহী কযাগী ওইনা পালি নাইনা লৌবৃক্তা থবক শূই। চহী লোইবদা হবাও-কুম্মে পাঙথোকই।

মৈতৈনা হীদাকপু লান্নবগা থকম্নিরগা লেম্লবগুম, নুংশিনবা উৎপগুম পাইতেনশিংদসু তৌনৈ।, মমৌনা হীদাক হানদুনা মনেম-মকুদা পীথকপা মরু ওইনা মৌ অনৌবীনা মনেম-মকুগী হীদাক হানদুনা সেবাতৌবা অসি মৈতে অমসুং পাহতেদা য়াম্না মান্নে।

প্রজাশিংনা লৌ-শীং উবদা পোথোক্কী শরুক খরা অমসুং শা ফারকপদা শরুক খরা নিংথৌগীদমক্তা তম্বা তৌনরম্মী। মমাঙঙৈদা মৈতৈশিংসু নিংথৌদা লৌশাল পীনরম্মী। পাইতেশিংনসু মখোয়গী নিংথৌদা Butisun (লৌশাল) পীদবা য়াদে।লশিং থাদুনা মদুদগী লং নাইরগা ফি শাবসি পাইতে নুপীশিং অমসুং মৈতৈ নুপীশিংনা তৌনরম্মী। মৈতৈগুম্না মশাগী চাবা ওক্লবা থুম শুংজরম্মী। নুপাশিংনা থুমোক-তাইরুক শাবা,উ-ব্রা য়াল্লুরগা য়ূম-কৈ শাবা, নুপীশিংনা চফু শাবা অদুম ইমান মান্নে।

পাইতেগী মমাঙঙৈগী ধর্ম্মসি Puusa কৌই। Thangho অমসুং Laindo হায়বা মচীন-মনাও অনীনা লিংখৎলম্বনি। নাবা য়েকপা অসি ফত্তবা লাইনা তৌহনবনি থাজনৈ। লাইশিং অসিবু পেন্নবা হূই য়েন হাৎতুনা পূজা তৌই। Pau

Chin Hau (1859-1948) না লিখৎলম্বা ধর্ম্ম অসিদদি শা হাৎতুনা ঈরাৎপদি তৌদে পাইতে খরদি ধর্ম্মসিদা থাজে। মহাক্লা হৌদোক্লম্বা ময়েক অদু মতম অমদা য়াম্না পাম্না ইনরম্লবসু হৌজিক্তি রোমান স্কপতা ইরে। মৈতৈনা মৈতে ময়েক শীজিন্নবা ঙমদবগুম্মী।

**ৱাইফেঃ**

খৃঃ ১৯৬১গী মীকোক থীবদা অপূনবা মীশিং ৮২১৬ নি। (নুপা ৪০৬৭ নুপীগ ৪১৪৮)। খৃঃ ১৯৭১ দা মীশিং ১২, ৩৪৭ অমসুং খৃঃ ১৯৭১ দা মীশিং ১২, ৩৪৭ অমসুং খৃঃ ১৯৮১ দা মীশিং, ১৫, ৪৬২ ওইখি।

ত্রাইবেল বেঞ্চ মার্ক সর্বে ১৯৮৩-৮৪ দগী খণ্ডবদি চুরাচান্দপুরসব-দিবিজন দা য়ূমকোক ৮৫০ মীশিং, ৫১৭৮; সিংহাঙ্খতা য়ূমকোক ১১৭ মীশিং ৬৭২, মালোন্দা য়ূমকোক ৩২২ মীশিং ১৯৩১ হেলেপ্তা য়ূমকোক ৬২৫ মীশিং ৩২০৩ তিপাইমুখতা য়ূমকো ৩৪ মীশিং ২২৭ পূন্না চারাচান্দুপ দিষ্ট্রিক্টতা য়ূমকোক ১৯৪৮ অপূনবা মীশিং ১১, ২১১ ওইখি।

সাইকুন্দা য়ূমকোক ২৩০ মীশিং ১১৭৩ কাংপোকপীদা য়ূমকোক ১৮৫ মীশিং ১০৭৫ পূন্না সেনাপতি দিষ্ট্রিক্টতা য়ূমকোক ৪১৫ মীশিং ২২৪৮ ওইখি।

ৱাইফৈ মরোল ঙাঙবা মীশিং খৃঃ ১৯২১ দা মীশিং ২৮৫৫, খৃঃ ১৯৩১ দা ২৬৬২ অমসুং খৃঃ ১৯৫১ দা ২৪৯০ লৈখি।

ৱাইফৈশিং অসি চিন হিলসতগী লাকপনি। চিন হিলসকী Saiyang, Chimunai, Khawaskh-Gam, Phaiza, Khawsim অসিনচিংবা মফমশিংদা লৈরম্বদগী মণিপুর অসুং লুশৈ হিলসলোমদা চঙলকখিবনি। খৃঃ ১৮৬০ অদুৱাইদগী চিন হিলস থাদোক্তুনা লাকপদুনা মণিপুর্‌দা খৃঃ ১৮৮৭ অদুৱাইদা মৈদিংঙুচুরাচান্দগী মতমদা য়ৌরকখি। মখোয়না ইহান হান্না খুন্দারম্বা খুলশিং Bokbou, changlian Lowshaw অসি ওইগনি। Lowshaw অসিদি য়ূম্লাম ৩০০ মুক লৈবদা ৱাইফৈনা য়ূম্লাক ১০০ অদুগা অয়াম্বনা সুকতেশিংনা খুন্দাবনি। হায়রিবা খুল অসি খৃঃ ১৮৮৭ ফেব্রুয়ারী ১৭ তা লান্দবগী ৱাফম চৈথারাল কুম্বগী লামায় ৪৭০ অমসুং লোষ্ট কিংদমগী লামায় ২২৫ দা ইরি। 25the Thrusday (Fairel 1887), Princes Jubraj,Samoo Hanjaba, Dolairoi Hanjaba, Wangkheirakpa,

Swaijamba Major, Maisna Major and Laita Major with 200 sepoys went to Moirang agaisnt Lowshaw (the lost Kingdom" অসিদা মৈতৈনা হাও হায়বসিগী অর্থনা নাগা হায়দুনা হেক হেক হায়রম্বনা কুকী/ খোংজাইশিংদসু নাগা হায়রম্মী। মসিনা মরিং-মরাং ওইনা থোকই। মথং শূৎনমদা চুমথোকপা ফে।

ৱাফেশিংনা মণিপুরদা লাকপসি থাদৌশিংগী মমাঙদনি। "The Vaiphesi migrated to Manipur fromthe Chin Hills before the migration of the Toudous. They are closelyconnected with Gantes" [J.Shakespeare: The Lushai Kuki Clans]. গাংতেশিংগদি য়াম্না নক্লে।

The nwite,Vaiphei and Yo Chins who within the memoryof man resided inthe Northern Chin Hills have now almost entirely recroessed the Northem border, either into the hills beloging to Manipur or to the South of Cachar and their old village sites are now being occupied by the Kamhow clan of Sukte chins, which also is moving North wards (The Gazetteer of Chill Hills 1896 ) অসুম্না কামহাওগা পূন্না লৈমিন্নহৌবা ৱাইফে খবসু ১৮৯১ দা মণিপুরদা চঙলকখি। From Phaiza the Vaipheis went to Kamhou Area ad then the Brithish became more active inthe area for annexation of the Chin Hills and the Lushai Hills inthe last centruy. the Vaiphesis left Kamhou area and began to enter the South Eastern Hill regions of Manipr around 1891. AD " { Source K.B Singh. The Vaipheis of Manipur হাযবা ৱারেং অমা ] Rev . S. Prin Vaiphe নসু মহাক্কী "Who we are/Who are We?" হায়বা ৱারেং অমদা ইরি 'the old aged people used to say that in Chin Hills the Vaipheis lived at Phaiza, Among the Vaipheis the Thangning group live at Sipi, Suantic group at Saipug, Chimmuaikhua, Dizang (Siyin) Hiangpe etc. Execpt

the Sizang Suantak almost all were driven out by the pawis, the Lusheis and the Suktes.

খৃঃ ১৯৩১ গী মীকোক থীবদা ৱাইফৈ অসি ওল কুকী গ্রুপ্তা চিংহল্লমী। J. Shakespear সু মহাক্কী The Lushei Kuki Clans দা ওল কুকী ক্লানদাচিংহলম্মী। মখোয়গী হৌরকফমগী লেজেন্দরী ওইবা ৱারীদা মখোয়সু খুলদগী থৌক্লকই। খুলদগী থোক্লকপদা Gul Heipi অচৌবা লিন অমনা অথিংবা পীরম্মী। হায়রিবা লিন অসিবু Zahong হায়বা নুপা অসিনা হাৎখি। Zahong হায়বদি Za- হায়বদি Many, Hong Open Opener for many.

ৱাইফৈশিংনা পাইথেন হায়বা অথোইবা God অসিদা থাজরম্মী। Nungzaih হায়বা অমসু থাজনরম্মী। পুন্না Pathian-Nungzaih হায়নসু শোন্নরম্মী। মহৌশা লাইরেম্বীবুসু ঈরাৎ পুজা তৌনরম্মী। থোইদোক্লা চীং মান, ঈফুৎ নুংশিংবু ঈরাৎলম্মী। মপা মপুশিং-এন্সেসতর ৱার্দশিপ অসিসু তৌনরম্মী। হায়রিবশিং অসি মৈতৈশিংসু লোইনা তৌনরম্মী।

ৱাইফৈশিং অসি Khuavaiphei হায়বা মফম অমদা মকোয়গী মপা-মপূনা খূন্দা -লৈতা লৈরম্বদগী ৱাইফৈ হায়না খঙনখিবনি হায়।

চিন হিলসতগী লাকপদা মখেয়না লুংলেন পিক্তা খুন্দা লৈতারম্বগী মতাঙদা Garey অমসুং tuck গী চিন হিলসতা অসুম্না ইরি ঃ On the submit of Lunglen Peak is found the remains of an ancient Vaiphei Village which was defended in a most extraordinary manner by boulders and Sungars."

অমুকসু J. Shakespear না মহাক্কী The Lushei Kuki Clans' দা অসুম্না ইরি ঃ A short distance to the east of Aijal there is a village site called Vai-Tui-chum i.e, the watering place of the Vai which is said to commemorae a fromer settlement of the Vaipheis, It seems probable therefoer, that the Aimol and Vaiphel left their former homes in consequence of the forward moverment of in Lusheis."

K. B. Singh না ৱাইফৈগী ক্লান অসি ১৪ নি হায়না ইরি মদুদি 1)

Buite, 2) Dupmul, 3) Ellu, 4) Hoinge, 5) Khoute, 6) Neisial, 7) Hitham, 8) Phaltula, 9) Sektak, 10) Sailiap, 11) Singphum, 12) Suantak, 13 Suante and 14) Thajgning (Sipra Sen নদি মহাক্কী Tribers and Casters of Manipur দদি Exogomous clan 12 নি হায়)।

ব্বাইফৈ অসি মিজৌরামদদি পাইতে ক্লানগী সবক্লান অমা ওইনা মিজোনি হায়খ্রে। মণিপুরদদি মখোয়সি সেদ্যুল ত্রাইবশিংগী মনুংদা লৈরি। থাদৌশিংনদি ব্বাইফৈ অসি চোংথো হায়বা থাদৌশিংগী পুকোকতগী শমথবকপা চাদা নাউদা ওইনা লৌই।

চোংথোগী মশুনুপা অমা ব্বাইফৈ মরোল ঙাঙলম্মী। খৃঃ ১৯০৭ তগী ব্বাইফৈশিনা খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎখি। খৃঃ ১৯১০ দা ব্বাইফৈ লোলদা ইবা বাইবল মেথিউস বাইবল অসি ফোঙখি। খৃঃ ১৯৮০-৮১ দা ব্বাইফৈ গ্রেজুযেট ৫৭ গেজেতেদ ওফিসার ১৭ প্রিনস্টেদ বুক ৮৬ লৈখি। খৃঃ১৯৬০ দগী মদু ব্বাইফৈ নেসনেল ওর্গেনাইজেসন হায়না খঙনখি। মখোয়না ব্বাইফৈশিংগী য়াইফনবা য়েংশিল্লি। মিষ্টর গেনজাপান ব্বাইফৈগী মখাদা ব্বাইফৈ ব্বাকিং কমিতি হায়বসি খৃঃ ১৯৪২ অদুব্বাইদা শেমখি। (সিপ্রা সেন ঃ ত্রাইবস এন্দ কাষ্টস ওফ মমিপু০) অদুবু শ্যামকহুআনদি মহাক্কী 'মণিপুরগী লৈঙাক্লোন অমসুং লৈঙাক পথাপকী ইতিহাস লামায় ১২৩ দা 'ব্বাইফৈ নেসনেল ওর্গেনাইজেসন, ১৯৪৪ দা লিংখৎলি। হায়না ই।

ব্বাইফৈশিংনা মৈতৈগুম্না মথক থোংবা মীওইশিংগী মমিং মথা কৌনদে। লৈশি-লৈথোন্না ব্যবহার লৈনা মথক থোংববু কৌনৈ। মব্বা-মপুরোইববু মমিং ফান্না মাগী নুপীনা কৌনদে, মসিসু মৈতৈগীগা মান্নে। মচানুপীনা মমা-মপাগী সম্পতি ফংদবসু মান্নে।

Tawmngaihna অমসুং Kihutuana হায়বা অসি মৈতৈনা অব্বা-অনা তারবাকান্দা পোৎয়েঙ চৈয়েঙ পীনবগুম্বনি।

মৈতৈগুম্না ব্বাইফৈসু শম শাংনা খাক্লগা লুখমদা পুন্নরম্মী।ব্বাইফৈগী লুহোংবা মখল অসিসু মৈতৈগা ইমান মান্নে। হায়ন-শীংনদুনা লুহোংব /Chwng-Mo নুংশিনরগা চেনবা /Kijaampi অমসুং নমদুনা ফারগা লৌবা /Nungaak-gu অসি ইমান মান্নৈ।

মৈতৈগী খম্বা- থোইবীগী ৱারীগুম্বা Mr. Ngambawn অমসুং Miss Suitnag অনীগী নুংশি ৱারী লৈ। ইন্দিজিনিয়মস গেমসসু ইমান মন্নে।

মশীং থীবদা Pani / অনী, Pathum/অহুম, Panga/মঙা, Paguk/ তরুক হায়রক মান্নে। অতে মান্নবা ৱাহৈ খরদি ঃ Hepa/ইপা, Hepu/ইপু, In/য়ূম, Lou/লৌবুক, Thing/শীং, Gua/ৱা, Kei/ঐ, Eiyo/ঐখোয়, Nang/নঙ, Hut/খূৎ, Nak/নাতোন, Mit/মীৎ, Ha/য়া।

মরু ওইনা শিনফমদি লৌউ-শীংউবনি। অদুবু লী অমসুং ৱাগী পোত্থাকসু পুথোকই। Sangvang, sangjang, gaimu, Laipi হায়রিবা থুমোক তারিকশিং পনবা য়াই।

জগোই -ঈশৈ পাম্মী। Gawsem, Liloo/Thile/বাঁসি, Daakpi/ শেনবুং অচৌবা, Daak-Chat শেনবূং মচা, Khuangpi দরম অচৌবা, Khuangneu/ দরম অপীকপী অসিনচিংবা জগোয় ঈশৈগী যন্ত্রশিংনি।

১৯৪৭-৫০ অদুৱাইদা লৈরম্বা খুলমী য়ুনিয়ন অসিদা ৱাইফেসু য়াওরম্মী। খৃঃ ১৯৪৮ দা পাঙথোকখিবা জেনেরেল ইলেক্সনদা দা. দমজখাই ৱাইফেসু এম এল এ ওইখি। 'খুলমী' হায়বসি মৈতৈদা Nungbal-Those who came from inside the earth i.e, the low lands বু খঙনৈ।

**কবুইঃ**

খৃঃ১৯২১ গী মীকোক থীবদা ১৫,৬৪৭, খৃঃ ১৯৩১ দা ১৮,৪৭৫, খৃঃ ১৯৫১ দা ১৮,৩৮৬ লৈখি। মীকোক থীবদা খৃঃ ১৯৬১ দা নুপা ১৪,৬১৩ নুপী ১৪,৬০৫ পুন্না মীশিং ২৯,২১৮ ওইখি। খৃঃ ১৯৭১ অমসুং ১৯৮১ দনা অপূনবা মীশিং ৪০,২৫৭ অমসুং ২৯,০০৬ ওইখি। হন্থুরক্লিবা মীশিং অসি কবুই হায়নীংদবা মীশিং হেনগৎখিবনা কবুই হায়না শকতাকখিদবনা ওইগনি।

ট্রাইবেল বেঞ্চ মার্ক সর্বে ১৯৮৩- ৮৪ গী মতুং ইন্না চুরাচান্দপুর দিষ্ট্রিক্টতা য়ুমকোক ১১৯ মীশিং ৬৭৮ (চুরাচান্দপুরদা য়ুমকোক ৭৯ মীশিং ৪৫০, হেংলেপ্তা য়ুমকোক ৪০ মীশিং ২২৮) লৈখি। সেনাপতি দিষ্ট্রিক্টতা য়ুমকোক ৪৫০ মীশিং ২১৮৩ (সাইকুল সব-দিবিজন্দা য়ুমকোক ১৩৬ মীকোক ৪৪০, কাংপোকপী সব দিবিজন্দা য়ুমকোক ৩১৪ মীকোক ১৭৪৩ ওই। তমেংলোং দিষ্ট্রিক্টকী তমেংলোং সব-দিবিজন্দা য়ুমকোক ৪৫৯ মীশিং ২৯৯১ লৈ। (অদুবু

রোংমৈ ওইনা নুংবা সব দিবিজন্দা য়ূমকোক ২০৮৩ মীশিং ১৩,৬৩৭, তমেংলোং ব্রেষ্টতা য়ূমকোক ৬২০ মীশিং ৩৯৬০, তমেংলোংদা য়ূমকোক ১৮৭৮ মীশিং ১২,২১৪ অমসুং তমেংলোং নোর্থতা য়ূংমকোক ৯২ মীশিং ৫৫২ পূন্না য়ূনকোক ৪৬৭৩ মীশিং ৩০,৩৬৩ নাশক তাকখি।

'কবুই' হায়বা কাঙলুপ অসি মথায় থায়ন্দগী লৈরক্লবা মীওই কাঙলূপনি। খাগেম্বা য়ূম্বীদা ইরি ঃ " হুইমুলৈমনা নুংঙৌয়িমথংপনে। লমলেকসা হাও ওইপা চীংদা কানা পাময়ানপানো। মনাও থেংকোইপানে। ৩ মা পোকএ। লমলেকসাংনা কপুই হাও ওইখিএ। তোনপা থেংকোইপাতি হাওরোক কোনথৌ ওইখিএ। নুংঙৌ য়িমথংপাতি লৈশাংথেম ওইখিয়ে।"

ব্রাফম অসি 'পূতীন' (শিন্দোকপাঃ এ কে নদিয়াচান্দ লামায় ৪২৭) অমসুং 'লৈথক লৈখারোল (ইথোকপাঃ দা. শ্রীভাগ্য য়েংখোয়বা লামায় ১০৭) তসু চপ মান্না য়াওরি। অসুম্না মচীন-মনাও অহুম পোকপদা ময়াম্বা অহল নুংঙৌ য়ুমথংনবনা লৈশাংথেন, মনাওয়াইমা লমলেকশাংনা কবুই অমসুং মনাও অতোনবা থেংকোইপা/তেংকোইপানা হাউরোক খোনথৌজম ওইখি।

'চকপলোন খুনতাবা' (ইথোকপা ঃ শ্রীকুলচন্দ্র সিংহ পণ্ডিত অচৌবা লামায ৩ দা ) ইরি ঃ "খাবা মরুপ অমদি নোংচুপ লোমদা চেন্দুনা কবুই নুঙনাং ওইখিয়ে।"অসুম্না খাবা কাঙলূপ্না নোংদা লাইরেনগী মখুৎতা মায়থীবা ফংদুনা কোয়চেন চেনবদা কবুই কাঙলূপ ওইখি।

কোন্নচক্তা সব্রাংগী মচা অতোনবনা সোংপু হাও ওইখি।"সব্রাংগী মচা অহলদি লৈশাং কৌয়ে।অতোনবদি সোংপু কৌয়ে। লৈশাংনা লৈশাং ওইয়ে; অতোনবনা সোংপু হাও ওইখিয়ে।" 'লৈশিরেম্বী' (ইথোকপাঃ অঞ্জি মোইরাংথেম ইবুংঙোতোম্বী মৈতৈ, লামায় ৪৫) দা ইরি ঃ "পুতিন্দা মোরিয়া ফম্বালচা নিংথৌগী শাগৈদি ঙানবাখুমুজম শোংপু অনিসি ঈ অমত্তনি হায়বনা শোংপুসি ঙানবা সলাইনি।" মতাঙসিমক 'মৈহৌরোল পুকোক' ইথোকপা ইরোম অমুবী সিংহ (পণ্ডিত) লামায় ৩৬ তা চপা চানা হায়রি। মতাঙ অসিদা ঐখোয়না শোংপু হায়বিসি কাননো হায়বদু খঙদোক্লবা W. Mc. Culloch না ইবা Valley of Manipur' গী লামায় ৪২ দা য়েংসিঃ "In the koupoee is comprised two tribes, the Songboo and Pooeerom. Throught the hills

occupied by the Songboo. runs the Manipure road. passing through one village and close to several others. "Captain E. W. Dun, B.S.C. না ইবা "Gazetteer of Manipur" গী লামায় ২০৬ তসু শোংবু কনানো হায়বদু তাক্লি। "Songbu-A Sub-division of the Kaupui Naga tribes."

কৈরোই (ইথোকপা ঃ মোইরাংথেম ইবোতোম্বী য়াওফম 'শাগৈ শলাইরোল' অফোঙবা ঃ মণিপুর ষ্টেট কলা অকাদমী, ইম্ফাল, লামায় ১৬৭) দা ইরি ঃ "হাওবমদগী লাকপা ফুংগাদি কবুই হাওনে। মবুধৌদি ঙৌবা কৌএ। মচাদি খম্বা কৌএ। অসিদি ৱাংখৈ ঈশৈ হনবগী ফুংগানে।"

মোইরাংগী ৱারীদা নোংয়াই চহুই লৈরোংপানবগী মতমদা কেগে মোইরাংচা পূম্নমক পাওবী য়াইগী চাকথাক ওইদুনা পুন্সি লোম্বা তারক্লবদা চীংদা তোংবা কবুই তোম্বনা তমদা কূপ্নক্কুনা পাওবীয়াই হিংচাবগী থৱায় লৌদুনা মোইরাং পূম্নমক্কী য়াইবী কনবিখি।

'নিংথৌরেল লম্বুবা' (শিনথোকপা ঃ ও. ভোগেশ্বর সিংহ) দগী খঙবদি মৈদিংঙু ইরেংবনা খৃঃ ১০৭৪ দা নোঙ্গাখ্রবদা মাগী তালোয় হাওরৈমা তমহৈবীনা লৈখিদ্রবা মপুরোইবগী মূর্তি অমা কবুই হাওচোংবা নুংমুচাদা শাহনখি। মতাঙ অসিবু অসুম্না লাইরিকসিদা ইরি ঃ "লাইরেন মশাবী কায়নৌ ইরেংবনা অৱাং কোরৌ নোংগারবদা য়োইবু মশানো হাউরৈমা তমহৈবীনা লাইরেন মশাবিগী চেংলৌ শকপাল থোংবু শানচুগে পুনুং লেপ্পান থোং লৈৱাইগে হায়না মদাইরেম কপুই হাউচোং নুংমুচা কুলাউনশনচোং য়াননা পামেল মাইথা তৌনা লাইরেন মৈদিংহুগী চেংলৌ শক পানথোং পুনুং লেপ্পান থোংবু য়াইঙং শং চু য়েক য়োইবু কপনিদবিনা কপনি খিদে য়োইহৈ নুংশিবনা নুংশিংদখিদে। অসুম্না কবুই নুপা খূংশা হৈবা মাবু কুরাউনা মৈদিংঙুগী মূর্তি শাহনবদা মানখিদে, কপনিংখিদে হায়রি। অদুনদি লৈমা নিংথৌশিংনা য়েকপা শাবা মনাই কবুইশি ংলোয়নরে হায়বা তাক্লে।

মোইরাংগী খম্বা -খম্নুগী ৱারীদা কবুই সলাং মাইবা অমসুং শালাং মাইবীনা অচৌবা শরুক য়ারি। খম্বা-খম্নুবু চাউনবা য়োকখি। খম্বুবু শামু খোঙয়েৎপদা শিনীংচীৎতগী কবুই সলাং মাইবনা কলহৌখি। মোইরাং নিংথৌ পুরিক লাইনা মাবু কবুই শলাং অমনি হায়বা মিংথোনসি পীখিবনি। পুরেম্বগা কবুই সলাং মাইবগা

য়াম্না চান্নবা মরূপ ওইখি। কবুই সলাং মাইবী হেনবী খুৎকন পাঙ্গনবা ইমুংদা পোকপিনি, কবুই সলাং মাইবনা শৈদাংলকপা লুখ্রাবী মচা ওইবনা ব্রা কাঙথোকপা ঙমদনা লৈরম্বনি। অদুবু পুরেম্বগী মতেঙনা হেনবীনা ঈশিংখোংদা ঈশিং শোকপা লাকপদা শলাং মাইবনা হেনবীগী খুজেঙ পায়ুদনা চিংদুনা লৌখিবনি। খুলগী নিপাশিংনা তান্নরপদা পুরেম্বনা তারোন তা পায়ুদনা খৌশাদুনা চঙাং ঙম্বা ঐবু নখোয়না ঙম্লগা হাৎলো । হায়না থৌনা ফনা লেপ্লবদা চঙাং ঙবগী মিং তাবদা কিদুনা লোইনা হনখি। (মরুনুং রেশ্মৈনা ইবা জেলেংরোংগী ব্বারী শীংবুনদা য়ুম্ফম ওইবা)।

মোইরাংদা পুরিক্লাই চিংখু তেলহৈবনা পানবা মতমসি কংলাদা মৈদিংঙু থাংবী লাম্বাবনা পানবা মতম হায়বদি (খৃঃ ১৩০২-১৩২৪) অদুব্বাইগী ব্বারীনি।

‘পোইরৈতোন খুন্থোক’ ইথোকপা পণ্ডিত শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ লামায় ২০ দা পোইরৈতোন খুন্থোকপদা য়াওরকপা খোন্নলয় খরনা কবুই ওইখবা মতাঙবু সুম্না থারি ঃ ‘কবুই লমশাং ওইগদবা নখোয়দি চিনফি ফনেক সেৎলো, ফিন থজিন্দ শেৎলু লাইথাঙ চয়োম শান পায়দুনা চৎখ্রো।”

‘চৈথারোল কুম্বাবা’ ইথোকপাঃ লাইরেনময়ুম ইবুংহোহল সিংহ অমসুং নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহদগী কবুইগী মতাঙদা ইর্বাখরা লৌখৎচরি- “মৈদিংঙু মুংয়াম্বনা খাগোকপম প্রাঙাগী কুম শক ১৪৯৫ (খৃঃ ১৫৭৩) কবুই সামাখুন ঙমএ। লাদি অরেংবু ফায়এ। ... লোংলম্বুং খেনতোগী খুম শক ১৪৯৬ (খৃঃ ১৫৭৪) মৈদিংঙু মুংয়াম্বনা সামাখুন ঙমএ। লান্দি য়াঙম্বসুং মৈতৈ চোংসুং ২ মা ফায়এ।.. হৈস্নাম ব্বাকচিংগীকুম শক ১৪৯৯ (খৃঃ ১৫৭৭) কবুই লমদা লম য়েএ। ... হাওবম ময়াম্বগী কুমদি শক ১৫৩৭ ঘাতি হিথেনতা মৈতিংঙু খাকেম্পানা মংকন খুৎশম্নঙৈদা মোংপিচম য়ারা ফাখিএ। কুবই আসামনা ময়াং নাকয়ে হায়রৈএ। কবুই আসামবু লৌনবনে হায়না হাৎনরে।.. লাইশুবম চিংশোনগী কুম শক ১৫৬৪ (খৃঃ ১৬৪২) মৈদিংঙু খাগীঙম্বনা কবুই লমদা লময়েংএ। ... লংমাইথেম লোইজাগী কুম শক ১৬৪৭ (মৈদিংঙু গরিবনব্বাজ হাকতক) ইংঙা থাদা ঙাংবম কৈরুংবা লাফোংনা কবুই চিংশাংদগী হিয়াং চিংবা থুংলৈএ। ... শাদোকপম শাইপুগী কুম শক ১৬৫১( খৃঃ ১৭৩৯) ব্বাকচিং ২২ নি য়ুমশকৈশদা গুরুসুনিংথেমসুং কপুই নুংশাইনাপা চৎএ। ফাইরেন থাদা নুংশাই

নাবা থুংলৈএ। লান য়াম্না ফারকএ। শেনপুং শেনমন লোকলেকএ। ... অকোকমা গোবিন্দ্রামগী কুম সক ১৭০০ (খৃঃ ১৭৭৮) কালেন ৭ নি নিংথৌকাবদা স্নামহীগী মুর্ত্তি হৈএ। অদু নুমিৎতা কবুই হাওবু কাংচৈ শান্নহল্লে।"

মৈদিংঙু গম্ভীর সিংহ হাকতক্তগীকবুই লম ফাওদুনা নোংচুপলোমগী লমশিংগা চখোক-চৎশিন তৌনবগী খুদোংচবা হেনগৎলকপা মতাঙবু W.Mc. Culloch না মাগী Valley of Manipuri' সুম্না ইরিঃ "Since the restoration of the Mannipore dynasty and the subjugation of the Koupooes by the late Raja Gumheer Singh, these obstacles have been permanently removed. parties from two fo four Bangalees (probably the most timid race on the face of the earth) now cross from Cachar into Manipore throughout the year with the most security.....

**মরিং ঃ**

খৃঃ ১৯২৯ গী মীকোক থীবদা মীশিং, ২, ৩৫৫ ওইখি। খৃঃ ১৯৩১ অমসুং ১৯৫১ দা মীশিং ৪, ২৫১ অমসুং ৪,৯৪৭ ওইখি। খৃঃ ১৯৬১ গী মীকোক থীবদা ৭,৭,৪৫; খৃঃ ১৯৭১ দা ৯, ৮২৫ অমসুং খৃঃ ১৯৮১ দা মীশিং ১১,৯১০ ওইখি।

ত্রাইবেল বেঞ্চ মার্ক সর্বে ১৯৮৩- ৮৪) দগী খঙবনা সর্দর হিলস ইষ্ট (সাইকুল) সব - দিবিজন্দা য়ূমকোক ২৪৫ মীকোক ১,৪০১ লৈখি। চানদেল সব - দিবিজন্দা য়ুমকোক ২০১ মীকোক ১,১০৩ তেংনৌপল সব-দিবিজন্দা য়ূমকোক ১,৬৬৩ মীকোক ৯,১৬০ লৈখি।

মরিংশিংগী হৌরকফমগী মতাঙদা W.Mc. Culloch না মহাক্কী "An Account of Valleyof Manipur" দা অসুম্না ইরিঃ "The Murring was not long ago a mumerous tribe. It is now represanted by nine small villages. Amongst all the tribes we have yet noticed the Munniprees are spoken of as a younger branch of themselve, but the Marrings say the place of the origin of a portion of their tribe is the part of the Munnipore capital at present called

"Haoubam Maruk" and the another portion took their origin at Leishangkong, a village in the valley some seven or eight miles south of the capital". R. Brown না মহাক্কী "Statistical Account of Manipur দা মরিংগী ওরিজিনগী মতাঙদা অসুম্না ইরিঃ "The origin of the Murring is thus given by themselves . We originally came out of the earth near the eastern foot of the Hirok Range but in the Kabo Valley in the higher ground immedialtly under the hills at a place named Mungsa, Seven men and seven women thus emerged."

লুংফালোংনা কোনবা কামো তাংখুলসিংনা লাকপা মরেংফাইদগী মরিং কাংলুপ খরসু লাকম্বা য়াই তম্পাক ময়াদা তাবা মরিংশিং - Dakhanga না খুন্দারম্বা খুল থাবদা 'মোইরাংখোম' য়াওরি। অসিবা মীবু লৈবোল চানবদা শক্লবা ঈশৈ "Khi-ihoushun" হায়বসিদা থাবনি।

খুমনলোন্দা শেনবা মীমবগী মচা অহুম পোকই। অহল লাইকন দি লৈতংদা লৈখি, লইখা উচিব্রাদা লৈখি, মনাও তোনবা লাইফানা মরিং ওইখি। শেনবা মীমাব অসি লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী নুপী অতোনবী ৯ শুবী খয়োইরোন ঙানু থুমপীগী মচানি। পোকপগা খাইনদুনা মমানা মপাম খুমনদা চৎখিবনি। অদুবু মহাক্লা খুমনদা নিংথৌ ওইখি। (লংথবান লোন, শকোক লালেন অহানবা, চেকোঙদসু অদুম পল্লি)

মরিংদগী মৈতৈ ওইখিবা কয়া অমা য়াওরি। মতাঙ অসি 'কৈরোই' দা ইরি ঃ ".. নোংথোলবম দেৱানগী ফুংগাদি মরিং হাওনে। লাংপোক লাকপম খুরাই তাবা অমা কৈনৌ তাবা লাংপোকলাকপম অমা অনিমা অসিদি মরিং হাওনে।... তেংখনদগী লাকপা কাংঙুজমদি মরিংনে... ফোইজিং, চিংঙৈ তাবা শোইবমদি মরিং হাওনে।... য়েনখোইবা শেলুংবদি মচি খুলেন মরিংনে।.. নোংমৈকাপমদি- ---- নিংথেম পাখংবনা থৌগল ফংলে হায়দুনা লৌকৎপিলমলে। শামুরৌদা লৈবা য়াংলেমদি মরিংনে .. থৌবালদা লৈবা পুয়ামদি মরিং হাওনে .. ৱাইখোমদগী খাইবা নিংথৌজমদি মরিং হাওনে... থৌবালদা লৈবা ৱাহেংবমদি মরিং হাওনে।"

"পোইরৈতোন খুন্থোক' ইথোকপা, পণ্ডিত শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ, লামাই

১১ দা পোইরৈতোনগা লোনরকপা মীওই খরা তরাউ, মরিং খোইবুং ওইখিবগী য়াফম অসুম্না থারিঃ " তরাউ মরিং খোইবু ওইকাতৌবা নংদি নামাঙ ফিমু ফায়েৎনা শিঙতুম লুরোয় থেৎনা কোইনখিও।"

"লাইফাচেংনা লৈমা তানু পান্নদুনা উরেল হনবা, লংবা, অঙাংঙা অহুমমা পোকএ। উরেন হনবা মোইরাং থোকচোম ওইএ। মনাও লংবগী ঈ লাংতেন। চীংদা কাদুনা মরিং ওইখিএ। অঙাংঙাগী ঈনা মোইরাং অনৌবা মোইরাংময়ুম, লাইরেনময়ুম অসিনচিংবা য়ুম্নাক কয়া লৈখি।" ( য়াওফমঃ মোইরাথেম ইবুংঙোতোম্বী মৈতৈগী 'লৈসিরেম্বী' লামায় ৩৯)।

ইম্ফালদগী খারোমদা মাইল ৬ মুক লাপ্না লৈবা ঙাংলৌদা ফুনাল তেলহৈবগী তেন্না মৈদিংঙু তাউথিংমাংবু কাপখায়খি। তাউথিংমাং খৃঃ ১৮৬তগী খৃঃ ২৬৪ ফাওবা নিংথৌ ওইখিবনি। মাগী লম ফাওদুনা তুরেল তৌফদে হায়না ফুনাল তেলহৈবনা থিংবদু তাউথিংমাংনা ময়াম্বা য়োইমোইবা ফংনবা শমদুনা তুবৎ চৎনবা হোৎনরুবনি। মসিদা পল্লিবা ফুনাল "তেলহৈবা অসি মরিংনি হায়নৈ। E.W. Dun নসু ফুনাল মরিং খুল অমা থাবদা অসুম্না ইরিঃ " A Marring village on the hills east Sugunu south east of Manipur."

চৈথারোল কুম্বাবদগী খঙবদি মৈদিংঙু থংবী লাম্বুবনা শকাব্দ ১২২৪ (খৃঃ ১৩০২) দা মরিং নাএ, ঙমএ। লান্দি মরিং মনতোন থাঙ শাবা, থিংকারি নুপানবা, হাওনু লৈহৌবী, লৈহৌবা, খাংলবা লম্ফৌয়াং ফারকএ। মৈদিংঙু পুন্সিবনা শকাব্দ ১৩২৬ (খৃঃ ১৪০৪) দা মরিংদা লানখিএ, ঙমএ। লান্দি মরিং মপু মচন য়াকনা চানা লৈহৌবী তেংনা চানা হেনমোইবী মথংলেন শেন তাকলেন লুখোইবা লৈরাং শচিবা ফারকএ। মৈদিংঙু খাগেম্বা শক ১৫২৭ (খৃঃ ১৬০৫) তা মরিং খুতৈ নায়এ। শক ১৫৪৬ (খৃঃ ১৬২৪) দসু মরিং খুতৈ, কাংওই (Kangoi) ঙমএ। শক ১৫৪৭ খৃঃ ১৬২৫ মরিং য়াওতৌসু মচিসু ঙমএ। শক ১৫৪৮ (খৃঃ ১৬২৬) মরিং তংকংসু মচিসু য়াওতৌসু ঙমএ। তংকংদগী ফানজাও চিংএ। শক ১৫৪৯ (খৃঃ ১৬২৭) মরিং খুনবী, কারোংথেন, লমলোং অমসুং কাং ওই খুন ৪ মা খোমদুনা ঙাপ্রম লিংএ। শক ১৫৫১ খৃঃ ১৬২৯ লমলোং, খুদৈ, লম লোইএ। শক ১৫৫২ খৃঃ ১৬৩০ মরিং ঙম্বগীদমক মৈদিংঙু খাগেম্বনা অঙম্বা ৮ মা অয়াম্বা য়াওনা নীংখম ফুরীৎ লৈরেন লৈচাউ শীংনদুনা য়ু থকনৈএ।

শান্তিদাস গুরু অমসুং মৈদিংঙু গবিবনিব্রাজ ২ মানচিংনা মরিং নাবা চৎএ। খুনপুসুং, লমলোং, কাবোংথেনসু মচিসু চাইখাই। খুনপিগী খুনয়ায়দা কিয়োং (লাইশঙ) অমা শাইএ। লাল অচঙবা ৪ অশিবা ৫ ফায়এ।

আর ব্রাউন্না মহাক্কী "Statistical account of Manipur" দা ইরি ঃ "About thirty two years ago, when Nursing was raja, they were oppressed and ill-trieated by the Manipuris, which caused them to leave the country and taken refuge in Burma, but lately they are returning, the policy of the Manipur Govt. having changed in regard to them and the Kabow Valley. towards which the majoirty had fled, being tothem unhealthy and the measures of the Burmese being also oppressive, they are coming back in numebrs.

মরিং জাতিগী মনুং চনবা খুল অহুম য়োংখুল, সাইবোল অমসুং নারুম, সাইবুনা হায়বা কাঙলূপতা চিংবা খুল অহুমসিগা তাংখুলগী খুল নম্বশি অমসুং কাশুং অসিগা লোল মান্নবা অমসুং চারৌ-মরৌনবা তৌই। অতৈ লুংফালোংনা কোনবাখুল অতৈগসু নুপামচা নুপীমচাশিংদা কৌগদবা মিঙৌনচিংবা লোইনা মান্নে। ব্রাহে-ব্রাতাসু মান্নবা য়ামনা লৈ।

মরিং খুলশিংগী মনুংদা খোইবুম মরিং খুল অসি মৈতৈগা য়াম্না নক্করম্মী হায়বসি য়ুংলম্লিবা লাইরিক ইবা নুংশিং অসিনা তাক্লি। হায়রিবা নুংশিং অসিদা সমৈরাং (খৃঃ ৪২৮-৫১৮), ক্যাম্বা (১৪৬৭-১৫০৮) পাইখোম্বা (১৬৬৫-খৃঃ ১৬৯৭) অসিনচিংবা নিংথৌশিংগী মমিং ইরম্মী।

"লোয়য়ম্বা শিনয়েন" সম্পাদক শ্রীখুলেম চন্দ্রশেখর সিংহ লামায় ৮৯/৯০ দা ইরি ঃ "মরিংগি পোৎনাদি লোইচাউতা কুমনা পোল মা, কুম অমদা য়োৎ অনি কুম অনিদা য়োৎ অহুম নায়ে। কুম অহুমদা য়োৎ মরি নায়ে। কুম মরিদা য়োৎ মঙা নায়ে মী অনিনা লৌই।.. মেরাদা পোলকি মতুংইন্নপা পোল মনুংদা থাং হাপতানা কাংলে। হৈমাং, পোললাং কৎলে। থাং অমা থেৎলে, ফিমুনা য়োমই। হামেং চাওলেন কৎলে.. হৈরাপোল, সিংখা কৎলে... মহারাণীনা মচা পোকপাসুং অসিনে; খুলনা মুরোক পোল মঙা কুমনা পোল মঙা, য়োৎপুল অমা

নায়ে।.. খোইপুদি পালচি অমানা কুমনা পোল অমা ল্যাশিং পোল অমা কুমনাগি ফক পাউতম মঙা লাশিং ফক পাউতম মঙা লোইমল থৌই। সিতেক য়িয়েং ফমপাল নাএ। শকাই য়িমচাউ সারাবগা সেরি সেচাও কৎলে। হৈরাপোপ কৎলে।"

খোইবুং মরিং খুলগী ওইনা থায়নদগী লৈরকপা ব্বারীদা মৈতৈনা খ্বাইগী অহল মরিংনা ময়াম অমসুং তারাওনা অতোনবা মচিন-মনাওনি হায়।

মৈতৈগা অব্বাগা শোকন্নবা লানফম কয়াদা মরিংশিংনা মৈতৈগী মীচঙদা লৈখি।

খৃঃ ১৯৪৭-৫০ অদুব্বাইদা লৈরম্বা খুলমী য়ুনিয়ন্দা মরিংসু য়াওরম্মী। মরমদি মখোয়গী পারী-পুরীগী ওইবা থাজনবী ব্বারীদা মখোয়সু Cave তগী Kulvi Song-song দগী লাকপনি। শন্দং অমনা কেভ অদুবা খুন্নিবা rock দু ঈম্থোকহনখি। থোরকফম ময়াদা কৈ অমনা 'Lham luwa/'Sob' না লৈবনা মী অমতা থোকপা ঙমখিদে। অদুদগী Likshi (Glass) না শাবা তানা থিনদুনা হাৎপগী মী ময়ামদু থোরকখি।

অঙ্গামী ঃ

মণিপুরদা অঙ্গামী মশীং অসি খৃঃ ১৯৫১ গী মীশিং থাবদা ৩৫৬ ওইখি। খৃঃ ১৯৬১, ১৯৭১, অমসুং ১৯৮১গী মীশিং থীবদা মথং শীৎনা মীশিং অসি ৬৩২,৭০ অমসুং ৫৬৬ ওইখি।

খৃঃ ১৯৮৩-৮৪ গী ট্রাইবেল বেঞ্চ মার্ক সর্বেদগী খঙবদি কাংপোকপী সব-দিবিজন্দা য়ূম্নাক ২ মীশিং ৯ লৈখি।

অঙ্গামীশিং অসি কদোমদগী লাকপনো হায়গী মতাঙদা তোঙান তোঙানবা মোৎ কয়া লৈ। Major Gen, Sir James Johnstone নদি মখোয়সি তিব্বেতলোমদগী ওইরম্বা য়াই হায়না মহাক্কী Manipur and Naa Hills' তা ইরি। 'The probability is, that they came originally from the south -eastern corner of Thibet" R Brown নদি অঙ্গামী লামদা লৈবা পাৎ অমগী ময়াদগী মীওই অহুম থোক্লকখিবনি, মসিদগী কছারী, অঙ্গামী অমসুং মাও ওইখিবনি হায়না অঙ্গামীশিংনা হায়নৈ হায়ুদনা মহাক্কী 'Statistical Accout of Manipur দা ইরি। "Their origin is given by themselves thus : There is a Jheel situated in the Angami country, from this

Jheel three men emerged, one remained in the country and became an Angami, one went towards North Kachar and the remaining one towards Manipur. Thus were formed three tribes of hill men Kachanima, Angami and Mow. " Hokishe Sema না মখোয়সি Khezaenoma হায়বা মণিপুর boundary মনাক্তা লৈবা চাকেশাংশিংনা খুন্দাবা বোর্দর ভিলেজ অমদা হান্না লৈরম্বা য়াই হায়না মহাক্কী 'Emergence of Nagaland' হায়বা লাইরিক্তা ইরি। "Other tribes like the Ao, Lotha, Sema , Rengma, Angami and the Chakesang came through the South East via the East and north of Manipur and then to Khezakenoma, Khezakenoma appears to be an important palce in the mirgration route of these tribes. all these tribes have references to their having emerged fromthe magic blessed stone of Khezakenoma Perhaps they may even have lived here for many years before moving on Khezakenoma is a border village of Chakesang near Manipur "

মৈদিংঙু গম্বীর সিংহনা অঙ্গামীশিংনা খুন্দাবা কোহিমা অমসুং অতৈ খুঙ্গং কয়া খূদুম চনবা মতাঙবু চৈথারোল কুম্বদা অসুম্না ইরি ঃ "ফাইরেন থাদি নিংথৌকাবনা হনএ। অদু নুমিত্তা খিপুমৈ থুগাইদুনা লাল ৭ চংনা ফায়এ। হাও য়াম্না শিএ। খুন অদুদা থা ১ লৈএ। ৩ নি শগোলসেন্তা উপি তোনমৈনা শন ১০০ লোই হারৈএ। ৬ নি নোংমাইজিংদা খিপুমৈতগী মচাইবুংঙো ম্না য়াইমা জযবীরসিংহ যুবরাজনা তেখাও য়ৌখিএ। ৮ নি লৈপাকপোকপদা খিপুমৈনা খুন চঙচকে হায়ুদনা শন ১০০ লোই হারৈএ। ৯ নি য়ুমশকৈশদা ঙামৈ খুনো খুলেন ২ না ঙাখুনো খুনলেন ২ মা খুন ৪ না শন ১০০/১০০ লোই হাগে হায়দনা থোইদিং পোন ১০০ কৎতুনা হায়চৈএ। ২১ নি নোংমাইজিংদা ফাইরেনগী সংক্রন্তি ওইএ। ২৫ নি শগোনশেন্ত শ্রীমৈদিংঙু চীংলেন নোংদ্রেখোম্বা মহারাজনা খিপুমৈগী ঈশিখোং পুখ্রী মপান্তা খুতা ১ নঙমঙা ১ নুং ২ মাতা খুতাতা শ্রীমহারাজগী খোংকুন য়েকএ। নমঙাতা নোংশা শনতৌ ২ য়েকক্তুনা ইরোই ১ হামেং ২ ব্রোক ১০০

অসি যাওতনা হাওখুন পুম্মক্কা শ্রীমহারাজনা নূং হোংএ। অদু নুমিত্তা মেরা মেচমৈ ১ তোনলোই চামৈ ১ পিৎতেমৈ খুনৌ খুলেন ১ উতুব্রাশামৈ ২ ব্রাথমৈ ১ খিশামৈ ১ হাওখুন ৬ মনা শন ৬০০ লোই হারৈএ। লমতা থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। ২ নি শগোলশেন্দা শ্রীজয়বীর সিংহ য়ুবরাজনা তখোওদগী হল্লকপা খিপুমৈতো থুংলৈএ। ৩ নি ঈরাইদা শ্রীমহারাজনা খিপুমৈতগী হল্লকএ।" হায়রিবা মতাঙ অসিবু James Johnstone না অসুম্না ইরি ঃ " Ghumbeer Singh reduced serevel villages to submission including the largest of all, Kohima, at which place he strod upon a stone and had his foot prints sculptured on it in token of conquest. This was set up in a prominent position, together with an up right stone bearing carved figures and an inscription." হায়বিবা নূং অসি হৌজিক্তি কোহিমাদা লৈবা নগালেন্দ ষ্টেটকী ম্যুজিয়মদা থমখ্রে। অদুবা মতম অমদদি নাগাশিংনা মসিবু য়াম্না লুনা তৌরম্মী হায়না James Johnstone না ইররম্মী ঃ The Nagas greatly respected this stóne and cleaned if from time to time"

য়ুংলল্লিবা নূং অসিগী মতাঙদা 'নিংথৌরোল লম্বুবা' (জেনেবেল এদিতর ঃ দা হাওবম বিলাসিংগী দেবী লামায় ১৯৩ দা অসুম্না ইরি ঃ " হয়েং তুংদা লাক্কদবা মমিং চৎলগদবা নুংঙাই-য়াইফনা পাল্লকদবা চীংমীশিংনা কাউদনবা মৈতৈ লৈবাক্কী ঙমখৈনি খঙনবা নিংথৌ ঐগী খোঙ্গুল নুঙদা হক্কগা নুঙ অমদা অথোইবা শা নোংশা তোপ্না য়েক্কুনা চীঙমীশিং হাও লাম্মীশিংসু য়েক্কুনা থল্লগা... চীঙ মবুধৌ পুরৈ কৌবনা নাইতোন তোংঙান্না তাবা চীঙদোমপোকপু মখুৎ খুৎশা ১০ মক লোন্নদুনা হন্না হন্না খুকমজরম্মী।"

অঙ্গামীশিংনা মৈতৈবু য়াম্না ব্যবহার লৈনা লোযনবম্মী। মতাঙ অসিবু James Johnstone না অসুম্না ইবম্মী ঃ "Whenever a Manipuri visited a Naga Village he was treated as a honoured guest, at a time when a British Subject could not venture into the interior without risk of being murdered. Even upto the Naga

Hills compaign of 1879-80 the Nagas regarded Manipur as the greater power of the two, becaused her conduct was consisted, if she threatened, she acted orte British subject after another might be murdered with impunity, but woe betide the village that murdered a subject of Manipur. A force of Manipuris was instantly despatched, the village was attacked destroyed and ample compensation exacted. The system answered well for Manipur, many of the Naga began to speak Manipur, and serverel village paid an annual tribute."

মৈতৈশিংনা অৱাংগী ঙমখৈ অসি কোহিমা ফাওবনি হায়দনুতা লাকই খৃঃ ১৮৭১ দা বাউন্দরী দিমারকেসন চৎপদা থাঙ্গাল মেঞ্জরনা কোহিমানা অৱাংগী ঙমখৈ ওইগদবনি হায়বা মতাঙ অমা চৈথারোল খুম্বাবদা ইরিঃ... বরুন কমেশোন্না হায় মৈতৈফমগী তুরেন্না চেম্থবনো মখেংগী তুরেন্না অৱাংলম চেনখৎপনে অসিদা য়েন্নসে য়াবরা হংএ। কাংঙবা মেঞ্জরনা খুমএ মৈতৈগী ঐখোয়গী লমদি থিবোমৈ মখৈনৈ য়ারোইয়ে হায়না খুম্নবদা অদুদগী য়ানদদুনা সাহেব ৩ মসু হনখরে। মেঞ্জরসু হল্লকএ । "13th Wednesday Wakching 1871, Kangba Major and Mr. Brawn with 3000 sepoys went to the North to settle boundary there 9th Fairal (Feb.) Monday 3 Shahebs arrived at the foot of Kadimi and Tangma. They infomred Kangba Major tthat one officer had gone to the source of Jiri River. 11 Wednesday the 5 Shahebs on on their return to Makhel told the Kangba Major to include Maitafam in the territory of Manipur, the Major refused their proposal and claimed upto Thibomi (Kohima) the Shabebs disagreed and returned (the Lost Kingdom-edited by L. Joychandra) ১৮৫০ মার্চতা অঙ্গামী লমদা এক্সপেন্দিচর চৎখিবা Lieutenant Vincent নসু অঙ্গামী কাঙলূপ অমনা মৈতৈশিংগী মীচঙদা লৈ হায়বসি হায়রম্মী। " He showed that in every angami village, there were two parties, one

attaced to the interest of Manipur and the other to the British... Even now though aid was not openly given by the Raja, no doubt Manipuris helped the tribes and were found inthe hills from time to time the attacks on our villages, so far as could be traced, were always made by the Manipuri factions."

খৃঃ ১৮৬৬ তা নাগা হিলস দিষ্ট্রিক্ত শেম্বদগীদি বৃটিশশিংনা অঙ্গামীগী লমশিংসি হায়রিবা দিষ্ট্রিক্টসিদা য়াওশিন্নবা হোৎনখি। অসুম্না ১৮৭২ জুলাই য়াৎকিবা সিমানাগী ওমখৈদা অঙ্গামী খুঙ্গংশিং মণিপুরদগী লৌথোকখি। মতাঙসিবু আর ব্রাউন্দনা অসুম্না ইরি ঃ "The Manipuri Govt. it should be mentioned, has been but lately deprived by the British Government of all control over the Angami. Naga Tribes, a ratification of boundary having been deemed nesessary, which excludes them from Manipur Hill Territory." অদুবু মণিপুরীশিংনদি ইয়া য়ানীংখিদে। অদুবু খৃঃ ১৮৭৮ দগীদি অৱাং সিমানাগী য়েৎনবা অসি নমফুদা অদুম লোইশিনখ্রে। মতাঙসিবু জেমস জোনস্থোননা অসুম্না ইরি : There was a long standing boundary dispute between Manipur and the Naga Hills, Manipur claimed territory which we certainly did not possess, and which she had visited from time to time, but did not actually hold in subjection, Other portions, as I afterwards proved, were accupied by her, though the fact had not been ascertaiend. Over and over again efforts had been made to bring the Durbar to terms, but without success. I determiend to grapple with the question at once. I took a map and drew a line including all that I thought Manipur entitled to, in the neighbourhood of the Naga Hills, and advises the Maharaja to accept the arrangment. On the understadnign that when I visited te country claimed further easward, I would recommend the governemtn of India to allow him to retain.

All that he actually held his posession. This was agreed to by him and confirmed by goverment, and I belive that substantial Justic was done by both parties.

I should like to have been Manipur get more, as a set off against our unjust treatment in fomer years, but as we were sure eventuallyto occupy all the Naga Hills, it was necessary to make such an adjustment as would not injure British interests in the future".

সুক্তে ঃ

সুক্তে অসি মণিপুর সরকারনা শকখঙবা ত্রাইব ৩৩ গী মনুংদা অমনি। মিজোরামদদি Tawng Hrangte হায়বা ক্লান অমগী সব-ক্লান অমা ওইনা শক তাকশ্রে, মীজো ওইশ্রে।

খৃঃ ১৯৭১ অমসুং খৃঃ ১৯৮১ গী মীকোক থীবদা মথং শীংনা শীংনা মীশিং ৩ অমসুং ২৮৩ লৈখি। খৃঃ ১৯৭১ অমসুং খৃঃ ১৯৮১ গী মীকোক থীবদা মথং শীংনা মীশিং ৩ অমসুং ২৮৩ লৈখি।

খৃঃ ১৯৮৩-৮৪ গী ত্রাইবেল বেঞ্চ মার্ক সর্বেদা সিংহাত সব- দিবিজনদা য়ূমকোক ১০ মীকো ২০৫ লৈখি।

সুক্তেশিংনা লৈবা মফমসি কামহাও কৌরম্মী অদুনা মখোয়বু কামহাও/ মকামহাও হায়নসু খঙনরম্মী। মণিপুরগী ওমখৈ হেক ঝামদা মনীংতম্না লৈরম্বনি।

মতম অমদা মখোয়না খম্বাত ঝুনদা খুৎলায় পায়বা সিফায়শিং পীদুনা মণিপুরগী মায়োক্তা লান্দাশিনবদা মতেঙ পাংলম্মী অদুবা মমৈথংদদি মখোয়না মদুম্না তৌবদু তোকখি। মতাঙসিবু Captain E. W. Dun না খৃঃ ১৮৮৬ তা ফোঙবা মহাক্কী' Gazetter of Manipur" দা অসুম্না ইরি ঃ " At one time, the Suktis used to furnish armed men for the assistance of the Khambat Wun, but this arrangment has long since been discontinued of late years, they seem to have shown less disposition to annoy the subjects of Manipur and they would not be likely to interfere with the passage of any force across

the Yumadoung range of hills.

সুক্তেশিংনা মীওই ২০০/৩০০-না শাবা লাম্মী পুদুনা অহীং অথেঙবদা ঙমখৈদা লৈবা খুলশিংদা লান্দশিনদুনা লুট পাৎ তৌরম্মী। নুপী-অঙাং য়াওনা লানফা ফাদুনা পুখি। অসুম্না ফাদুনা পুখবশিং অসি চিতাহোং অমসুং আরকান্দা মীনায় ওইনা য়োল্লোকখি। মণিপুর অমসুং অৱাগী ৱায়েন থৌদাবা কাঙবুনা লাকশিন্নবা হোৎনবা কয়া মায় পাক্লমদে।

খৃঃ ১৮৫৬ তা মৈদিংঙু চন্দ্রকীর্ত্তিনা তোয়না লান্দাশিনবা অসি তোকখিনবা সুক্তেশিংদা লান্দাশনখি অদুবু কয়া মায় পাকখিদে। মতাঙসিদা এল জয়চন্দ্রগী The Lost Kingdom' দা অসুম্না ইরিঃ 19th Poinu (Dec,) the Maharaj set out for Akhamhaw expedition. 7th Wakching (January) the Maharaj appeared in the field. 19 Sepoys were wounded and 11 died in action. 220 Guns. Dolais, the Maharaj's sword and Umbrella and eatable things were all lost at the time of crossing the river. 50 Nagas (Haos") carrying ration were killed and all the Nagas (Haos/) ran way without any food. 24th Monday the Mahrajraj returned from Kamhaw expedition after an absence of 39 days. The Maharaj performed Sharadha Ceremony for all who died in the expedition Rs. 23/-was fined for each gun left in the expedition Thangbal Loi was given to Chirom Partha Singh and Hawbam Major. Royal clothes, golden bangles and necklaces were given to Longjamba Potsangbam Hangba and Litonchandra Singh Subedar."

মতাঙ অসিবু A. Machenzie না মহাক্কী 'The North-East Frontier of India' দা অসুম্না ইরি : " In 1856 they (Suktes) committed a serious outrange on a hill village in Manipur territory. The Maharaj resolved to punish them for the outrange and in January 1857 sent on expedition 1,500 strong against them.

He was so impressed with the importance of the operations of the expeditions being brought to a successful issue that with the object of encouraging his force, he accompanied it in person. It nevertheless ended in the disgraceful flight of the Manipur troops."

সুক্তেশিংনা খৃঃ ১৮৫৯ দা শুগ্নু মনাক্তা লৈবা হাওকিপ খুল অমদা লান্দশিনদুনা খুঙ্গংদু মৈ থাখি, মীওই ১৫ গী লুরেল পুখি, নুপা-নুপী অমসুং অঙাং ৪৫ ফাদুনা ফুখি। অতোপা সাইতোল খুন্দসু লান্দাশিনদুনা খুল মৈ থাখি, অদুবু ফাখিবা হাৎখিবদি য়াওদে। অসিগুম্বা লান্দাশিনবা অসি থিংনবা মফমদুব্রাইদা থানা হাংখি।

খৃঃ ১৮৭৫ ফেব্রুয়ারী ১৯ দা মণিপুরনা সুক্তেশিংনা লান্দাশিনখি। মতাঙসিবু চৈথারোল কুম্বাবনা অসুম্না ইরি ঃ "১০ নি নিংথৌকাব (১।২।১৮৭৫) শৌগাইজমদা মেঙ্গোর কাংঙমচা মেঙ্গোর ২ মানা অকাম হাও নাবা চৎলে। .. ২৯ নি থাঙজদা (৬/৩/৭৫ ) অকাম হাওগী তেঙ্গোম্নুংদা শজি ১ চেনিশিল্লকুনা ফায়। তুলিনহাগী তেঙ্গোন্দনে। অথোকপা সুবিদারদা অকাম হাওনা কমশোন নিংথৌগী মতু -মচা পিরকএ। ...৯ নি য়ুমশকৈশাদা ১৪/৪/১৮৭৫) শৌগাইজাম্বা মেঙ্গোরনচিংবা মীয়াম থুংলৈএ। লাল ফারকপদি ফাবকপদি কাইকোন ১, থিংজিলুপ ১, নোংয়া নিথৌ ১-৩ ফারকএ।"

এক্সপিদিসন অসিগী মতাঙদা মিষ্টর আরব্রাউন্দা পোলিকিতেন এজেন্টনা লনাই ওইনা থিজিনবদা নাকল অনীমক্লা নোংমৈ কাপ্নখিদে। মসিগী মতাংদা A. Mackenzie না ইরি ঃ He found that so far as his informants knew, some of whom were with the force, not a shot was fired on mombee, each party seeming to be afraid of te other, and he remarked that the sooties were not likely to be deterred committing further raids of Manipur territory from any fear of the Manipur troops."

A Mackenzie না মখা তানা অসুম্না ইরি ঃ " The Political agent reported that during the year 1876-77 the condition of affairs

between Manipur and the sooties had been in a most unsatistactory state. Matters had drifted and no real attempt had been made to arrive at a satisfactory undertaking." মণিপুরীগী খোংজাইশিনু সুক্তে খুন্দা লান্দাশিল্লুবদগী সুক্তেশিংনসু লমন শিংবা ওইনা মণিপুরগী খোংজাই খুন্দা লান্দাশিনবসু য়াওই। অসুম্না মে ১৮৭৭ তা সুক্তেশিংনা লান্দাবা লৈখি।

খৃঃ ১৮৭৭-৭৮ দদি সুক্তেশিং অসি মীওই ২০০০ মুক মণিপুর মহারজা চন্দ্রকীর্ত্তিদা চঙজরককি। মৈদিংঙুসিনা মখোয়বু মোইরাং মনাক্তা হৌজিক্কী চুরাচানদপুরদা খুন্দা -লৈতানা লৈহনখি।। " Parties to the number of over 2000 person beloging to the sooties migrated during the year 1977-78 into Manipur Territory, where they settled down on lands assigned to them by the Maharaj inthe neighbourhood of Moirang to the south -west of the valley. The Political Agent was visited by the chiefs of the immigrants who expect the number to be increased this year. Golonel Johnstone considered this immigration important. The Sooties weakened by the loss of 2000 of their number and with the early prospect of losing more, will be less formidible to Manipur." অদুবু লাক্লিবা মীওইশি ংঅসি সুক্তে লোইমনক্তি নত্তে, মখোয়না লাক্লিবসি শান্তি ওইনা হিংবা পাম্বদগীনি। "The new comers are mostly not actually of the sooties tribe but are reported to belong to a helot race living inthe villages of their own among the Sooties. Their object in leaving the country was simply to find a place where theymust live in peace & security." (A Machenzie)

সুক্তেশিংনা খৃঃ ১৮৭৯-৮০ দা মণিপুরগী ঙমখৈদা তোয়না লান্দারকখি। "ফাইরেন থা ৩ নি থাঙজদা অকাম হাওনা শুগুগী মী ৫ হাৎখি।" (চৈথারোল কুম্বাবা) অদুম ওইনমক সুক্তে অয়াম্বদি মণিপুরদা লাক্তুনা খুন্দা -লৈতাদুনা লৌউ-

শিংউ তৌদুনা লৈখি। খৃঃ ১৮৮০-৮৯ দদি শুক্তেশিং অসি মণিপুরগী ঙমখৈদদি থোইদোকপা ঈরাং তৌরকখিদ্রে। খোংজাই অমসুং হান্না খুন্দা লৈতানা লৈক্লবা সুক্তেশিংনা মণিপুরগী ঙমখৈদা লৈবা ঈরাং তৌবকপা অসি থিংখি।

খৃঃ ১৮৮৫ দদি মখোয়সি পোইশিংনা য়াম্না কন্না তকশিল্লকখি অদুনা মণিপুরগী নিংথৌ দা মতেঙ পাংবিরক্লবা হায়জরককি। মতমদুদা সুক্তেগী খুল্লাকপা অসি য়াতোল হাযবা অমনা ওইরম্মী। মখোয়না মণিপুবদা চঙশিল্লকপা তোয়রকখি।

লাইবক থীবদি মতম অমদা য়াম্না খৃৎকন-পাঙ্গনবা কাঙলূপ অমা ওইরম্বা সুক্তেশিংনা ঙসি মরোমদোম লেপচবা অমসুং শকতাকপা ঙম্লক্তবা অসিনি।

**রালতেঃ**

রালতে অসি মণিপুরগী শকখঙলবা ত্রাইভ ৩৩ গী মনুংদা অমনি। খৃঃ ১৯৬১ গী মীকোক থীবদা বালতে ৮০ লৈখি; খৃঃ ১৯৭১ অমসুং খৃঃ ১৯৮১ দা মথং শীংনা ১৫৪ অমসুং ১০৭ লৈখি। খৃঃ ১৯৫১ দা বালতে লোল ঙাঙবা মীওই ২৯ লৈখি। খৃঃ ১৯৮৩-৮৪ গী ত্রাইবেল বেঞ্জ মার্ক সর্বেগী মতুং ইন্না মণিপুবদা রালতে হায়না শকতাকচবা মীওই অমফাওবা লৈতে। চহী খবগী মমাঙধা মুতুব্রা ম্যুজিয়মদা পাঙথোকখিবা সর্বে অমদসু রাতলে হাযনা শক তাকচবা মীওই লৈখিদে। মিজো ওইনা শক তাকচখ্রে।

খৃঃ ১৯১২ দা জে সেক্সপিয়াবনা মহাক্কী Lushei Kuki clan দা বালতে অসি "Clan which though not absorbed have been much influenced by the Lusheis' হায়না ইবম্মী। মখোয়না লুসাই ওইনা Absorption পামদে হায়রম্মী।

অদুবু A.W. Davis না মহাক্কী Gazetteer of the North Lushai Hills (1915) দদি রালতে অসি মিজোগী সব- দিবিজন অমা ওইনা ইরম্মী ঃ " The General term that includes all inhabitants of the North Hills, except Pois is 'Mizo or ' Mizau' of which the principal sub - divisions are as follows: (1) Dulein or Lushei ( 2) Mhar (3) Ralte (4) Paihte.

হৌজিকি রালতে অসি মিজোবামদা মিজোগী ক্লান অমা ওইনা মিজো ওইনা

শক তাকলি। Khelte, Siakeng, Lalhchhun অমসুং Kawlni অসিনা সব- ক্লান ওইনা লৈ। মিজোরামদা খৃঃ ১৯০১ দা রালতে ১৩,৮২৭ লৈরম্বদু খৃঃ ১৯৬১ দা রালতে ওইনা শক্তাকচবা অমতা য়াওখিদে, লোইনা মিজো ওইনা শক তাকখ্রে।

থায়নগী থাজনবী ৱারীদা Hehua অমসুং Leiphupi হায়বা নুপা-নুপী অনীসিনা Chhinglung দগী থোক্লককখিবনি। মখোয়গী মচানুপা Khelte অমসুং Siakeng অনীসিদি মপা -মপানা থল্লম্বা সম্পতি অদু মুন্নরম্মী। খেলতে হায়বা মনাওনুপা অসিনা সম্পাতিদু ফংখি ; মখোয় খুল তোঙান তোঙান্না পানখি। Lutmange হায়বাখেলতেগী মচানুপা অসিনা উরী মখল অমদগী ইহান হানবা ওইনা ফি সাবা হৌখি। চম্ফাইগী অৱাংদা লৈবা Khuazim হায়বা মফমদুদা মাগী কাঙলূপ খোমদুনা লৈখি। অসুম্না খেলতেদগী রালতে চিফ অসি মথং মথং লাকখি।

মণিপুরদা রালতেশিংনা মিজো ওইনা শক তাকচখিবগা লোয়ননা ফিজেৎ চাকচেৎ, কলচর অমসুং ত্রেদিসন অমসুং কষ্টমনচিংবা লোইনমক মিজোগা মান্নখ্রে। মণিপুরদা ত্রাইব ওইনা শকখঙলিবা রালতে, মিজোরামদা ক্লান ওইনা লৈখ্রে। খৃঃ ১৯৬৭ তা রালতে অসি সেদ্যুল ত্রাইব লিষ্টতগী লৌথোক্লবা হোৎনখি অদুবু মায় পাকখিদে। চুরাচান্দপুরদা রালতেরন (রালতেফিলেজ) দা লৈরিবা মীওইশিংবু রালতেনি হায়খিদ্রে।

১৯ শুবা শতাব্দীগী অহানবা হৌরকপদা রালতে খুঙ্গংশিং অসি চম্ফাই মনাক্তা লৈরম্মী । Mangkhaia হায়বা মমিং চৎপা রালতে চিফ অসিগী মোংফম চম্ফাইগী থা থংবা ঙমখৈদা লৈ মদুদা মোংফমদা য়ুংবা নূং অদু মমিং চৎলি।

রালতেশিং অসি মমৈথংদদি সাইলো চিফ নৎত্রগা থাদৌ চিফকী মখাদা লৈরকখি। মখোয়গী মরোল অসিসু থাদৌগা খরা মান্নবা লৈ। সাইলো চিফ ওইরগা প্রজানা রালতে ওইবা নোথর্ন ভিলেজ অমদা চিফ অদুসু রালতে মরোল ঙাঙঙি হায়ুদনা এ দব্লিউ দেভিসনা ইরম্মী। রালতেশিংনসু লুশাইমরোলসি খঙঙি অদুবু য়ানা খুৎলোয়না ঙাঙবদি ঙমদে হায়।

জে সেক্সপিয়ারনা অসুম্না ইরম্মীঃ " The Ralte joined Sutmanga, a Thado chief then at Phaileng who treated them well.

Thawnglura, son of Mang thawngna showed his gratitude to Sutmanga by assisting the sailo chief Lalliangringa. father of Gnura (Mullah) whose village colnel Listen burnt in 1850 to attack him. Sutmanga then fled northward. It is satisfactory to know that Thanlura's treachery was rewanded by the enslavement of his clan who till our occupaiton of the hills remanied vassals of the sailos".

রালতেশিং অসি করম্বা মতমদা মণিপুরদা চঙলকপনো চপ চাবা হায়বা ঙদে। লুশাই নৎত্রগা থাদৌগা পুন্না চঙমিন্নরম্বা য়াই W. Mc.Colloch (1835) R. Brown (1873), E. W. Dun (1885), T. C. Hadson (1890) না ইরম্বা লাইরিকশিংদা মখোয়গী মরমদা ইরমদে।

রালতে অসি ১৯৩১ গী সেন্সসতা কুকী ক্লান গ্রুপকী সব -গ্রুপ অমা ওইনা নোথর্ন চিন গ্রুপ্তা চিংলম্মী. রালতেনশিংসু পাইতেগুম্না মশম শাংনা খাক্লগা লূখমদা পুল্লম্মী।

**কাচ নাগা ঃ**

কাচা নাগা হায়রগা মণিপুরদা জেমৈ অমসুং লিয়াংমৈবু পূন্না খঙনৈ। মণিপুরদা কাচা নাগা অসি শক খঙলবা ত্রাইব ৩৩ গী মনুংদা চল্লি। নাগালেন্দদদি খৃঃ ১৯৬৩ দা মপূং ফাবা ষ্টেট ওইবদগী কাচা নাগী মহুত্তা জেলিয়াং হায়বদি জেমৈ অমসুং লিয়াংমৈ সব-ত্রাইব অনীসিনা পূনশিনবা মিংসিনা মহুৎ শিনখ্রে।

খৃঃ ১৯৬১ গী মীকোক থীববদা কাচা নাগাগী অপূনবা মশীং ৯৭৩৪ নি খৃঃ ১৯৭১ অমসুং ১৯৮১ গী মীকোক থীবদনা মথং শীংনা ১৩,০২৬ অমসুং ১২,৬২২ ওইখি।

খৃঃ ১৯৮৩-৮৪ গী ত্রাইবেল বেঞ্চ মার্ক সর্বেদা লিয়াংমৈসি তমেংলোং ব্লেষ্টতা য়ূমকোক ১৭৩ মকোক ১১৯৩, তমেংলোমদা য়ূমকোক ৪৩৮ মীকোক ২৫৭৫, তমেংলোম নোর্থতা য়ূমকোক ১০৭২ মীকোক ৬৮৩৪; পূন্না য়ূমকোক ১৬৮৩ মীকোক ১০,৬০২ লৈখি। জেমৈনা তমেংলোং ব্লেষ্টতা য়ূমকোক ৮০৮ মীকোক ৪৮৫৩, তমেলোং নোর্ততা য়ূমকোক ৮ মীকোক ৪৪ পূন্না য়ূমকোক ৮১৬ মীকোক ৪৮৯৭ লৈখি। লিয়াংমৈ অসি সদর হিলস ব্লেষ্ট (কাংপোকপী)

তা যূমকোক ৫৪৪ মীকোক ৩০৮৩, জেমৈনা সদর লিলস রেন্ট (কাংপোকপী) দা যূমকো ১ মীকোক ৫ লৈখি। কাচা নাগা করম্না ওইখিবনো হায়বদা মপূং ওইবা মোৎ অনী লৈ। অমনা অঙ্গামী রাহে Ketsa হায়বদগী লাকপিনি হায়নৈ। Ketsa হায়বদি অকৃংবা জঙ্গল হায়বনি। মপানগীমীনা কোহিমাদা লাকপদা লিয়াংমৈ অমসুং জেমৈশিং অসি অকৃংবা জঙ্গল রাংমদগীরা হংবদা Ketsa নাগাি হায়বদগী কাচা নাগা হায়খিবনি হায় অতোপ্পা অমনা বঙ্গালী অমসুং আসামীশিংনা কাছারদা লৈবা লিয়াংমৈ অমসুং জেমৈশিংবু কাছার নাগা হায়বদগী কাচা নাগা হায়বনি হায়।

J.S Hutton না মহাক্কী The Angami Nagas দা কাচা নাগাগী মরমদা অসুম্না ইরি ঃ "Kacha Nagas (Called Mezama by Angàmis) : the only tribes of the southern group which are located inside the Naga Hills Administration are the divisions of the Kacha Nagas, the Zemei, Lyengmai and Moroungmai> these tribes are situated to the south of The Angamis and have been much influenced by them, the Zemi having been long virtually subject to the Angami village of Khonoma... The Languages are quite distinct from the Angami and each of these divisions has its own. the Kacha Naga tribes seem to be closely allied to the Kabui tribe in Manipur and some of the Kacha Nagas are situated as far as South as the North Cachar HIlls. The dancing and singing of the kacha Nagas and Kabui are of a very much more advanced development them is found among the western Nagas and the 'Morung' is an important feature of the village.. Sir George Grieson (Linguistic Survey Vol. II Part III ) classes the Kach Naga Language in the Naga Bodo group".

Sujata Miri গী "Liangmai Nagas legends and stories দা ইরিঃ On Unhynguiba' না Makui Longdih দা পানবা মতমদা নুপী

অনী লোল্লম্মী অহনগী মমিংনা Noudunbo, অতোনবীগী মমিং Namgangliw কৌরম্মী। অতোনবীসিনা মচানুপা Magang Tubou হায়বা অমা হান্না পোকখি. অহলসিনসু খরা লৈরগা Kading Bou হায়বা অমা পোকখি। মচা অনীসি চাউরক্লবদা মপাগী খুবম অসি মুন্নরবদা খৎনবা অসি তাইশিন্নবা মপানা মচা অনীসি Makidih হায়না হৌজিক্কী ইম্ফালদা লৈবা মৈতৈগী নিংথৌ ওইরিবা মখুরগা মনাক্তা পুরকখি। মখুরাসিনা অয়ূক্তা য়েন থোংবিরগা চয়োম য়োম্বীরম্মী। য়ূমগী মমাঙদা হূই অমগা ইরোই অমগসু পূল্লগা থন্নলম্মী। মখুরানা অপাম্বা চয়োম অমসুং শা খন্নবা মচা অনীদু হায়রম্মী। Magan Tubou না চয়োম অমগা ইরোইগা খল্লম্মী। Kading Bou না অরেম্বদু লৌরম্মী। মখুরানা য়েন মকোক ফংবদুনা মপাগী খুবম ফংগনি হায়খি। কৌব্রু চীং য়ৌবদা চয়োম ফাক্তুনা চাবদা য়েন মকোক্তু KadingBou গী চয়োমদা য়াওরকখি। অদুবু মপানা Mangang Tubou গী পেন্দবদু উবদা ময়ূম হান্না য়ৌবদুনা মাগী খূভম ফংহনগনি হায়রম্মী। অদুদগী প্রপ প্রপ ময়ূম হান্না য়ৌনবা চৎখি। অদুবু লমখাঙদা ইরোইদু লৈওনদুনা লৈথোকখিবদগী তপনা চাবা থকপা লোইরগা চৎখিবা Kading Bou না হান্না ময়ূম য়ৌখিদুনা মপাগী খুভম ফংখি। ৱারী অসিগী মতুং ইন্না Kading Bou অমসুং মহাক্কী খোঁঙলোয়না লিয়াংমৈ অদুগা Magang Tubou অমদি মাগী খোঙলোয়না জেমৈ ওইখি।

মরুলুং রেম্মৈনা মহাক্কী 'জেলেংরোংগী ৱারী সিংবুল' দা অসুম্না ইরি ঃ রমতিং কাবিন্দা লৈবা শুরুং (লৈখুন) অমদগী পোকার মসুং দিচালু কৌবা নুপা নুপী অনীনা মচা মারি পোকখি। (১) ভুইবা, (২) শাগী, (৩) অলিউৱাং অমসুং (৪) চতিউ কৌই। মখোয়না মাখেল খুন্দা খুন্দারম্মী। মখেলদগী মরেম খুন্দি, মরেম খুন্দিগী চগোং ফুংনিং,চগোং ফুংনিংদী ককুই লোংদি চরনমদা মথং মথং হোংলকখি। কবুই লোংদি চরানমদা লৈরিঙৈ মতমদা য়ুম্নাক ৭৭৭৭ পাল্লম্মী। মীশিং য়ামখৎলকপগী মতুংইন্না ময়াম্বা-অহল ভুইবনা মকুই লোংদি চরানমদা নিংথৌ ওইনা পাল্লম্মী। মনাও অনীশুবা শাগী অদুনা অংখোংমন কৌবা মফমদা খুন্দাখি। মনাওনিপা অহুমশুবা অনিউৱাংনা কম্বোংবী কৌবা মফমদা খুন্দাখি। মনাওইনিপা অতোম্বা চতিউনা নুংফৌ কৌবা হৌজিক্লা কৌব্রু চীংদা খুন্দাখি। মহাক্লা মসিমসু হায়রি জেমৈ লেংমৈ পুইমৈ অসিনা শাগী মচা মশুশিংনি। মণিপুরগী

তম্ফাক্তা লৈরিবা লোই, মৈতৈ, তাংখুল অসিনচিংবা জাতি শেমখি। ময়াম অসি চতিউগী মচা মশুশিংনি।

Captain E. W. Dun B.S.C. না "Gazetteer of Manipur" দা কাচা নাগা খুল অনী Liyang/Razameh অমসুং Tampung গী মরমদা থারম্মী। অদুবু T.C.Hodson না মহাক্কী The Naga Tribes of Manipur" দা লিয়াংমৈ খুল থারোন্ উকলোংনচিংবা খুল মপালবু কোইরেং হায়না থারম্মী।

লিয়ামৈশিংনা খুনদাবা থারোন খুল অসি থোইদোক্লা শীংথবা য়াবা অরিবা খলু অমনি। থারোন খুলসিবু থাবদা 'পোইরৈতোন খুনেথাক' অইবা পণ্ডিত শ্রীমোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ, লামায় ২২ দা অসুম্না রিরি। " ঈয়ুব্রাং চিঙখোঙ পোইরৈতোনন ব্রাংলেন মপুং থাংনা য়য়রময়ে। মতু নেংকিবু হেমপা থাংলাংমৈ (পুঙ) ও কৌনা কৌয়ে। লোইপী ঙমথংনপা অমতী ঈয়ুব্রা চিঙখোঙ পোইরৈতোনন মরল মথমাবু য়েনলময়ে।অতু নোংকিপু থায়োন ও কৌয়ে। পোইরৈতাপা থিপান্না থারোন ও তৌনা কৌয়ে।"

হায়রিবা থারোন খুলসিদা মীয়াম্না থারোন কেব হায়না খঙনবা লিয়াংমৈশিংনদি কলেমকী কেব হায়না খঙনবা কেব অমা লৈ। থারোন খুনদগী কিলোমিটর ৫ রোম অব্রালোমদা চৎলগা লৈবা কেব অসি মিতর ৬৫৫ রোম শাংঙি। মৈদিংঙু বুধচন্দ্রনা হায়রিবা থারোন শুরুংদা স্না খোঙলেঙবা মতাঙবু চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি ঃ "২২নি ঈরাইদা (১৯৪৬ কী পোইনু) থারো দা লেকএ। ২৮ নি থাঙজদা থারোন শুরুং খুরুম্বা চৎলে। শুরুং মপান্দা লাইশঙ শারগা নূং ১ য়ুংদুনা লাইরিক ইদুনা থনমই।"

মৈতৈগীদা মচা অতোনবদনা মপা মমাগী লৌ-ইশ্বোল ফংবগুম লিয়াংমৈদসু মচা অতোনবনা ফংনৈ। লিয়াংমৈগী Kangchiu অমসুং Lluchiu) মৈতৈগী পাখঙফান অমসুং লৈশাফালনি।

কনাগুম্বনা মচা -মশু শিবা মতমদা চানমখ্রগা হয়েং ইমুংদুদা অঙাং পোক্লকপদা অঙাংদুদা চা অদু য়াওরক্লবদি লৈখিদবা মীদুগী মপোক্লি হায়না মৈতৈনা লৌনবগুম লিয়াংমৈনসু লৌনৈ।

অশি লমদা অশিবগী থব্রায়না মৈতৈনা বৈত্যবরনী হায়বা তুরেল অমা লাল্লগা চৎলি থাজনবগুম লিয়াংমৈনসু Chakaguiky হায়নবা তুরেল অমা লাল্লি

থাজনৈ। মৈতৈশিংনা হিন্দু ধর্ম্ম চৎপদগী রামায়ুন অমসুং মহাভারতকী ৱারী লাইরিক য়াম্না পাম্না তান্নে। অদুগুম্না লিযাংমৈদসু রামাযন অমসুং মহাভারতকী ৱাশিংনা শুমহৎখিবগী খূদম মখোয় ৱাবী শীংবূদা ফংঙি। খূদম ওইনা Sujata Miri গী 'Lingmai Nagas Legends and Stories' দা য়াওরিবা 'The Story of Abonbou' হায়বা ৱাবী অসি রামায়নগা মান্নে। অমরোমদা The Episodes in the life of Abinbou' হায়বসিনা মহাভবতকী ৱারীগা য়াম্না মান্নে।

য়ূম-কৈ শাবদা অফবা নুমিৎ থা য়েংলগা য়ূম্বুনা চাক ইঞ্জাং চাদনা (শাগা য়ূগা নত্তনা) অমসুং শাগৈগী মকোক য়ূম-কৈ শাবদু চৎথোক্তনা য়ূমদু শাবা পান্নবা চৎনৈ। অশেংবা মৈবা চিংদুনা লাই তীল আজা -পুজা তৌবা চৎনৈ। খুন্দু শেমগৎখিবা মতমদা অহানবা লাইদা কৎনবা মফম খুনয়ায়দা লৈবা মফমদুদা নূংপাক অমা থাদুনা থম্মী। মদুগী মখাদা মখূন অমসু শেম্মী। মফম অসি খুন্দুগী আজা-পূজা তৌফমনি।

লিয়াংমৈ খুঙ্গং খ্বীদংদা চঙফম থোঙ অমা লৈ গেত অসি য়াম্না মরু ওই। লান্দশিল্লকপদগী ঙাকথোকপদা নত্তনা, শা-লান্দা ফারুবা পূম্নমক মফমসিদা ফারুবা মীদুনা খুলগী খুল্লাকপদা (নমপাউ) দা শিন্নগদবনি। মৈতৈশিংসু লান্দা ফারকপা লোক্লকপা পোৎ চৈ খুদিংমক ইনিংথৌদা কৎনরম্মী।

Captain Butter, 1873 দা নাগা হিলসকী দিপুতি কমিশনারনা নাগা ত্রেক্তকী সর্বে রিপোর্ততা ইন্ত্রোদুকসন ওইনা পীরম্বা মতাঙঅমবু A Mackenzie না মহাক্কী The North East Forntier of India' দা ইরি। মসিদগী কাচা নাগাগা মরী লৈনবা মতাঙবু লৌখৎচরি ঃ"Kutcha or Mejhameh Nagas inhabit the slopes on both sides of the water parting line of the Burrail mountains, north towards the valley of the Dhansiri, south towards the Barak, the "Kutch Naga' tribe posesses 23 vilages containing 1,284 house, which on a rough calculation of five souls to a hous,e gives us a population of over 6000 souls."

জানুৱারী ১৮৩২ দা Captain Jenkins অমসুং RB. Pemberton

না মণিপুরী সিফার ৭০০, পোৎ পুবা মীওই ৮০০ গা লোয়ননা মণিপুরদগী আসামগী নাগাউ ফাওবা চৎপা লম্বীদা জেমিগী খুল Yong and Kenomah/ Populangmaee অসি ফাওদুনা চৎখি। অকোনবগী খুলসিদি তংখায় অমদি অঙ্গামীশিংনা খুন্দাবনি। খুল অনীসিগী খুঞ্জাশিংনা নুংজাও ওম্বরক্নুনা তা লংথরক্নুনা লান্দাশিল্লকখি। অদুবু নোংমৈ মমাঙদা খাঙবা ঙমখিদে।

খৃঃ ১৮৪০ দা Mr. Grange, Sub Assistant Nongong বু ওকপা চৎপা মণিপুরী সিফায়শিংনা Propolongmaee গী য়ুমকোক খরা মৈ থাদোক্লম্‌গা Mr. Grange বুদি উনদনা খুলসিগী হল্লকখি। খৃঃ ১৮৩২ ৱাকচিং ২১ নি ইরাইদা মৈদিংঙু গম্বীর সিংহনা মখান্দা লৈরিঙৈদা লোই হায়বা খুঙ্গং ১০ গী মনুংদা Yang অমসুং Poplongmaee সি য়াওই।

জেমিগী পাখঙগী পুন্সি মরেল অমা Ursula Graham Bower না মহাক্কী 'Naga Path' তা অসুম্না ইবি ঃ " Excused all field work except what he care to do, indulged by his parents in very trippery and luzury of dress, left all day with nothing to do but drink beer, gossip, makes baskets, play music and finally so to bathe and assay himself as to be an objet admiration to all the girls as they come in from the fields, permitted, tactically encourged, even to spend his rights in courtship what more could a youth want?" মসি মৈতৈ পাখঙদা থারম্বনি হায়বদা করি খেন্নবা লৈরোই খল্লি।

জেমিগী সমাজদা নুপীশিংগী মফম চাউনা মৈতৈগীদা লৈবগুম লৈ। জেমি নুপা অমতনা মাগী নুপীগা তানদনা করিগুম্বা থবক অমত্তা পাঙথোকপা ঙমদে। Ursula Grahman Bower না অসুম্না ইরম্মীঃ " They were, behind the scenes, the real rulers of the community, They could on occassion take action as such, I have known in a vilalge riot, the women arm themselves with clubs and go in a body to break it up, each mother collectiong her sons and each. wife her husband and ranning them out by force to cool off at home."

শিবগী থৌরম কয়াগী মতাঙদসু মান্নবা কয়া লৈ। অশিবা মীওইদুগী থরায়না মাগী ইমুং-মনুংগী মনাক্তা মথৌ মঙম পাঙথোক্ত্রি ফাওবা অদুম লৈ থাজনৈ। I.C.A soppit না মহাক্কী 'A short Account of Kachcha Naga tribe inthe North Cachar Hills 1885 দা অসুম্না ইরি ঃ "On the death of a man his spirit is supposed to remain in the house for a full year sitting along side his former companion at meals and on other occasions when eating it is customary for the relative of the deceased to take a portion of their food and place it on a leaf by their side for the use of the spirit. At the end of a year however this spirit leaves the house and takes up a residence in a region called Harni Maram and is for ever at rest."

জেমি অমসুং লোংমৈনা জাদোনাং অমসুং গাইদিংলুংবু অঙম্বা মতেঙ পীদুনা শৌগৎখি (True, Zemis and Liangmeis played active role in the uprising of 1930-32. They also formed the fighting forrce of Gaidinliu's army during this rebellion and during her fight against the underground Nagas in 1960's (Source: years of Zeliangrong Movement 1927-77 page 13) মসিগী মক ওইবা মরমদি মপা-মপুগী ওইবা ধর্ম্ম অমসুং চৎনবী কযাদু ঙাক্তুনা থমজনীংবদগীনি।

**সেমাঃ**

সেমা মণিপুরুদা রিকগনাইজ তৌবা ত্রাইব অমনি। অদুবু মণিপুরদা সেমাগী ওইবা অকক্লবা খুল অমা ফাওবা লৈতে অদুম্নদি ওইরবদা J.H. Hutton নদি সেমাশিং অসি অঙ্গামীসিংনা Swemi হায়না খঙনবা মৈতৈশিংনা চীংজরোই কৌবা উখ্রুলগী চীংগাই সব-দিবিজন্দা লৈবা খুলশিংদগী হৌখিবা ওইবমগনি হায়। "Indeed it is very likely that it was actuallythe village or the side form which the Semas of Swemi (Which is of course, the same words as Sema, Semi, Siimi or Simi) near

Khezabama migrated to that place Swemi (Chingjaroil) is another stage southwards in the migations of thw Sema tribe. " (The Sema Nagas by J.Hutton page 377) মহাক্না মসিমসু হায়রম্মী মদুদি সেনাপতিগী মনুং চনবা ঙারী হায়বাখুন্দা লৈবা মীওইশিং অসি তাংখুল ওইরমগনি হায়না খনবনি অদুবু শকওং শাদা অমসুং ব্রাহাঙ -শাঙাঙদা সেমাগা য়াম্না মান্নে।"... In the little village of Ngari, which again speaks its own dialect, the affinity of the Sema tribe is most pronounced. This is the case with both the speech and the Physiognomy of the people.. I had expected to find Tangkhuls there."

মখোয় অসি Khezakenoma গী নূং লৈরিবা অুদদগী হৌরকপনিসু হায়। অমসু ওইরবসু অমবু ওইরবসু দয়াং ভেলি অসি ফাওদুনা সেমাগী হৌজিক লমসি য়ৌখিবনি থাজনৈ। মখোয়না মণিপুরগী মাও খুলগী মখারোমদগী হৌরকফমনি হায়দে, Tukahu(Japvo) চীংদগীনি হায়।

সেমা অসি (অতৈ নাগালেন্দগী ত্রাইব খরসু) হৌজিক্কী নাগালেন্দগী সাউত-ইষ্ট অমসুং মণিপুরগী নোর্থ অমসুং ইষ্ট থংবা শরুক্তা বর্ম্মদগী চঙলক্লগা Khezakenoma হায়বা মণিপুরগী ঙমখৈদা লৈবা চকেশাং খুলসিদা থুংলখিবা ওইগনি হায়নৈ।

মফমসিদা মখোয়না মতম খরা খুন্দা-লৈতানসু লৈরম্বা য়াই। সেমাশিংনা খুম্থোরকপগী মতাঙদা Hokishe Sema না মহাক্কী Emergence of Nagaland' দা অসুম্না ইরি ঃ "The Semas migrated from Khezakenoma to Swemi and Cheswezumi village in two directions and then to Hebolimi and Ighanumi. The Semas called Cheswezumi as Chisho village . From Ighanumi and Heboline theymove tomany other palces in the Zunheboto district, which constitutes the present Sema area" খৃঃ ১৯৭১ গী মীকোক থীবদা সেমা !৩' খক লৈখি। খৃঃ ১৯৮১ দা সেমা নুপা ১২ নুপী ১২ পূন্না ২৪ খক লৈখি। সেমাশিংনা লশিং থারগা লমশিংদগী লং নাইরগা মৈতৈ

নুপীগুম্না ফি- রোল শান্নরম্মী। ফিশা- লোনশাগী মতাঙদা মণিপুরগা লৈনরম্বা মরীদু J. H. Hutton না অসুম্না ইরি ঃ "Embroidered ornament is also used, usually in narrow lines of crosses and Lozenges, which is sometimes when fine Burmess thread from Manipur is used, worked on to the finished cloth with a needle... but is annuallyworked into the cloth inthe process of weaving...

চফু উয়ান শাবা অসিসু নুপীশিংনা শান্নরম্মী। লোই মৈতৈগীদসু চফু শাবসি নুপীশিংগী শিনফম ওইনা তৌই। সেমা অমসুং মৈতে মমা-মপানা মচা লৈশাবীবু কৈদা শোয়খিগদগে হায়দুনা কন্না শেন্নে। অদুনা ময়ূম -মকে পানদ্রিফাও নুপা নহাগা হকতীন্নবা য়াহনদে। লুহোংলক্লিবী কন্যানা মব্বা মপুরোইবগী ময়ূমদা অহানবা হেক চঙবদা থোঙজিল্দুন খোঙ য়েৎনা হান্না থাংদুনা লানবসি তৌনৈ। মাদর্স ব্রদর্স দতর্স নৎত্রগা ফাদর্স Sister son অসিদা লুহোংবা হেন্না পামনৈ।

শেম্বীবা মপুবু সেমাশিংনা Alhou কৌই। তাইবঙ মীওইববু শেম্বীবা মহাকপু Timiehou কৌই। নুমিৎ থাবু শেম্বীবা মপুবু Khetsunhelou অমসুং Anghilhou হায়না কৌই। পৃথিবীবু শেম্বীবা মপুবু Ageghighalhou কৌই। অদুবু তোঙান তোঙানবা মিংশিং অসি শেম্বীবা মপু Alhou গী শায়োনশিংনি। মৈতৈগীদসু তাইবঙ পানবা, মপু, য়াইবিরেন শিদবা, অতিয়া সিদবা অতিংকোক, অশিবা, কোঞ্জিন তুথোকপা অমদি লৈমা লৈতাননিংথা, খোনচীং নুংলৈপাল অসিনচিংবা কয়া লৈরি। অতিয়াদা লৈবা লাইশিংবু Kungumi কৌই। মখোয়না পৃথিবীদা কুল্লকুনা মীওইবগী মচা -মশুশিংগা চরৌ-মেরৌনরম্মী অমসুং নুংঙাই য়াইফনবা তৌবি হায়না থাজনৈ। অসুম্না থাজনবী অসি মৈতৈগীদসু লৈ। কৌম্বৌজম নোঙ্গারোন, সৌবোন লাইরেম্মা লৌতারোল অসিনচিংবা কয়া লৈরি।

মালেমসিদা জঙ্গলদা, লোক তাইদা লৈবা লাই মখলদুবুনা Teghami কৌই। মখোয়সিনা পেনবিদ্রবদি মীওইবাদ অমা-অনা থোকহল্লি থাজনৈ। হায়রিবা অসিসু ইমুংদা লৈবা ওইরগনা Akighau কৌই লৌবুক্তা লৈরগনা Alunghau কৌই। অদুবু লৌবুক্তা লৈবা লাইশিংগী মনুংদা Nitsaba হায়বসিনা খ্বাইদগী মরু ওই। অচা অথক ফৌ -চেঙ মরাঙ কায়না ফংহনবিরসি মহাকননি হায়না লৌই। জঙ্গলদা লৈবা লাইবু Muzamurza হায়না খঙনৈ।

মখোয়না জঙ্গলদা মখোয় মশেল কৌনবা তাই হায়না থাজনৈ। য়ূমগী লাই Alkighau পেন্নবা সেমাশিংনা তত্তনা তৌনরম্মী। য়োংজাউমুক চাউনা থোরকই থাজনৈ। মখোয়না শাউরবদা য়ূমদুদা লৈরিবা মীওইশিংনা অন্নবা খুদোংথীবা কয়া থেংনৈ থাজনৈ। অদুবু মখোয়না পেনবিনবা সনা য়ূম্বী মখোঙদা চাক, শা অমসুং য়ু কৎতুনা খুরুম্নরম্মী। অসুম্না অন্না অনা তারবদা সনা য়ূম্বীদা অথেনপোৎ কৎতুনা খুরুম্বসি মৈতৈগীদসু অদুম তৌনরম্মী।

সেমা নুপাশিংনা মপা লৈখিদ্রবা মতুংদা মপানা হেক লৌরম্বা নুপীশিং (অপোকপিদু নত্তবা) লৌনবা য়াই।

সেমা চিফ অমনা মচানুপাশিংদা নিংথৌ ওইহন্দুনা লম মথং মথং লৌশিনবা/শন্দোকপা অসিগুম্না মৈতৈগীদসু নিংথৌ কাঙবনা মচানুপা ৯ দা –কোইকোই, তৈমা, য়াংমা, তেসরোৎ, উরেনখুবা, উরেনহনবা, ইরেম, খাবী, লাংবা তোঙান-থোঙানবা মায়কৈদা নিংথৌ ওইহন্দুনা লম শন্দোকহনখি। অদনা সেমাগী Manor (Unity of Sema Society) মওংসি চৎনরব্বগী মমিসু তাই। সেমাগী সমাজদা নুপী লোনবা চৎনরম্মী, মৈতৈগীদসু অদু মঙায় মরু ওইনা নিংথৌনচিংবদি লোন্দবা ইয়া ময়ারমদে।

লৌউ-শীংউবনা খ্বাইদগী চাউবা শিনফমনি, সেমাশিংনা পামলৌ উদুনা ফৌ অমদি অতৈ মনা-মশীং থানরম্মী। লৌউ শীংউবগা মরী লৈনবা খ্বাইদগী চাউবা কুম্মৈদি Luluni হায়বসিনি। হায়রিবা কুম্মৈ অসি সেমাগী তরুকশুবা থাগী ২৪ পানবদা চাউরক্লা জুলাই থাদা পাঙথোকই। সেমাগী পুরোহিত Awou না হায়রিবা নুমিৎসি লেপ্লি। হৌজিক্কী মতমদদি নুমিৎ ৫/৭ তা লোইরে। সেমাগী অহানবদা পুকোক তুকু অমসুং সুমুনা তুলুনি হায়বা ফেষ্টিবেল অসি অহানবা পাঙথোকখি থাজনৈ। অহানবা নুমিৎ As-u-Zani হায়বসিনদা চনানদগী য়ু শুংগনি, কনামত্তনা খুলগী ব্রাংমদা চৎথোকপা য়াদে। অনীশুবা নুমিৎ Aghizani/ Agiza অসিদনা চাক্তগী য়ুং শুংঙি/অহুমশুবা নুমিৎ Angighini অসিদনা ওক থোংদুনা চাগনি, ওক থোংবা চাদ্রবদি মহয়-মরোং মরু নীংথিনা চঙলোই থাজনৈ। মরিনিশুবা Tupulani অসিনা Litsaba হায়বা লাইদনদা মহয়-মরোং চুমহনবিনবা অথেলপোৎ কৎতুনা খুরুমজগনি। মমাকনিপাশিংনা মাগী মাগী নুপীগা লোয়ননা চাবথকপসি য়াওরনৈ। মঙানিশু illinani হায়বসিদনা

নুপা খক্তুনা লৌবুক তাবা লম্বীদু শেংদোক্কনি। জেবলিন থ্রো, রেসলিং, বার দাঙ্গনচিংবা পাঙথোকই। সেমাশিমনা থাকলৌ উবসি খৃঃ ১৯১৫ অদুরাইদনি, Dr. Hutton না হৌদোকখি।

মৈতৈগীদু লাল্লুপ লৈরম্বগুম সেমা প্রজাশিংনা মখোয়গী চিফগীদমক্তা চহী অমদা য়ামদ্রবদা নুমিৎ ৪ দগী ১৬ ফাওবা থবক শূগনি।

অশিবা মীগী থৱায়না ইমুংদা মতম খরা নৈশিন্দুনা লৈ হায়বসি থাজনৈ। মৈতৈগী খামেন চৎপা ফিনচিংবা অখন্নবা ফিশিং মীচম্না পঙশি -শীজিন্নবা য়াদবগুম অখুমি হায়বা সেমা সালসি মীচম্না শীজিন্নবা য়াদে।মৈতৈশিংনা হিন্দু ধর্ম্ম চৎপদগী মশাগী কলচর অমসুং ত্রেদিসন্দা থৱায় য়াওন্দবগুম সেমাশিংনসু খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎপদগী জগোয় ঈশৈ থাদোক্লুরে। ফিজেৎ চাকচা মীগী মতৌ তম্লগা লেম্বগুম খন্নরুরে। মতাঙসিবু Hokishe Sema না অসুম্না তেংথারিঃ " The worst part of all this is the loss of interst in their own way of life. The result is the gradual decay and eventual neglect of their rich culture" অদুবু হৌজিক্তি অশোয়বদু খন্নরক্লি চুমথোক্লরক্লি।

মৈতৈনা কাং শান্নবগুম মখোয়সু মখল অমগী কাং শান্নরম্মী। মশান্না অসিবু J.H. Hutton না মহাক্কী " The Sema Nagas " দা অসুম্না তাকই ঃ " Three of these seeds are set up on the grounds in turn and other seed thrown at them from a distane of some paces. The first seed set up is called Thumola (The witch girl) and whoever knock it over says "Thumola is dead' . The next is called Hohe (the orator) and this is knocked over "hohe is dead'. The third is Aina ( The community) and when this whole community is dead the game is over."

শাগৈগী ওইনা চাবা য়াদবা পোৎ লৈ। Kinimi শাগৈনা হুই অমসুং হামেঙ চানদে। সেমাদা Exogamous class 22 লৈ। য়ুনচিংবা থকপদা অহানবা মবীক খরদি লৈবাক্তা হৈদোকপা সেমাশিংনা তৌই। হীদাক শীজিন্নবা মতমদা মফমদুগী অকোযবদা মৈ হৌরগা জগোয় শাই, ঈশৈ শকই।

শেমাগী ঈশৈশিং মখল য়াম্মী Lezule হায়বসি; Alukumla'le হায়বনা

লৌবুক্তা, Atishekeshiler/Tisole অসিনা ফৌশু ঈশেনি। Yemusale লান্দরুবদগী মায়পাক্লা মী মকোক কক্তুনা পুরকপদনি পৃথিবীগী অহানবা লান্দা নাগা হিলস লেবর ক্রোমফ্রান্সতা থাবদা সেমা ১০০ য়াওই। অসুম্না ফ্রান্সদা ফাখিবা মীওইশিংগী মরী-মতানা তাক্কক অহুল্লক্তা চৎখিবা মরি মতাদু লৈখিদ্রে হায়বসি চুমব্রা হায়দুনা J. H. Hutton হংনখি অদুবু মতমদুদা পাউদু খুদক্তা ফংদ্রবসু থা অনীরোম লৈরগা পাউদি লাকখি।

**আওঃ**

আওশিং অসি হৌজিক্কী নাগালেন্দ অসিদা খ্বাইদগী ইহান হান্না খুন্দা লৈতাখিবা কাঙলূপনি।

খৃঃ ১৯২১ দা মফমসিদা মখোয়গী মশীং ৩০, ৫৯৯ ওইরম্মী। মণিপুরদদি আওগী খুল লৈতে। মখোয় শকখঙবা ত্রাইবসু ওইদে। অদুমনদি ওইরবদা আওশিংগা মৈতৈশিংগা য়াম্না মান্নবা লৈ।

আওশিং অতৈ নাগা কাঙলূপ কুম্না খেজাকেনোমাদগী হৌরকপনি হায়দে। মখোয়দি দিখু তুরলেগী য়েৎ থংবা মপান্দা লৈবা চুংলিয়িমতী হায়বা খুন্দুদা লৈবা লুংতেরোক হায়বা মফম অদুদগীনি হায়। চুংলিয়িমতীদগী খোয়না দিখু তুরেল লাম্বোক্লগা লুংখম হায়বা মফমদুদা খুনদাখি, খরনা কুরোতাং হায়বা মফমদুদা লৈরম্মী। অদুদগী উংমা হায়বা আওশিংগী অচৌবা খুলদু লিংখৎখি। খরনা সুতসু অমসুং কাবজা হায়বাখুলশিং লিংখৎখি। লিংখৎখিবা খুলশিংগী মনুংদা নুপীনা শাসন তৌবা সংতালা অমসুং কাবজা খুলনি হায়নৈ। অসুম্না মকোকচুং নাগালেন্দগী পেরিস হায়না খঙনবা মফমসিদা মখোয়না মশীং য়াম্মী। দিখু তুরলে লাম্বোক্তনা লৈহৌবা কাঙবুদুনা লোংসাদা খুন্দাখি।

আওশিংনা অশিবা মীওইশিংবু ফুল্লমদে। মীদু খাংথক শারগা হীপহন্দুা হুন্দোক্লম্মী। "His body is laid on a plaform by the village path and is soon a stinging offence to passersby ; quickly the frail structure rots and the body, falls, the village pigs mouth his bones and his skull joints its grinning predecession in their bed of rank weeds; at last kindly jungle covers all " (JP. Mills - the Ao Nagas) মৈতৈশিংনসু পোৎলোইবা মখল মরিগী মনুংদা নুংসিৎকী

পোৎলোই অসি তৌনরম্মী হায়না অখণ্ড-অহৈশিংনা হায়নৈ।

আওশিংনা লোল মরি ঙাঙলম্মী। চোংলি, মোংসেন, চানকী অমসুং সংপুর অদুবু সংপুরদি হাঙনখিদবা কুইবে। হৌজিক্কা চোংলি লোলসিনা মহে-মশিং তম্ম রে, ঙাঙনরে। হায়রিবা চোংলি হায়বসি চেংলৈ হায়বা লোলসিগা য়াম্মা মান্নৈ হায়না অখণ্ড অহৈশিংনা হায়। প্রোফেসর গংমুমৈনা মতাঙ অমদা অসুম্না ফোঙদোকখি। "চোংলি হায়রিবসি মৈতৈ লোলগা য়াম্না মান্নৈ। ওজা নীনকেতন হোইনা চেংলৈ লোল হাঙ্গদু চোংলি অসিবুনি...।" (Chingkhei Hunba, Vol. VI, issued 6, June 25, 1998) । চোংলিগা মৈতৈরোলগা মান্নবাৱাহৈ খরাঃ Nina= ঐনা, Nang-na = নঙনা, Ami = মী, Pana= মানা, Ak =ওক, Chung = চুং, Yi=য়ু, Mi= মৈ, Ra=লা, An = য়েন, Ana = অনী, Pongo = মঙা, Terok = তরুক।

চাংকি নত্তনা আওশিংনা চফু শান্নদে। মৈতৈশিংনা অদু মঙায়, লোই নত্তনা চফু শান্নদে।

J.H. Huton না মৈতৈগা আওগা মান্নবামতাঙবু অসুম্না ইরম্মীঃ " It is perhaps not mere coincidence that the sacred grove of the Manipuri rajas also house six sacred stones, Nung teruk, even though one at anyrate was erected by a recent ruler... while the main gate of an Ao village is spoken as the Lion's gate (Ao Nagas PP. 36-7) It isa pair of honed "Lions" that gurard the gate of the Kanga at Imphal in Manipur".

J.L Roland Shimmi নসু মহাক্কী " Comparative History of the Nagas দা অসুম্না ইরি ঃ " The Ao from many asepcts exhibit cultural traits of the Tai and Mon-Khmer and Seem to have come fromthe South -East, Some groups of the Naga tribes and the Meithei as well migrated from South-East Asia and using Northern Burma as the Corridor, have stepped into Manipur and the Nagas Hills. If so in perhistorical times as early as the Neolithic age or in the succeeding period a wave

of highly mesocephals from the far east or South East, had spred over Manipur and the Naga Hills. A ffinities of the Thai are exhibited by the Meities."

J.P. Mills নসু Dixon না অসুম্না ইরম্বা ৱাফম খরা পন্দুনা আওগা মৈতৈগা মান্নবা মতাঙ অমা অসুম্না থারিঃ "Dixon associates the Ao with the Khase and the Manipuries is interesting since never I have been down to Manipur but I have been struck by the physical resemblance between the Ao women and the Meitei women. Nor is this resemblance merely physical. The Ao and the Manipuris share a certain pharisaic attitudes of mind which displsys itself in the most extravangant captiousness ready enough to swallow a Camel but always strainning at a gnat... " (A gain in a paper in Man in Indai Vol. 11. No. 122 June 1922)

দব্লিউ ইবোহল সিংহনা মহাক্কী The History of Manipur ' (An early period) লামায় ৯১ দা অসুম্না ইরিঃ " .. The Ao too were inhabitants of the ancient Kingdom of Manipur before migrating to Nagaland. It is most likely that the Ao first settled in the Tangkhul area of Manipur in the upper hill valley at Makokching a little northwiest of Sagolmang and then they moved to Nagaland and settled in the Ong-Pang-Khong range. The preciese date of their leaving Manipur territory is not known"

মকোকচীং করম্না থোনখি হায়বগী মতাঙদা 'নোংমাইজিং থিরেন' (ইথোকপা শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ ) দা অসুম্না ইরিঃ " নহান নোং হয়িঙৈ অৱা ফাংলৌ লাইমকোল নিনৱাই ঈ মরুগী নমু তুবী য়েইনোতা নোংদা লাইরেন পাখংবনা লিনৱাই লাইজ ইরম ইন্না পোইরে খুনগুম নকমৈ তুবী তাংজা মকোক তোনবু কোরৌ নোংশা মৈদা ফিভৌঙায়তা অদু নোংগীবু মকোক চীংও থোন্নেও।"

Prof. Haimeidrop না আও লৈশাবীবু থারিবসি মৈতৈ লৈশাবী খরদসু অসুম পকচগনি । "Young Ao girsls are pretty creature, with soft happy face and such light skins that you often see the red to blood showing on the cheeks" লুহোংবগী নুপী মমল লৌনদে, নুপীগী থাক ৱাংঙি। নুপানা থিনা তৌবদা নুপীা ইরায় লায়না খাইনবা য়াই।

খৃষ্টান ওইবদগী মপা -মপুগী চৎনরম্বা কয়া ফিজেৎ লৈতেং কয়া থৌশানরক্তববু জে পি মিলসনা অসুম্না হায়ঃ ".. of the mistakes made by the Mission the gravest, in my opinion and one most fraught with danger for the future is their policy of strenoushly imposing art allien western culture ontheir converts." মসিমক মৈতৈগীদসু থোক্লি।

নাগাশিংগী মনুংদা মখোয়না ইহান হান্না খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎখিবনি মখোয় খরদি খৃঃ ১৮৫১ দা খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎতুনা শিবসাগর ৱাপতিজ চর্চ্চকী মেম্বব ওইখি।

উমপূম অচৌবা অমদগী হূৎলগা / কোৎলগা শেম্বা অচৌবা দ্রম মখল অমা অমসুং দ্রম মচা কয়া শউন্না তিংদুনা আওশিংনা শীজিন্নবম্মী। মী অমা শিবদা পূং মচা অসি য়ৈদুনা তেংথানরম্মী। অচৌবা অদুনা শা-লান লাকপদা যৈনরম্মী। মৈতৈসু অদুম মতৌরম্মী।

আওশিংগী লাই কয়ামুক লৈরম্মী। অথোইবা লাইদি Lungkizungba সি হায়। অতিয়া নুমিৎ থা মানা শেম্বনি,তাইবঙ-মীওইবসু মানা শেম্বনি। অদুবু Lichaba হায়বা লাই অসিনা পৃথিবীসি শেম্মী। মাবুসু অথোইবা লাই অমা ওইনা লৌনৈ।

অশি লমদমদা চৎপদা Lungritsu হায়বা তুরেল মচা অমা লাল্লগা চৎলি থাজনৈ। মৈতৈনসু বৈত্যরনি তুরেল লাল্লি থাজনৈ। অশিবগী লৈবাক্তা লৈবা যমরাজবু আওশিংনা Moyetsung কৌই। মহাক্না অফবা মীওই নুংঙাইবা মফমদা ফত্তবা পাপ চেনবা মীওইববু অৱাবা মফমদা লৈহল্লি থাজনৈ।

লুহোংদবা পাখণ্ড লৈশাবী শিখিবা, মচা পোক্তবশিং অশি লমদম চৎপদা তিংখাংনা থিল্লি থাজনৈ। মৈতৈনসু অসুম্না শিবা মতমদা চূক শান্নরম্মী।

মালেম অসি নোংমদি মৈনা তুম্না চাক্তুনা লোইগিনি হায়না আওশিংনা

থাজনৈ, মৈতৈনসু পলয়গী মৈনা চাক্কুনা লোইগনি মহায়।

Moatus হায়বসি আওশিংগী খ্বাইদগী মরু ওইবা কৃম্মৈনি। Morung গী মমাঙদা খিল্লিবা পোৎচৈ অদুদা শন্দং অমা ঈরাৎকনি। হায়রিবা কৃম্মৈসি মহৈ-মরোং চুমহনবিনবা লাইদা খুরুমজবা কৃম্মৈনি। আওগী ১১ শুবা থাদা (মে) নুমিৎ তরুক্কি চূপ্না পাঙথোকই। জগোয় ঈশৈ লম-তু শেংদোকপা ফাগি জোগাই অমসুং ফত্তবা লাই তাম্থোকপা অসিনচিংবা কয়া পাঙথোকই।

**গাংতে ঃ**

গাংতে অসিসু খুলদগী থোরকপা ত্রাইবশিংগী মনুংদা অমনি। খৃঃ ১৯৩১ অমসুং ১৯৫৯ গী মীকোক থীবদা গাংতো ঙাঙবা মীশিং ২৪৫৫ অমসুং ২৪৯৬ লৈখি। খৃঃ ১৯৫১, ১৯৬১, ১৯৭১ অমসুং ১৯৮১ দা অপুনবা মীশিং মথংশীৎনা ৩৯৪২, ৪৮৫৬, ৬৩০৭ অমসুং ৭৮৯১ ওইখি।

গাংতে অসি কুকী চিন কাঙলূপ্তা য়াওই। খৃঃ ১৯৩১ গী মীকোক থীবদা ওল্ড কুকী কাঙলূপ্তা ইহান হান্না য়াওরকপা থেংনখি।

ত্রাইবেল বেঞ্চ মার্ক সবে ১৯৮৩-৮৪ দগী খঙবদি চুরাচান্দুপ সব-দিবিজন্দা য়ূমকোক ৩৩৯ মীকোক ১৯২৪, থানলোন্দা য়ূমকোক ২৪২ মীকোক ১৪৭৬, হেংলেপ্তা য়ূমকোক ৪০০ মীকোক ২২০৪, তিপাইমুখতা য়ূমকোক ৩০ মীকোক ১৯০ পুন্না চুরাচান্দপুর দিষ্ট্রিক্টক্তা য়ূমকোক১০১১ মীকোক ৫৭৯৬ ওইখি। সাইকুলসব-দিবিজন্দা য়ূমকোক ১১১ মীকোক ৬৩২, কাংপোকপী সব- দিবিজন্দা য়ূমকোক ১৭৯ মীকোক ৯৬২ পূন্না সেনাপতি দিষ্ট্রিক্তা য়ূমকোক ২৯০ মীকোক ১৫৯৪ ওইখি। তমেংলোং দিষ্ট্রিক্কী তমেংলোং সব-দিবিজন্দা য়ূমকোক ১৬ মীকোক ৮৩ ওইখি।

খৃঃ ১৯৮০-৮১ দা গাংতেদা গ্রেজুয়েত ৬৮, গেজেতেদ ওফিসাব ১৯ অমসুং অনম্বা লাইরিক ৪২ লৈখি।

গাংতেশিংনা মখোয়গী পুকোত্তি Tukget (অতোপ্পা মমিংনা গাংতে) হায়বসিনি হায়। মহাক্কী মচানুপা অহুমনি—Thanglun Hilkheng/Teklah অমসুং Thangjom। মখোয়সি গেং হায়বা চিল হিসলকী মফমদা অমদা লৈরম্মী। (গেং হায়বদি গেং ভেলি অমসুং তে হাযবদি মী হায়বনি) । Thanglun গী মচা মশুসিংনা Pangenuie মসুং Teklah গী মচা -মশুশিংনা Sempat

অমসুং Loungpi দা লৈরম্মী। Thangjom দি ক্লান ১১ লৈরম্মী। মখোয়দুদি - Suktung, Saknung, Helthang, Chontou, Jathoun, Phalcung, Sutsoung alias Selpo, Kaihmang, Tuipik, Munlhang alias Saichangle অমসুং Toukim alias Bailong অসিনি।

অমবোমদা ৱাইফৈ অমসুং গাংতেগী অহানবা পুকোক্তি Zohong নি হায়নবসু লৈ। খুলদগী থোরকপদা লিল অমনা অপনবা পীরবদা জেহোং হায়রিবা নুপাসিনা হাংখিবনি। এম ভট্টচার্য্যনা মহাক্কী Gazetter of India মণিপুরদা অুসম্না ইরি ঃ "The·Vaipheis migrated to Manipur fromthe Chin Hills before the migratin of the Thodous. They are closely connected with the Gangtes and it is said that the Vaipheis and Gangtes descended from two brothers." লুসাই অমসুং পোইশিংনা তকথোক্লকপদগী মণিপুরদা চঙলকপা ওইগনি। খৃঃ ১৮৭৭ অদুৱাইদা অতৈ জোমীসিংগা লোয়ননা মণিপুরদা চঙলক্লম্বসু ওইগনি। দাক্তর এম কীর্ত্তি সিংহনদি মহাক্কী মণিপুবী সমাজ হৌগৎলকপদা অমসুং চাওখৎলকপা' হায়বদুদা অসুম্না ইরি ঃ "অনৌবা খোংজাই ফুরূপপতি ১৯ শুবা শতাব্দীদা বর্ম্ম চিদাইদগী তাম্বোরক্তুনা মণিপুর অমসুং আসামদা চেনখি। পোলিতিকৈল এজেন্ত ওইরম্বা মেকলোক সাহেবনা মখোয়বু মণিপুরদা খুন্দাহনদুনা লৈবাক অসি ঙাক শেনবদা মতেঙ ওইনবা থমখিবনি। মখোয়দগী মার, গাংতে অমসুং হাওকপনচিংবা শাগৈ কয়া থোরকখি।"

গাংতেশিং অসি অহানবদা লিলবু ঈরাৎ পূজা তৌরম্মী। অকোনবদা নুমিৎপু পূজা তৌখি। নুমিৎ পূজা তৌবাকান্দা নুমিৎ থোকপা মায়কৈরোমদা চঙশিনবদা সমুদ্রগী ঈপাক থেংনবদগী অমুক নুমিৎনা তাবা মায়কৈরোমমদা অমুক হল্লকখি হায়নৈ।

গাংতেশিং অসি ৱাইফৈগা পূন্না খুল অমত্তদা খুন্দামিন্নবসু য়াওই। ওল্ড চুরাচান্দপুপদাসু মখোয় পূন্না খুন্দামিন্নৈ। Khovaiphei দা ৱইখৈগী চিফ Suantak তা গাংতেনা Samsal (hind leg of the animal killed) পীরুবদা ককথৎলগা মৈদা য়াইথোক্লমউ হায়রুবদা গাংতেনা শাউদুনা শাদু লংশিনবদা Suantak তা পান্দুনা শিখিবগী ৱারীসু লৈ।

হোজিক মখোয়না খুন্দাবা খুলশিংদি Longpi, Teikhang, Leikot, Phailen, Phaijang, Pangen, Santing, Phaikholum, Chengkopang, Khangpi, Trigmun, Vantungbung, Bunglon, Khousabung অসিনি।

মৈতৈলোল অমসুং গাংতে লোন্দা মান্নবা ৱাহৈ কয়া লৈ। খূদম খরদি মীৎ, মায় খূ, মৈ, মী, মাঙ অসিনচিংবা।

অসাম, মেঘালয়, মিজোবামদদি গাংতে অসি any Kukit tribes ৩৭ কী মনুং চল্লি।

খৃঃ ১৯৪৭-৫০ অদুৱাইদা য়ান্না মরু ওইবা পোলিতিকেল ওর্গেনাইজসেন অমা ওইখিবা Khulmi Organisation অসিদা গাংতেশিংসু য়াওখি। Dr. L. Kampu Gangte অমসুং Lampum Gangte হায়রিবা ওর্গেনাইজেসন সিগী একচিক্যুতিব মেম্বরশিংগী মনুংদা য়াওই। Dr. L. Kampu অসি ১৯৪৮ গী মণিপুব লেজিসলেতিব এসেমব্লিগী মেম্বর অমা ওইনা কাখি। অদুনা গাংতেশিং মতমসিৱাইদগী কুকীদগী লাপথোক্লবা হোৎনকি। ১৯৪৯ গী জুলাই ২৭ তা ইম্ফালদা চীংমী এম এল এ সিংগী ওইবা স্পিসিয়েল মিতিং অমা Mr. S. Lunbe না প্রসিদেন্ট ওইনা ফম্বদুদা ডা. কম্পুসু য়াওখি। মখোয়না তমগী মীওইসিংনা চীংমীদমক ভারত্তা তিনসিনবা নৎত্রগা চীংমীশিংগী হকথেঙননা শোকপা ৱাফমশিংদা মহুৎ শিন্দুনা ঙাঙবগী অধিকার লৈতে হায়বা ৱারেপ অমসু লৌখি।অদুবু গাংতে খরদি কুকী নেসনেল এসেমব্লি লিংখৎপদা অচৌবা থৌদাং লৌখি। মখোযগী মনুংদা Demkhoseh Gangte অমসুং Haokholal Thangjom পনবা য়াই। KNA গী ফ্লেক অসি হাওখোলাল থাজোম্না পুথোকখি। খৃঃ ১৯৯৪ দা চুরাচান্দপুরগী তুইবোংদা ফমখিবা মীফম অমদা গাংতে ওইনা তোখাইনা লৈজনবা ৱারেপ লৌখি। অদুবু তাং ১০।২।৯৯ দা চুরাচান্দপুরগী গোইয়া ভেনদা গাংতে য়ুতসএসোসিয়েসন অমসুং য়ংমিজো এসোসিয়েসন পূনশিন্দুনা মিজো ওইনা শক তাক্লবা য়ান্না সহী তৌই। অদুবু গাংতে ষ্টুদেন্দস ওর্গেনাইজেসন নিয়ু দিল্লীনদি তাং ১৩।২।৯৯ দা মর্জ তৌনখিবদু য়ানীংদবা ফোদোক্লকখি। লোয়ননা মণিপুরগী আউতর লোক সভাগী এম পি কিম গাতেনসু গাংতেগী আইদেন্তিতি মাঙহন্বা হোৎনরকপনি হায়না য়ানীংদবা

ফোঙদোকখি। মৈতৈশিংনসু তৌরক্লিবা মওংসি গ্রেতর মিজোরামগী পো কাঙবা ওইবরা হায়না চিংনবা পোক্লখি। কুকী ইনপি মণিপুবনসু তাং ১৬।২।৯৯ দা গাংতেনা মিজোদা পূনশিনবগী মতাঙদা লময়ানবা ওইখিবা হাওখোলাল থাংজো, প্রো এন এস গাংতে অমসুং দোংজাকাইবু কুকী ইনপি মণিপুরদা হল্লক্কুনা মখোয়গী প্রজা মীয়ামবু অমুক হন্না লমজীংলগনি হাযবগী থাজবা ফোঙদোকপা চেরোল থোরকখি। অদুবু মথংগী নুমিৎতা কুকী ইনপিগী প্রসিদেন্তনা মহাক্না অসুম্না চেরোল থোকখিবা লৈতে হায়না অমুক ফোঙদোকখি। মার্চ ২৯ দগী ৩১ ফাওবা চুরাচান্দপুরগী তোবোংদা গাংতে পিপলস ফোরম্না জেনেরেল এসেমব্লি কৌখি। অদুবু মীফমদুসু য়েথোকখি।

গাংতেগী লোনসি Linguistic Survey দা য়াওরমদে। অদুম্নদি ওইরবদা, ব্রাইফেগা য়াম্না মান্নে। অমরোমদা মখোয়দি 'Nor-R' কাঙলূপতা চীংঙি, 'R' গী খোম্ছোক লৈতে।

গাংতেশিংনা মমাগা পোকমিন্নবা মাম্মাগী মচানুপী Neinu গা লুহোংবসিনা খ্বাইদগী পামনৈ। (তাংখুলশিংদসু চৎনীসি লৈ ) Neinu লৈত্রগসু Neinu গী মহুৎ শিনববু লৌনৈ। মপাগী শাগৈরোমগী নুপী মীরোল, অহুমগী ব্রাংমদা লৈবা নৎত্রগদি লৌনদে। লুহোংবসি হায়ন-শীংনবগা লুহোংবনা নম্মা তৌনৈ। নুংশিনদুনা চেনবসু য়াওই নুপাগী মমা-মপানা মরী-মতাশিং Tucha অমসুং Behcha গা লোয়ননা নুপী হায়বা চৎলি। Tucha হায়বসি শম্না ইকু-ইনেমগী অনকপা মরী-মতাশিংনি। Behcha হায়বনা মী মশাদুগী মহুৎ ওইনা ব্রারী-ব্রাতাই শাবিগদবা অদুনি। নুপী ময়ুম্না য়ানীংদ্রবদি য়ু খরুং অমা পীরক্কনি। যারগদি মখোয়না অমুক হন্না চৎতুনা লুহোংবগী নুপী মমল, লুহোংগদবা তারীখ, অতৈ অতৈ ব্রাফম কায়গী মরমদা ব্রারী শানগনি। লুহোংবদি নুপীদু লৌরুরগা নুপা ময়ূমদা পাঙথোক্লে। লুহোংবা নুমিৎতা নুপা ময়ূমগী মীগা নুপী ময়ূমগী মীগা মুক্লানচিংবা তৌনৈ। লুহোংলবা মতুং চহী অমা ফারগা নুপা ময়ুম্না নুপীদু নুপী ময়ূমদা পূদুনা চাক চামিন্নরুগনি মদুবু Mous ulier হায়না খঙনৈ।

গাংতেশিং অসি মমাঙঙৈদা মশম শাংনা খাক্লগা লুখমদা কিশি কিনবগী মওং Chingnon হায়বদু তৌনরম্মী। গাংতে শাগৈগী ওইনা থকশি-খাশি নাইনা মথক -থোংববু Upa মখা থাববু Naopa অসুম্না লোয়নৈ। মৈতৈশিংসু মচা

অতোনবিবু Naopa/Naoba কৌনৈ। খুল্লাকপনা নুপী লোল্লবদি খুল্লাকপিদুনা পোকপা মচা নুপাদুনা চহীদা নহা ওইরবসু খুভম ফংগনি।

গাংতেশিংনা অশিবা মীদু মখোয় ময়ূম মনাক্তা অদুম ফুম্নরম্মী মৈতৈশিংসু অদুম্না মমাঙৈদা তৌনরম্মী। অঙাং মমিং নুপানা অহল ওইরগা মপাপোকপা মপুবোক অমসুং নুপীমচানা অহল ওইরগা মমা পোকপা মপুবোক্কী অরোইবা মিং লৌদুনা থোনবা চৎনৈ।

**সিমতেঃ**

সিমতে মণিপুরদা সেদ্যুল ত্রাইব অমনি. মীকোক থীবদা খৃঃ ১৯৫১, ১৯৬১, ১৯ ৭১, অমসুং ১৯৮১ দা মথং শীৎনা মশীং ৩৫১৮, ২৮১৪, ৪১৭৭ অমসুং ৫০৩৫ ওইখি।

ত্রাইবেল বেঞ্চ মার্ক সর্বে ১৯৮৩-৮৪ গী মতু ংইন্না চুরাচান্দপুর সব-দিবিজন দা য়ূমকো ১৮৬, মীকোক ১১৩৬, সিংহাৎতা য়ূমকোক ২৫০ মীশিং ১৫২৫, থানলোন্দা য়ূমকোক ৮৩, দিপাইমুখতা য়ূমকোক ২ মীকোক ৯, পূন্না চুরাচান্দপুর দিষ্ট্রিক্টা সিমতে য়ূমকো ৯১৮ মীকোক ৫৪৮০ লৈখি।

সিমতে হায়বগী অর্থদি নোংপোকলোমদগী মী হায়বনি। সিম হায়বদি নোংপোক, তে হায়বদি মী হায়বনি।

মখোয় অসি 'খুল' দগী থোরকপা কাঙলূপকী মনুংদা য়াম্না লিরবা অমসুং শীংথানবা য়াবা মীওই কাঙলূপনি.অদুবু মণিপুরদদি নিয়ু কুকী নৎত্রদা খোংজাই কাঙলূপতা চীংলম্মী। মণিপুরদা চঙলকপা পঙকুই কুইদ্রি, মীশিংসু পঙয়াম য়ামদে। "the so called New Kuki clans the Simte, the Paite,The Zou, the Hmar and the Thadou came to Manipur in the 18th and the 19th century A.D." (Rev. S. prim-Vaiphei).

Captain E. W. Dun B.sc. গী Gazetteer of Manipur" ১৮৮৬ তা খোংজাই নৎত্রগা নিয়ু কুকীগী সব দিবিজন অমা ওইনা ইরম্মী। They are subdivided as under (i) Thado, (2) Vungson, (3) Changsen, (4) Singso, (5) Mangvung, (6) Khlongam, (7) Ghengloe, (8) Chongput, (9) Haokip, (10) Simmte অমসুং (11) Kamhou ।

অসুম্না সিমতে অসি নিয়ু কুকীগী সব-দিবিজন অমনি হায়রম্মী।

অমুকসু মহাক্না সিমতেগী মতাঙদা অসুম্না ইরম্মীঃ "The Simmte being strange to the country, hold pretty well together. They can muster about 850 fighting men of which one half are said to pocess guns and their villages are all clusterred together inthe south-west corner of Manipur, The chief by name Sumkam is a young man of not veryfriently bearing.

He has a rival in a chief called Pumlal,an older man and to all apprearances more friendly."

মসিদা পল্লিবা পুমলাল অসি Losao গী চিফনি. লোসাও সি Kailam Peak কী ৱেষ্টর্ন স্লোপতা লৈবনি। সুমকাম অসিনা লাংজাংগী চিফনি, তিপাই (তুই-ভাই) তুরোলগী হৌরকফমমনাক্তা লৈবা খুলনি। মখোয অনীগী খুলসি চাউরাক্লা য়ুম্নাক ২০০/২০০ রোম লৈবনি। মশা মশানা সিমতে ক্লানগী চিফনি হায়না ক্লেম তৌবনি। তিপাই তুরেলগী হৌরকফম ময়াদা তাবা সিমতে খুল ২১ মুক, তোর্ব্বুংদা তারম্বাখুল অহুম অমসুং কাইলাম পীক্কী ৱেষ্টর্ন স্লোপতা অমা পূন্না খুল ১২ লৈরম্মী। অদুবু খুল খবদি য়ুম্নামক ৫ মুক্তা তাই। খূদম ওইনা Mangyol। খুল খরদি চিফ খরগী মমিং লৌদুনা থোল্লি, খূদম ওইনা Sepjing, Tolpi, Theongkhulet অসিনচিংবা। খুল অয়াম্বদি হৌজিক্তি মৃৎখ্রে।

আর ব্রাউন্দনসু মহাক্কী "Statistical Account of Manipur' ১৮৭৩ দা সিমতে অসি খোংজাইগী সব-দিবিজন অমনি হায়বম্মী। "The khongjai tribe of Kukis have the follwing chief sub-divisions ; Kudingma, Hawkip, Monbi, changfut, and Sumti. Many other names might be given but the above represent the chief families or divisions. " Simte গী বানান অসি Sumte/Soomte অসুম্না মহাক্না শীজিন্নে।

জানুৱারী অমসুং ফেব্রুৱারী ১৮৭২ গী লুসাই এক্সপিদিসনদা Captive ৬৪৯, রিফ্যুজী ১১২ লাক্লুনা মহারাজদা চঙরকখি। রিফ্যুজী ১১০ দি কোমহাওগী মখা থাবা সিমতেনি হায়না আর ব্রাউন্দনা মহাক্কী লাইরিকসিদা পনলি। হায়রিবা

মীওইশিং অসি মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা থাঙজিং চীংশাং অমসুং মোইরাংগী খা নোংচুপ্তা লৈবা তম্পাক্তা লম পীদুনা খুন্দা -লৈতনা লৈহনখি।

*সিমতে অমসুং অনৌবা খোংজাই ফুরুপ অসিবু জোনস্তোন সাহেবনা* নিংথৌগা তান্নরগা মখোয়বু মখা মায়কৈদগী সুকতে/ অকামহাউ লাকপবু থানাদা পাউ পীগদবনি হায়না মথৌ শিন্নদুনা পালহনখি। নোংমৈ পীরগা সিফায় ভিলেজ ওইনা হৌজিক্কী চুরাচান্দপুর অসিব্রাইদা পালহনখি। (মৈজিংলুং কামসোন)

হৌজিক মখোইনা খুন্দারিবা খুলশিংদি Lungthul E, Songdai, Maokot, Bolkot, Alu Singtam, Toitenphai, Lamka Simveng, Thanlon, Sainouaring, Leizangphai অসিনচিংবনি।

**জৌ ঃ**

জৌ অসি "New Kuki' গ্রুপকী মনুংদা চল্লি। মখোয় অসি ' খুল' দগী থোরকপা মীওই কাঙলূপকী মনুং চল্লি। মীওই খরগী মোৎতদি 'জৌ' হায়বসি জৌমি কাঙলূপকী পুকোক্লি হায়। জৌমি হায়বদি জৌগী মচা-মশু হায়বনি। জৌ অসি চিন হিলসতা Tedam Chin হায়রগসু খঙনৈ। মখোয়সি পাইতেগা য়াম্না নক্নবা কাঙলূপনি। 'জৌ' অমসুং 'পাইতে' দা মান্নবা ক্লান খরা য়াওরি। মদুদি বাইতে, সিমতে অসিনি। বাইতে খরনা জোমি ওর্গেনাইজসেন্দা, খরনা পাইতে নেসনেল কাউন্সিলদা য়াওই। জৌমী সব ক্লান অসি ২০ লোমনি হায়। মখোয়গী মনুংদা Moulun, Mangtung, Tungnung, Tunlut, Tungte, Phiamphu, Taithul অসিনচিংবনি।

'Nantal Neino' হায়বসি জৌশিংনা খুনদারম্বা খ্বাইদগী লিরবা খুলনি থাজনৈ। মসিদগী মথং মথং শন্দোরকখিবনি হায়। খম্পাত অসিসু জৌমিগী মপা মপুশিংনা খুন্দারম্মী হায়নৈ।

মখোয়সি অসি কাওহাও/সুকতেশিংনা তকথোক্লকপদগী মণিপুরদা চঙলকখিবনি। Lai শিংনদি জৌশিংবু হন্থুনা য়েংবগুম তৌরম্মী। "For the Lais to accept Zo ( Aou) as a name is especially difficult because they call their southern neighbours zo (Zou) a people they regard as uncultured and uncivilized." (Dr. Vunson: Zo History)

Zou/Tedam Chin নচিংবা জৌমি কাঙলূপসিং অসি মহারজা চন্দ্রকৃত্তি সনা হাক্কক্তা খৃঃ ১৮৭৭ তা মণিপুর্‌দা খুন্দাখি, বৃটিশশিনা মখোয়সি 'য়ো' হায়না ইরম্মী। মোইরাংগী মনাক্তা চুরাচান্দপুরদা লৈহনখি। মখোয়সি কামহাওগী মখাদা লৈরম্বদগী কামহাওগী মী কামহাওতে হায়নসু খঙনরম্মী। খৃঃ ১৮৬০ অদুৱাইদা তিদিম অদুৱাইদা লৈরম্বা খুলশিং থাদোক্তুনা মথং মথং অৱাংলোমদা হোংগৎলক্তুনা চহী ১৮ লোমগী মনুংদা মণিপুর য়ৌরকখি। জৌ জাতিসিংগী মনুংদা মানপন শাগৈনা লুচিংবনি। চিন হিলসতা তেংলম, ত্রেলপি, পলতুম তুংবেল, পুমতাংঅসিনচিংবা মখোয়গী খুলশিং থাদোক্লগা লাকপনি। (Meijinglung Kamson)

খৃঃ ১৯১৭-১৯ দা থোকখিবা কুকী লালহৌ অসিদা জৌশিংনসু হাওকিপ কুকীশিংগা খৃৎশম্নদুনা অকনবা লান থেংনখি/জৌশিংগী লুচিংবদি Pau Langzaching Manlun Chief of Behieng না ওইখি। Hengtam অমসুং Lhite গী খুল অনীসি লানবন ওম্থোকখি। নুমিৎ চুপ্পা নোংমৈ কাপনদুনা লাম্থেংনখিবা অসিদা Sokvel কৌবা জৌ নুপাসি Coun/Imphal তুরেল মপান্দা থৱায় থাখি। লাল লোইশিল্লকপা মতমদা জৌ লুচিংবশিংনা দন্দি ফংদনবা মখোয়দি তিতোন হাওকিপকী প্রজানি হায়না খুমখি।অদুবু জৌশিংনা হাওকিপশিংগা পূন্না বৃটিশকী মায়োক্তা আইজোললোমদগী চঙলকপা কেপ্তেন গুদাল লেফতেনেন্তে কার্তর অমসুং সুবেদার ভবানী সিংহনা Hengtam দা থোমজিল্লকপদা অকনবা লাম্থেংনখি। Pu Langzaching না South Western Zone (Behieng, Hengtam, Lhite অমসুং অতৈ Fornts) গী কমান্দরনি। Pu Goulun Manlum সি হেংতমগী চিফনি। হেংতম এরিয়াগী মহাকু কমান্দরনি। মহাকসি an Excellent military strategist অমা ওইনা শীংথানৈ। বৃটিশশিংনা মাগী খুলসি অনীরক লান্দাশিনখি। Gotengkot কী জৌ চিফ Pu Doungul taithul নসু Captain Steadman অমসুং মাগী সিফায়শিংগী মায়োক্তা অকনবা লান থেংনখি। মশামক মথ্বায থাজববসু নুপী অঙাং অমসুং মহাক্কী প্রজা কয়া খুদোংথীদবা মফমদা থৈদোকহনখি।

১৯৪২-৫ পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওদসু INA দা জৌ কয়া য়াওদুনা বৃটিশকী মায়োক্তা লাম্থেংনকি।

খৃঃ ১৯৪৭-৫০ দা য়াম্না মরু ওইবা পোলিতিকেল ওর্গেনাইজেসন অমা ওইখিবা Khulmi Union দসু জৌশিংনা য়াওরম্মী।

জৌ অসি চুরাচান্দপুর অমসুং চান্দেল দিষ্ট্রিক্তা অনীসিদা মাইনর গ্রুপ ওইনা লৈ। খৃঃ১৯৬১, ৭১ অমসুং ৮১ দা মীকোক থীবদা মথং শীংনা ৬৭৬১, ১০,০৬০ অমসুং ১২,৫৭৬ লৈখি।

ত্রাইবেল বেঞ্চ মার্ক সর্বে ১৯৮৩-৮৪ দগী খঙবদি জৌ সি চুরাচান্দপুর সব-দিবিজন্দা য়ূমকোক ৭৪৪, মীকোক ৪৬৭৫, সিংহাত সব-দিবিজন্দা য়ূমকোক ৮২৮, মীকোক ৪৫৭২, থানলোন্দা য়ূমোকে ৫৪, মীকোক ৩৩২, হেংলেপ্তা য়ূমকোক ১০৭, মীকোক ৬৭২ পূন্না চুরাচান্দপুর দিষ্ট্রিক্তা য়ূমকোক ১৭৩৩ মীকোক ১০,২৫১ ওইখি। চাকপিকারোংদা য়ূমকোক ১৫৭, মীকোক ৭৫০ ওইখি।

জৌশিংনা খুন্দারিবা খুলশিংদি ঃ Behieng, Hengtam, Molhem, Munhoi, tuimanjang, Behiengjang, Singhat, Simuh Songkong, Khullen, Belpen, Jabellie, Buhsao, Khajang, Tuiniung Vaipheimuol, Singtom, Gel ngai, Bushau Likhai,Chievppi, Zoveng, Suognpek, Zoutung, Sumchingvem. Theigotang, Muolum, Gelzang অসিনচিংবনি।

**মাতেঃ**

মাতে মণিপুরদা সেদ্যুল ত্রাইব লিস্ততা য়াওদে। 'Songza' হায়বসি মাতেশিংগী পুকোক্লি থাজনৈ। মাতে অসি সোজাংদগী ১০ শুবা শুরোন্নি। মাতেগী মচা অহুম পোকখি। মখোয়দুদি Langsun, Langgen অমসুং Teltang নৎত্রগা Chethang । অকোনবগীসিদি Illegitimate son নি হায়।

Langsun দী Clan 12, Langgen দগী Clan 7 অমসুং Chethang দগী clan 1 পুন্না মাতেদা ক্লান ২০ লৈ।

মাতেশিং অসি Khul দগী থোরকপা কাঙলূপকী মনুং চল্লি। মখোয়গী পুকোক Shongza অসি Nawipigam (subtarrenean country) দা লৈরম্বদগী নোংমা Khul/Cave কী গেত থেংনখি। মদুদগী Soungthu, Zahong নচিংবা মাগী মরী-মতাশিংগালোয়ননা খুলদগী থোরক্তুনা

Tungkhunom লাকখি। Songthu গী কাঙবুদি লমখাঙদা কায়নখি। মথংদা মখোয়না Tualjang Vaillge লিংখৎখি। মফমসিদা মচানুপা Zamang না পানবা মতমদা Songza নোঙ্গাখি। TualLjang দগী মখোয়না Tualmun দা হোংখি। অসুম্না মথং মথং লাকপনা Suantak না চিফ ওইবা Siyang village দা লৈখি। Sauntak কা য়াম্নদবদগী Tanglun, Phaiyang মথংদা Koku village দা চেন্দুনা খাঙখি। মফমদুদগী চিনশিংনা তাম্থোকপদগী Sailo Chief Paoboi দা চঙজফম লৌখি। অদুগী মণিপুরগী খা খংবা শকক্তা চঙলক্কুনা Pangen হায়বা মফমদা ইহান হান্না মাতেগী খুল অসি শেমগৎখি।

চিন হিলগী Zouyang Village দা Langsun না মাতে ত্রাইবকী চিফ ওইনা চহী কয়া নুংঙাই-য়াইফনা পানখি। অদুবু খৃঃ ১৮২৩ দা Pois না Zouyang সি মাঙ - তাকহনখি।অদুদগীখা-ব্রাই খঙদনা কোয়চেন চেন্নখি। Langsun Clan গী Junior Lineage অমা ওইবা Suthang না চিফ ওইবা Thangkhal খুনদা মাতে খরনা চঙজফম লৌখি। সুক্তেশিংনা খৃঃ ১৮৮৭ দা Thngkhal দা লান্দশিন্দুনা মাযথীবা পীখি। মায়থীববা মাতেশিংনা Thangkhal থাদোক্লমদুনা Khaukol Village খৃঃ ১৮৮৮ দা লিংখৎখি। মসি মণিপুরগী খা থংবা মঙখৈদা লৈবা খুলনি। Thangkhal দগী চেনখিদুনা মীওই খবনা Ziltong Mate গী মখাদা খৃঃ ১৯৪৯ দা Tuisomyang খুল অসি লিংখৎখি। খৃঃ ১৯০০ দা Salbug খুল অসি sohem অমসুং solim গী মখাদা Aiyapurel Area দা লিংখৎখি। Chelep খুল অসিনা খৃঃ ১৯২৫ দা Khuphol না Samkhong -Haokip Thadou খুলদগী চেল্লগা লিংখৎখি। অসুম্না মথং মথং শন্দোবকপনা হৌজিক মণিপুরদা মাতে খুঙ্গং ৪০ অমসুং মীশিং ৭৮৪৯ লৈ হায়রি। চুবাচান্দপুরদা ১০, চান্দোলদা ২৬ সদর হিলসতা অমসুং উখ্রুলদা ২ নি।

মাতেশিং অসি হাওকিপ-থাদৌ অমসুং জৌশিংগা চারৌ-মৌরৌনৈ। মাতেগী মচা Langgen না জৌগী চিফ Manlum গী মচানুপী লুহোংদুনা লৌখি। পাইতে, জৌ অমসুং তিজিম চিনগী লোনসি য়াম্না মন্নে।

মাতেশিংনা শাগে মশেল লৌন লৈনবা য়াদে। মপুরোইবা শিগ্রগা মপুরোইবগী মনাও নুপাদুনা পাখঙ ওইরবদি মঙোন্দা ময়ূম পানবা য়াই। (তাংখুলদসু অদুম

তৌনবা য়াওই)। নুপীগী মমল পীবা চৎনৈ। শন্দৎ ৭, শেম্নুং অচৌবা ২, লীক পরেং ২ অমসুং মাতেগী ইন্নবা ফি Poundum জুবা অমা পীনৈ। মমাগী মনাও নুপাগী মচানুপী লুহোংবা চৎনৈ (মসিসু তংখুলদা তৌনৈ।) মসিবু Nein মনে মতুং ইনবা কৌই। মপাগী মচননুপীগী মচাদা মচা নুপী থাজববু তৌনৈ।

মাতেশিংনা খৃষ্টান ধর্ম্ম চৎত্রিঙৈদা Indawi (ইমুং লাই) অসমুং Gamdawi (উমং লাই) লাৎনরম্মী। Siampu হায়বসি মাইবা / পুরোহিতপুনি। মচানুপা অহল না Upa পিবানি। মহাক্না মপাগী স্বত ফংগনি। মরী মতা অসি লুহোং - কৈহোংবসু মেলাদা শোয়দনা য়াওহন্নবী চৎনৈ।

অঙাং পোকপামতমদা খোয়রীন ফুম্বা চৎনৈ। নুপী ময়ূম্না চাপোকপীনা চানবা চাক, শা-ঙা পুরকপা চৎনৈ। নুপা পোকপনা হেন্না পাম্লে। অঙাংগী মমিং থোনবদা মপুবোক্কী অরোইবদুনা হান্না লৌরগা থোন্নে। ৭ নি শুবা পীজ পীথক তৌনৈ।

শিবা মতমদা মমাক / ময়া নুপানা কোম তৌগনি। ফুম্বদি মকোক্না নোংপোক ওন্দুনা লোংনা ফুমগনি । মানা শীজিন্নবম্বা লীরু-তেন, থাঙ-তা, হীদাক ফুনচিংবা ফুম্বদুদা হাপ্লে। শিরবা মীদুনা নুমিৎ৭ নিসিদি মাগী মরী মতানা মাগী চানবা শরুক মোংফমদা থম্লে। ৮ নি শুবদা 'Kharamkhar' হায়বা সেরমোনী অদু পাঙথোক্তুনা অশিববু অসি লম Masikhuo' দা চৎহনখি।

খৃঃ ১৯১৭-১৯ গী কুকী লালহৌদা সিংহাত এরিয়াদা বৃটিশকা জৌ অমসুং হাওকিপশিংগা অকনবা লাম্থেংনখি। মসিদা মাতেশিং শরুক য়াখি। Behing গী চিফ Ph. Lang Zaching না মায়কৈ অসোমগী লুচিংবনি। য়াম্না কন্না ঙাক -শেনবা Hengtham অমসুং Lhite খুল অনীসিদা বৃটিশ্না থুগাইনবা হোৎনরকখি। Goun river/Imphal river মপান্দা Sovel Zou মথ্বায় থাখি। Sokam Mate সু কাপ্নবা অসিদা মথ্বায় থাখি, মহাক Khajang খুন্দাগীনি।

পৃথিবীগী অনীশুবা লাঞ্জাওদা মাতেশিংনা INA দা শৌগৎখি। Pu Kamhang Mate অসিনা আই এন এ গী Chikahm camp; Upper Burma দা লৈবশিংদা Civil Suppplier ওইনা Co-operation পীখি। জাপানীজ সিফায়সিংগা Kiliva দা চৎমিন্নরিঙৈদা বৃটিশ আর্মিনা মহাকপু ফাখি। ইম্ফালদা বিচার তৌনবা পুরকখি, ২।৬।৪৪ দগী ২৬।২।৪৫ ফাওবা থা ৬ জেলদা থমখি। জনুৱারী ১৯৭৫ দা Tamrapatra Award পীদুনা ইকায়

খুম্নখি।

খৃঃ ১৯৪৭-৫০ অদুৰাইদা য়াম্না মমিং লৈরম্বা খুলমি নেসনেল য়ুনিয়ন্দা মাতেসু য়াওখি। য়ুনিয়ন অসিদা ত্রাইব ২২ য়াওখি। পু হোলপাও মাতেসু হায়রিবা খুলমি য়ুনিয়ন অসিগী ফাডন্দর মেম্বর অমনি।খৃঃ ১৯৪৮ দা পাঙথোকখিবা এসেমব্লি ইলেক্সন্দা মহাক্না তেংনৌপল পার্ট টু এসেম্বলি কন্সতিতুয়েন্সিতগী KNA গী মীরেপ্পু ভোট ৬০২ হেন্দুনা কাখি। মহাক্না থানা খুলমি য়ুনিয়নগী মীওই ৭ কাখি। অদুম ওইমক লুচিংবা ৱাৎপদগী খুলমি য়ুনিয়ন্না মরায় চায়থবকপদগী মাতেনা কুকীদা অমুক হল্লকখি।

খুলমি য়ুনিয়ন্দা য়াওম্লিরম্বা পাইতে, ৱাইফৈ,গাংতে, সিমতে, জৌনচিংবদি ১৯৫৬ তা সেদ্যুল ত্রাইব লিস্ততা য়াওরকখি। অৱাংবদি মাতেদি সেদ্যুল ত্রাইব লিস্ততা য়াওরকখিদে। মেমেরোন্দা কয়া ভারত সরকার অমসুং মণিপুর সবকারদা শক খঙলবা ত্রাইবম ওইনা লৌবিনবা হায়বসু অরেম্বা তাদুনা তাখি। হৌজিক Any Kuki tribe হায়না অমদি য়াওরে।

মাতেদা নুপাতনা সম্পাতি ফংঙি, নুপী ফংদে। অয়াম্বা মচানুপা অহন্না ফংঙি, মমা-মপাগী য়ুম-ইশ্খোলবু মহাক্না ফংঙি।

খুল হোংখিবা তারবদি চিফকী অয়াবা হান্না লৌগদবনি। নৎত্রবদি মহাক্কী মরন সম্পতি চিফনা মৎকনি। খুঞ্জা অমনা ফারুবা শাগী মখোঙ খুদুং অদু চিফতা কৎকনি। ফৌ থুমোক ১০/১০ চিফতা চহীগী ওইনা পীগনি।

মাতে চিফ অমসুং মহাক্কী কাউন্সিল ওফ মীনিস্তবনা খৎন-চৈনবা, নুপী খাইনবা, মশা য়াদনা নমদুনা নুপীগী ইজ্জৎ মাঙহনবা, হুরান চীঙ্থি অসিনচিংবা কয়াগী ৱারেন বিচার কয়া পাঙথোকই।

মাতেগী কূম্মৈ-ফিয়োংশিংগী মনুংদা Lawn Juneh, tang-aai,Sa-aaii অমসুং Toun feast পনবা য়াই। Lawn Juneh লৌ লোকপা লোইবগা দিসেম্বমর থাদা পাঙথোকপা কূম্মৈনি। চিফকী য়ূমদা পাঙথোক্কনি। লৈশা ফানগী নুপীশিংনা য়ু শুংগনি, পাখঙ ফানগী কাঙপূনা Lawnset kom (Totem Pole) শেমগনি। Sheethang হায়বা উ মখল অমগী ফুত ২০ দগী তাদনা শাংবা মতোন্দা মশা লোঙবা অসিনা শেমগনি। Tang-aai হৌখিবা চহীদা ফৌ টিম ১০০০ গী মথক্তা লোকপা ঙম্বী মাতে নুপীদুনা খুঞ্জাশিংবু নোংমা পীজ পীথক

তৌদুনা পাঙথোকপা কুম্মৈনি। Sa-aaii কৈ নোংশা, শামু, শওমনচিংবা হাৎপা ঙম্বা নুপাদুনা খুঞ্জাশিংদু নোংমা পীজ পীথক তৌদুনা পাঙথোকপা কুম্মৈনি।

Tuon feast : Mate Worrios অমসুং Hunter শিংনা অশি লমদা Misikhuo দা নুংঙাইনা লৈনবা কুম্মৈসি পাঙথোকই। নৎত্রগদি মানা হাৎখিবা শা/মী অদুগী থৱায়না Misikhuo গী থোঙ্গান্দা অথিংবা পীদুনা ওৎকনি থাজনৈ। Tuon Feast অসি পাঙথোক্লবদি নুংঙাইনা অশি লমদা শিথ্রবা মপা-মপু উনদুনা নুংঙাইনা লৈ থাজনৈ।

হৌজিক্তি মাতে অযাম্বা খৃষ্টান ওইখ্রে, কেথোলিকনা অয়াম্বা ওই। ইমুং লাই (Indawi), উমং লাই (Gam Dawi) নচিংবা ইপা-ইপুগী লাইবু থাজবা কাঙবুসু অদুম মরৈরি।

**খাশিঃ**

খাশি মণিপুবদা শক খঙবা সেদ্যুল ত্রাইব নত্তে, অদুবু শকখঙবিনবা তাক্লরিবা ত্রাইবশিংগী মনুংদা অমনি।

ত্রাইবেল বেঞ্চ মার্ক সর্বে ১৯৮৩-৮৪ গী রিপোর্ততা খাশি মশীং তমেংলোংদা ইমুং ১ মীশিং ৩, মাও-মাবাম সব দিবিজন্দা ইমুং ১ মীশিং ১ খক্তা লৈখি। '

খাসি সি Mon Khmer Branch কী Austric family গী মনুং চল্লি। খরনা মখোয়সি বর্ম্মরোমদগী Patkoi Hills ফাওদুনা চঙলকখিবনি হায়। খরনা খাশি অসি ভারত্তা চঙলকখিবা অহানবা মাঙ্গোলিয়ানশিংনি হায়। খরগী মোৎতনা অৱাংলোমদগী হৌজিক্কী বাঙ্গলাদেশকী মনুং চন্না লৈরিবা সিলেত ফাওদুনা লাকখিবনি হায়।

খাসিগী লম অৱাং থংবদা লৈবা কাঙবুবু 'Bhoi' নোংচুপলোমদা লৈবা কাঙবুবু 'Lyngngam' খারোমদালৈবা কাঙবুবু 'Wars' অমসুং Central Plateau' দা লৈবা কাঙবুবু 'Khnram' কৌই। খাশিদসু মীওই কাঙলূপ অসি মখল মরি থোক্লা লৈ। মদুদি ঃ Ki-Shiem নিংথৌগী শাগৈ; Ki-lygndon পুবোহিৎ শাগৈ; Manisterialclan অমসুং Plebian clan.

খাশি মচা নুপী অতোনবী Kakhadduh হাযবসিনা মমা-মপাগী সম্পতি ফংগনি। "The unique feature of the Khasiis is their Matrilineal

system in which descent is traced fromthe mother and women also inherit property. the children bear the title of the mother 's clan and not of the father" (Dr. Mrs. MPR. Lyngdoh : Culture The undercurrent Focus of Meghalaya)

খাশিদা ইহান হান্না লিংখৎখিবা সোসিও-কলচরেল ওর্গেনাজেসনদি 'Seng- Kasi' অসিনি। খৃঃ ১৮৯৯ দা লিংখৎখিবিনি। লাইরিক লাইশু হৈরবা মখোয় খরনা খৃঃ ১৯২৩ দা 'খাশি নেসনেল দরবার' লিংখৎখি. মসিনা খাশিশিংদা রাজনীতিগী জ্ঞান পুরকখি।

মৈতৈগা খাশিশিংগা লৈনরকপা মরীশিং চেংলৈ নিংথৌ থাংয়ি খোংজ্রোম্বগী মচা নুপা চীংচেং নারল পাঙ্গনবগী মতম অদুব্রাইদগী ওইনা তৌই। মতাঙ অসিবু 'নিংথৌরোল লম্বুবা' (অনীশুবা শরুক) জেনেরেলএদিতর দা ঃ হাওবম বিলাসিনী দেবী লামায় ১৫৯ / ১৬০ দা অসুম্না ইরিঃ "লহাননো হয়িঙৈ থাংয়ি খোংচারোংনা মপারি চীঙমিংথোবু চুনবা চীঙচেং নারল পাঙ্গলবা থাংচী ব্রাই ৭ ঙম্বনা চীঙঙু নোংপোক মহাদেব তাংচা লিলনা ঙংকোইনা কাংক্রুসিংলেন লৈরোইনবা মকাইফমগী সনখোম লাইজা য়িঙৌরকেপু য়িথককে হায়না মোগোল খাহি মচীঙ শাংবু কারকঙৈ মোগোলমনিল নাইবনা।। অকি লাইখংননা থোংনাং হিংচা য়াইতম্বা কচারি য়াইকাপ্পা ময়াংমনু নলনা থমলববু থৌদু চীঙবু হুৎনা চীঙলেননাপোম অমদা চোংথোক্লককপা সনখোম লাইজ য়িরোকনংদা য়িরু সানতেংনা লাইজ য়িথক্লবগা হেমোগোল খুন্নৌ তোংবা -ও ঐদি পোইরৈ মৈতৈ থাংয়ি খোংচারোমপা মপারী চীঙচেং নারল পাঙ্গনবা কৌবদি ঐনে হায়না পাওমেলবু মোগেল খুননৌ তোংবনা পুননা পুননা মপৈ মপৈ ঙাইনখিতে। মনু লাইহিংচবু খাচিক এ। খাহি মপাচা পোইরৈ য়িয়েলনুনে হায়না শোন্নরে অদু নোংগীবু সরাপুনশিং-ও তৌনা কৌএ।" অসুম্না চিংজেল নারল পাঙ্গনববু থোংনাংদগী মীশক ওইরবোই নীংদুনা খাশিগী খুনয়ায়দা নূংনা নন্দুনা থম্ববু ইরায় লায়না হুন্দোক্লুনা মাগী তৌবা ঙম্বা শক্তি ঊৎথোকপা মতাঙবু থারি। লোয়ননা চেরাপুঞ্জি করম্না কৌখিবগে তাক্লি।

'চেংলৈরোন' (অইবা শ্রীনোংমাইথেম মনাওয়াইমা সিংহ) গী মতুং ইন্নদি চীংজেল নারল পাংঙনবা অসি থায়য়ি খোংজ্রোম্বা অমদি পেনু লৈমরেনগী মচানি। মৈতেংঙু নাওখম্বনা থাংই খোংজ্রোম্বীগী তালোই য়োইরুমলোন য়াওরৈমা চনুবু

তাওজিং মরু পানবা লোইদাম থা অহুম ফারকপদা লৌখিবদগী, সেলোই চিংলাংমৈদা নোংবান কানকপ,চুম্মৈশাংগা কাখিদনা আব্রং পাখং য়োইরেনগী মমোম সা খোমদোন পেনু কৌবিসি লৌখিবনি। অদুনদি চিংজেল নারল পাংঙনবা অসি মৈতিংঙু নাওফাংবগী (৪৭৮ এদি -৫১৮ এদি) গী থংমু নাওমু ওইনা লৌবা য়াই।

মহারাজ গম্ভীর সিংহনা ফারম্বা খাশি লুচিংবশিং অদু কনানো হায়বদু 'খাইঙম্ব' দা অসুম্না ইরি ঃ 'লাইরেল মৈতে নিংথৌনা।। খাহীশ্বর মনিংথৌ।। চঙিশাং ব্রাপীহয়হৈব।। চৌবর সিং অথৌবগ।। নোংগ্রাং নোংচেল মনিংতৌ তিল্ল চিঙশাং লালহৌবগা।। খাই চিন্দ্রং মনিংথৌ।। পারমনি হয় নিংথৌগা। লানজিংলেন অহুনচিংনা।। হুয়েন লাম্বুম চামবু।। তুবি শামু মাঙ্দা থা। কাওরেন শঙ্গু হোইবগুম্ ।। খাহি মাঙদা হোইরগা।। গ্রান্ট স্কট সাহেব অনীগী।। শমু খুৎতা শিন্নরে।" অদুগা 'নিংথৌরোল স্মুব' দনা অসুম্না ইরি ঃ " হুয়েন লানকিদি খহি চিন্দ্র মিনংথৌগা চবর সিংহ লৈনিংথৌগা মরিয়া মনিংথৌ কালারাজ অথৌবগা ৩ মচিংনা চীঙলেন নাপ্পক্ সারোল হু পাসালোং মরৈমাবী ব্রাইকুং মরি মরৈমাবীসুং য়াওনা হুয়েন লাল্পুম ১০০ মপু কাইহল্লে।" লাইরিক অনিসিদা ইরিবসিগা R. Premberton গী 'The Eastrn frotier of India' দা ইরিবসিগা চুশিন্নদুনা য়েংবদা মৈদিংঙু গম্বীর সিংহনা ফারম্মী হায়রিবা লুচিংবা অহুম অসি Zubbur Sing, the chief of Ramryee, Bur manick অমসুং Kala Rajah of Nunspung নৎত্রগা Oolar Rajah of Muriaw ওইগনি। মরিয়া নিংথৌ কালারাজ হায়রিবসি মরিয়াগী নিংথৌদি Oolar Raja হায়বম্মী অদুগা কালরাজ ওইবা তারগনা Nunspung গীনি। Bur Manick অসি 'খাইঙম্ব' দা পারা মনি হায়রম্মী। অদুবা লাইরিক অনীসিদা চিন্দ্রং/চিংন্দ্রনিংথৌ হায়রম্মী। Bur Manick না পাল্লম্বা লমগী মতাঙদা R. Pemberton না অসুম্না ইরম্মীঃ "Bording upon singh Manick's domain and forming a part of the province of Kyrim stands that of Bur Manick"

Kyim অসি (Khairm) or Nong Khrem হায়নসু খঙৈ। অদুনদি NonKhrem গী শরুক অমদা পানবা ওইগনি। অদুবু হায়রিবা লুচিংবশিং অসি বৃটিশতা মশানা সরেন্দর তৌবদৌনা ইরম্মী "Bur Manick, after having

been carriede as a prisoner to the plains was restored by Scott to a portion this former possession." চবর সিংহ্গী মতাঙদদি অসুম্না ইরি : Jubbur Sing, the cheif of Ramryee, had tendered his sumission to the British Govt. Oct 1829 and was murdered in November of the follwing years, by his kinsmen Nych Koowun and Lall chund.."

অদুগা খ্বাইদগী মকোক ওইরিবা Terrut, Raj Nungklao অসিবুদি মহারাজ ঘম্বীর সিংহ্ ফাকিবা লৈতে। মহাক্তি 13the January 18... দা Mr. Ingils দা Nursingare হায়বা মফমদা সরেন্দর তৌখি। মতাঙসিবু R. Pemberton না অসুম্না ইরি : Teeruit Singh hemmed in an every side, and unable longer to elude the vigilance of his pursused renewed his overturns for surrender on the 9th of January 1883, deputed jest roy, his confidential Muntree, to treat with Mr. Ingils, who commanded the post of Oomchinglung.. the 13th was the finally determiend upon for his surrended on the day appointed, the Rajah tee Singh, met Mr. Ingils at Nursingare miles east of Oomchilung... Teeruit Singh was converyed to Myrung, from were he was taken to gowhatee in Assam and eventually confined in the jails of Dacca where he remains a state prisoner for life

অসুম্না চৈথারোল কুম্বাদা " নিংথৌ ফাতুনা সাহেপতা পীরমএ হায়রগা Foot noet তা Teerut Singh হায়রিবসি চুমদে।

**চখেশাং :**

চখেশাং হায়বা ত্রাইব অসি ত্রাইব অহুম হায়বদি Chakru, Kheza অমসুং Sangtam অসিগী অহৌবা ৱাহৈশিং হায়বদি Cha Khe Sang অসিনা পূনশিন্দুনা খৃঃ ১৯৪৮ দা শেমখিবনি। অহানবদি, Pochury Tribe সিসু য়াওরম্মী অদুবু তোকখ্রে, সংতম অসিবু তোখায়না সংতম ওইনা অদুম শক তাকচবসু য়াওরি।

মমাঙঙৈদা Chakruma অমসুং kheazama অনীসিবু পূন্না ইষ্টর্ন অঙ্গামি হায়না খঙনরম্মী। অঙ্গামিগী কস্তম অমসুং কলচরগা য়াম্না মন্নে। মখোয়গা চারৌ মৌরৌনবসু তৌই। লোলসু মখোয় মশেল অঙ্গামি লোন্না ফাওনৈ। ৱেষ্টর্ন চখেশাংশিংদি সেমা লোসু খঙঙি। মরু হৈনা চখেশাং অসি নগালেন্দগী ফেক দিষ্ট্রিক্তকী খা থংবা শরুক্তা খুন্দা লৈতনানা লৈ। ফেক দিষ্ট্রিক্ত অসি কোহিমা দিষ্ট্রিক্তগী দিসেম্বর ১৯৭৩ দা খায়দোক্তুনা শেমখিবনি। জোন-দিষ্ট্রিক্তসু মখোয় খরা খুন্দা-লৈতানা লৈ।

চখেশাংশিং অসি অতৈ নাগাগুম্না খেজাকোনোমাদা লৈবা নূং অদুদগী থোরকপনি থাজনৈ। Hokishe Sema না মহাক্কী "Emergence of Nagaland' দা অসুম্না ইরি ঃ " .. other tribes like the Ao, Lotha, Sema, Rengma,angami and the Chakhesang came through the south-East via East and the North of Manipur and then to Khezakenoma. Khezakenoma appears to' be an important place inthe mirgration route of these tribes. All these tribes have references to their having emerged fromthe magic blessed stone of Khezakenoma. Perhaps theymay even have lived there for many years before moving on. Khezakenoma is a broder village of Chakhesang near Manipur.

Dr. Ashiko-Daili Mao নসু মহাক্কী Nagas, Problems and Politics তা অসুম্না ইরিঃ .. Again some Naga tribes like Chakhesang, Sema, Rengma and Lotha belived that the first Naga came out of a stone in a place known as Khezakenoma which is a few mies away from Makhel Mao."

লৈনুংদগী অসুম্না খুনেথারকপাঅসি পোইরৈতোন খুম্বোকপনচিংবদসু থেংনৈ। হায়রিবা লাইরিকসিদা চাকিবা হায়বা নুপা অসিনা মাগী নুপী তাংগ্রীবীগনা পোৎ কাউরমদুনা অমুক লৈনুংদা চৎলুরগা থোরকপদা নূংদুম থিংজিনখিদুনা মাগী নুপীদু লৈনুংদা অদুম লৈহৌখিবগী ৱাফম য়াওরি।

মৈদিংঙু উরা কোম্বৌবগী মতমদা শেলোই লংমাইশিনা লান্দাখিবা 'খুনফম

ঙাচেং' হায়বা মী ফুরূপ অসি লাংগোল চীংশাঙগী মশা ওইরিবা চীংমৈরোং অসিবাইদা খুন্দানা লৈরম্বদগী অসুম অসুম অৱাংলোমদা খুল হোংখিদুনা পুমৈ, মাও, অঙ্গামি, অসি ওইরম্বা য়াই হায়না অরিবম চিত্রেশ্বের শর্ম্মনা ইবা 'মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবগী মমা-মপা থিবা' হায়বা মাগী লাইরিক্তা ইরি। অদু ওইরবদি হায়রিবা মীওই কাঙলূপ অসিগী মনুংদা চখেশাং অসিসু য়াওরম্বা য়ারি।

Y.L. Roland Shimmi না মহাক্না "Comparative History of the Nagas" দা অসুম্না ইরিঃ "The Chakhesang is possibly a composition of three groups of Mao-Sema group of western origin, the Mao-Angami group of eastern origin and the Songtam Tangkhul group allied to Aotribe."

মহাক্না মোত্তা চখেশাংনচিংবা নাগা কাঙলূপ খরা অমসুং মৈতৈগী কাঙলূপ খরা কাচিন অমসুং কারেনগসু মান্নবা লৈ হায়বসিনি।

মণিপুরগী উখ্রুল দিষ্ট্রিক্তক্কী চীঙাই সব দিবিজনগী খুঙ্গং অনী হান্না চখেশাং ওইরম্বনি অদুবা হৌজিক্তি তাংখুল ওইনা শক তাকখ্রে। খুঙ্গংশিং অদুদি জেশাম্মী অমসুং রোফুংনি।

জেশামী খুলগী মতাঙদা E.W. Dun না Kolya/Khoirao নাগা ওইনা ইরম্মী। T.C Hodson নদি মহাক্কীদি the Naga Tribes of Manipur দা মাও ওইনা ইরম্মী। মৈতৈনা Phundrak' ওইনা কৌরম্মী হায়।

জেশম্বী খুল অসি য়েশামী হায়বা চীং অদুগী মমিং লৌদুনা থোনবা ওইগনি থাজনৈ। হৌজিক জেশামী খুন্দা য়ুম্নাক ৩০০ মীশিং ২০০০ গুম্না লৈ। খুল অসি সেমাদগী Wezah অমা অমসুং Losami দগী Mikrisu অমা-মখোয় অনী হৌনদুনা লাক্কুনা লিংখৎখিবনি থাজনৈ।অদুনা হৌজিকশু Wezah অমসুং Mikrisu গী মীওই অমমম্না খুল্লাকপা ওইরি। অতোপ্পা শাগৈসিংদি Lehe, Lasuh অমসুং Chido নি । অকোনবগী শাগৈ অনীসিদি মীশিং য়ামদে। শাগৈ মশেল লুহোং-কৈহোঙ অদুম তৌনৈ।

খৃষ্টান চত্তবা মীওই অহুম মরি নত্তনা অতৈদি লোইনা বেপতিষ্ট ওইখ্রে।

জেশামী খুলগী ওইনা মরু ওইবা কূম্মৈ মরিনি। Arunge, Tekhrunge, achunge, Mewunge অসিনি। Arunge অসি ফৌ লোকপালোইরবদা

দিসেম্বর থাদা পাঙথোকপা কূম্মৈনি। খূল অতৈদা Erunyi হায়না খঙনৈ। Tekrunge অসি জনুৱারী থাদা পাঙথোকই। নোংমা ৱাংলিঙৈদা নুপা নহাশিংবু উচেক ফাহন্দুনা কুম অদুগী লায়না, কনবা কনদবা য়েংগনি। কুম্মৈ হৌবা নুমিৎসিদা অয়ূক অঙনবদা নুপী অমসুং নুপাশিংনা মখোয় মখোয়গী তোঙান তোঙানবা ইরুজফম ঈশিংখোদা মফি মরোল য়াওদনা ইরু মায়থজগনি। Achunge হায়রিবা হরাউ-কুম্মৈ অসিদি জুলাই থাদা Millet লোকপা লোইরবদা পাঙথোকই। Mewunge হায়বা কূম্মৈসি মার্চ/এপ্রিলদা পাঙথোকই। মরু মরাং থাবগা মরী লৈনবা কূম্মৈনি। নিংথৌ ওইগদবা মীওইসু হায়রিবা মতমসিদা ওইগনি। অতৈ চখেশাং খূল খরদা মসিবু Tsukhenyie হায়নসু খঙনৈ।

জেশামী খুলগী খুল্লাকপদা খুঞ্জাশিংনি ফারকপা শাগী শরুক খরা-পূক্কী শরুক অসি খূদোল তৌগনি।

Ursula Graham Bower গী Naga Path ' তগী খঙবদি জেশামী অসি যাদু/ব্লেক মেজিক য়াম্না হেবনা অতোপ্পাখুলগী মীনা পাক চঙনদে, কিনৈ হায়রিবসিনি। মহাক্কা লোয়নবা তাংখুল পোতর্স অমসুং র্সভেন্তশিংনা জেশামী খুলদা থুংবদা কিবদু সুম্না থারি- 'Only the Tangkhul Porters and my servants struck a discodant note. Theyshied from the rice bear as though it were brewed from arsenic. they huddled in a camp in a wild-eyed bunch, galncing over their shoulders each, time a village psssed, theycould hardlylooked on the headmen with more terror had the old gentlemen worn horns, hoofs and tails, Had it not been so inexplicabel their fear would hae been comic."

জেশামী খুলদা মচা নুপা অতোনবনা মমা-মপাগী ময়ূম মকৈ অমসুং অফবা মাল চাং ফংনৈ। মী শিবদা খুলগী ৱাংমদা ফুমনৈ। অঙাংদি শুমাঙদা ফুম্মী। অফবা মীনা লাইরৈবাক্তা ফত্তবা মীনা নারক্তা তাগনি থাজনৈ। খুল্লাকপা খুললাকপীনা চাবা য়াদবা অথিংবা কয়া লৈ। খূদম ওইনা মখোয়না শওম শা চাবা য়াদে। খুন্দা অনা অয়েক লৈগদ্রা লৈরোইদ্রা হায়বা খঙনবা পাখঙ খরাবু জঙ্গলদা উচেক

ফাবা থাগনি। উচেক লাংমৈদোংগুম্বাফারবদি চহীদুমা অনা-অয়েক থোইনা লৈরোই থাজনে।

সোরাফুং মণিপুরগী অরাং থংবদা নাগালেন্দগা তাইনবা ঙমখৈদা লৈবা খুলনি। য়ুম ১১৮ রোম, মীশিং ৮২৫ রোম লৈবা মরু ওইবা খুঙ্গং অমনি। খুঙ্গাশিং অসি চখেশাংনি অদুবু হৌজিক্তি তাংখুল ওইনা শক তাকচয়ে। উহৈ-রাহৈ, মহয় মরোং মরাঙ কায়না ফংবা খুলনি। Losami, Sakraba অমসুং Thesulumi দগী হোংলকপা মীওইশিংনা খুন্দাখিবনি। তোঙান-তোঙান খুন্দগী হোংলকপা তাংখুল খরসু য়াওরি।

জেশামী অমসুং সোরফুং খুল অনীসিদা খুন্দাবা মীওইশিং অসি চখেশাংগী মনুং চনবা 'Khezama' কাঙলূপনি। চখেশাং মশেল লোনগী মতাঙদা মোং মান্নদবা লৈবদগী মচোই মচোই তারগদ্রা হায়বা চিংনবা মীওই খরনা ফোঙদোকই।

Wahong খুন্দা লোসামীদগী হোংলকপা চখেশাং য়ুম্নাক তরামুকসু তাংখুল ওইনা খুন্দারি।

জাদোনাং অমসুং রাণী গাইদিল্লুগী মখাদা চৎথখিবা নীংতম লান্দা চখেশাং অমসুং অঙ্গামীনচিংবগী মতেঙ ফংনবা হোৎনখি।

Z.A. Phizo গী মখাদা Naga National Council' না চত্থখিবা নাগাগী নীংতম লান্দা চখেশাংনা থরায় হকচাং য়াওনা শৌগৎখি। Dusoi Chakhesang না নাগা লাম্মী ৫০০ পুদুনা ওক্তোবর ১৯৬৩ দা পাকিস্টানদা চৎখি। মে ১৯৬৪ দা হল্লকখি। এপ্রিল ১৯৬৮ দা মহাক্না অমুক নাগা লাম্মী ৪৫০ পুদুনা ত্যুনশাংগী বোর্দর লানশিন্দুনা বর্ম্মদা চঙখি। অদুবা লম্বী লমুকবদগী বর্ম্মা সিফায়গী মখূৎতা তাখি। এপ্রিল ১১, ১৯৬৯ দা Dusoi Chakhesang নাগা লালহৌবা ৭৬ কা লোয়ননা বর্ম্মা ওথোরিতিনা ইন্দয়ান আর্মিগী ওথোরিতি মোরেদা শিন্নরকখি। জেসামী খুলদগী জোনাথন হায়বা নুপা অমনা দুসোইগী সেক্রেতরী ওইরম্মী। নীংতম লালহৌ অসিদা য়াওবা অতৈ খুঙ্গাশিংদি W. Achutelo, Ch. Khendupelo অমসুং W. Athukhwelo নি।

মে, ২৩,১৯৬৪ দা লৈখিদ্রবা B.P. Chaliha Cheif Minister Assam না Sakrab দা চখেশাংদা অসুম্না হায়খিঃ 'We are neighbours. If there is peace in Nagaland, thre will be peace in many state

Assam and vice-versa. Our fate is tied together.

মাচ ১২, ১৯৬৬ তা ফেজুদা নাগা লালহৌবশিংনা পাঙথোকখবা রিপব্লিক ডেদা শরুক য়াখিবা খূৎলাই পায়বশিংদু অঙ্গামী অমসুং চখেশাংনা অয়াম্বনি।

S.C. Dev না মহাক্কী 'Nagaland the Untold Story' দা চখেশাং এরিয়াদা অন্দরগ্রাউন্দশিংবু সরেন্দর তৌহনবা মতাঙদু অসুম্না ইরি : ..the surrender of the Lotha,Sema and Ao hostiles hastened the capitulation of a large number of the Chakhesang tribes... Quite a number of armed men of Khezha Kenoma, belonging to the 13th Battalion were still inthe Jugle. They were moslty from Leisheimi, Lasumi, Khezakhenoma and Zapani villages in Mao. We sent Lt. Col. Seou's brother Dr. Dika and Mr. Kalo ACM to control him and arrange a meeting.. There were five more people and Colonel Lhielo who formed a separate group in Pfuheiro. Brigadier Desoi who was negotiating surrender had since been admitted to hscpital. Besides Sehou's group and Colonel Lhielo. We wre now left with General Pukrove, Puveso Zashie Hurrie, Brigadier C.N. Vero and about 35 armed men from Chakhesang District " General Puveso NSCM (IM) অমসুং NSCN K গী ফেকসেন ফাইত্তা থন্নায় থাখি।

সেলোনা সেপ্তেম্বার ১০ দা খূৎলায় ৫ অমসুং মীওই ১৫ গা লোয়ননা সরেন্দর তৌখি। মহাক্না সরেন্দর তৌরমদাইদা কন্দিসন ৫ থমখিবদগী মনুংদা অহানবদা খোজকেনোমাদা সার্কল ওফিসরগী পোস্ত অমা থম্বা য়াওই। মসিগী মতাঙদা S.C Dev না অসুম্না পল্লি : 'The activities of Manipur Voluntary village force personnel were a constant source of irritation to the people living here and the Manipur police had arrested even gaon dubhasis and gaonburans and taken to Mao police Station. Such harassment of the people of Khezakhenoma at the hands of people of neighbouring

villages in Manipur with the help of the VVF was ony too frequent.

The case of Jessamı in Manipur offered another instance in point to strengthen the case of KhezKhenoma. The Manipur Govt. had all the compliments of Cıvil Administration with a Civil Officer and police station for Jessami alone which was smaller than Khezakhenoma " অসুম্না মণিপুরনা সিবিল এদমিনিষ্ট্রেসনদা য়াম্না খূমাঙ চাওশিল্লম্মী। অদুবু হৌজিক্তি মণিপুবনা যাম্না হন্থবগী মওংদা লৈবে। সোরাংফুং খুজাশিং অসি যারবদি নাগালেন্দা তিঞ্জবগে হায়দুনা পাউ- চেশিংদা ফোঙনরকপা য়াওরে। হন্দক Jessami অসি Sub-division অমগী থাক্কা লৈত্রে অদুবু থবক্তি মপুং ইফা ফাদ্রি।



# শক্তাক ৱারোল



**উশম ধনঞ্জয়** থাংমৈবন্দ য়ুম্নাম লৈকাইদা পোকই। হৌজিক থাংমৈবন্দ লৌরুংপুরেল লৈকাইদা লৈরি। মশাগী চহী ৭০ শুরে। উশম পাকা সিংহ অমদি উশম ওংবী রুহিনি অনীনা অইবসিগী অপোকপা অপোকপীনি। মহাক বি.এ.; বি. তি.; এল. এল. বি. নি। খৃঃ ১৯৫৮ দা মেত্রিক পরিক্ষা পাস তৌখি।

মহাক মতম খরা লিলাশিং খোংনাংখোং হায়স্কুলদা ওজা ওইরম্মী। মথংদা শওবুং হায়স্কুলদা ওজা ওইখি। অদুদগী ১৯৭৪ দগী এস. ডি. সি. ওইনা চীংগী লমদা থবক তৌরম্মী। মথংদা এস. সি. এস. ওইনা থবক প্রোমোসন ফংলবা মতুংদা উখ্রুলগী মফম কয়াদা এস. ডি. ও. ওইনা মতম শাংনা থবক পুখি। ত্রিজরী ওফিসার, দিষ্ট্রিক্ট প্লাননিং ওফিসার, এস. ডি. ও. নচিংবা ওইরম্মী। ইং ২০০১ এদিসনেল ডিপুতি কম্মিশনার ওইনা থবক্তগী পোখাখি।

কলমনিষ্ট অমা ওইনা পোক্লফম, সঙাই এক্সপ্রেস, ইম্ফাল ফ্রি প্রেসনচিংবা নুংতিগী পাউ-চেশিংদা আর্টিকল কয়া ইবতা নত্তনা থাগী চেফোঙ ইপাক কী রেগুলর কন্ত্রিব্যুটর অমসু ওইরি।

ফ্রোম রেসিদেন্সি এন্দ রাজভাবন হায়বা রাজভাবনদা ফোঙবা লাইরিক অসিগী কো-অথর অমসুং হৌজিক হৌজিক হীরম কয়াদা থিজিল্লিবা মীশক অমনি। মণিপুরী পুৱারীগা মরী লৈনবা সেমিনার কয়াদা পেপর লানথোকখ্রবা অইবনি।

মণিপুর রিসার্চ সোসাইতি, চনুরা ৭, অতোম বাপু রিসার্চ সেন্টর অমদি আর্ট এন্দ কলচর এসোসিএসন থাংমৈবন্দগী এজুক্যাটিব মেম্বর ওইরি। পেত্রিওতিক রাইটর্স ফোরম, মণিপুরগী মেম্বর অমা ওইনা লৈরিবা অইবসিগী চীংমী তম্মী হায়রিবা লাইরিক অসি অইবসিনা থিজিনবদগী ফংলকপা মচাকশিংগী কমপাইল্ড ৱার্ক অমনি।

**খোইনিংথৌ (সুরচন্দ্র)**

Cover Art . O C Meira

₹ 140/-